| ছিরম | | লামাই |
| --- | --- | --- |
| থোইবীনা তা রাইবা লাকপা | ... | ১২৭১ |
| খম্বনা থোংলেনগী তা রাইবা লাকপা | ... | ১২৭৮ |
| খম্ব-নোংবান অনিনা কৈ ফাবা কুম্মকপা | ... | ১২৮৭ |
| খম্ব-নোংবান অনিনা পন্নুং চংবা | ... | ১৩১০ |
| অনি খংনদ্রুনা পন্নুংদগী থোরকপা | ... | ১৩৪০ |
| অকোনবা পন্নুং চংবা | ... | ১৩৫৬ |
| খম্বনা নোংবান পোত্নুনা পন্নুংদগী থোবকপা | ... | ১৩৭৭ |
| পন্নুং মৈ থারকপা খম্বা অমুক চংলকপা | ... | ১৩৯৫ |
| ফুবালাগী কৈবাও পুরকপা হন্নুবা | ... | ১৪১৭ |
| কৈগী মনা পীবা | ... | ১৪৩৬ |
| কোন্নুংদা হল্লকপা | ... | ১৪৪৩ |
| খম্বা থোইবী লুহোংবা | ... | ১৪৫৩ |

# থোইবীনা তা ৱাইবা লাকপা

মজাই 'বেম্মা থোইবীনা —"পাবুংদগী ৱাইরুনি
তাদি" হায়রে থম্বদা। খুমন মানা—"ইবেম্মা !
ইকাই ৱাইরুনু।" হায়জে। থম্নম্মু—"সনাহন্ !
লেংথিগনু।" হায়জরে। "পাবুং সনা পুক্নিংদি
খুমন ঐবু থোইদাদে অফবা পিরককনিদি
নিংদে সনা কান্নরোই। নপন মোইরাং নিংথোদা
লেংগে হায়র'দি লেংউ। পাবুংগীদা লেংউম্নু।—
ইবুংঙো ইকাইবিনু ননাওগীম্মু নৈহোই।—
লেংথিগনু সনাহল।— তুদি কোনুংদা চৎকে?—
ফৈ অতু ওইরবদি।" হায়না থোইবী থোরক্লে॥
চৎনা চৎনা থোইবীনা চিংউ থাংজিং খুরম্মে—
"চিংউ থাংজিং কোরেল-লাই! পাম্মু কাদা মীনমক্সি,
মাগীদমক্তা থক্লে ঐদি মা' কাহুদা
ৱাহৈ নৈনা খুম্মম্মে। নম্মু লাইরবা-কাদা
ৱাহৈ লানবা অসিদি থাংজিং নংনা কোকপিয়ু।
পুক্কা চিনগা থেন্নরে।" হায়না থাংজিং কৌরকই।
সৈত কৌবা লাইহুনা—"ইবেম্মা করি নংনা
চিংনজরুরিবগে! মাগীদমক ফনবা
তৌবনিনা করিনো দোষ লৈতে।" হায়হুনা
তাকএ সনা পুক্নিংদা। সেন্নু মপু মনাইদো

কোন্নুং লোমদা চৎতুরে তম্পাক য়ুমদা চংলক্লে।
মপাইবুংঙো অতুনা থাদোই মাগী কাতুদা
খুমন মায়কৈ অসিবু অন্থক য়াদে হায়বসে
খংই উইদো অসিবু কাওই নুরা থোইবীদো॥
মপা মমা ওইবনা, মচা ওইবা শিংতুদা
প্রেমগী ইচেল অতুবু তৎপ-কংব-লৈতবোই।
মাসিদবু উতুনা থোয়ুম মানা তম্বরা
হংগোইদবোই মচানা। যুব্রাজদা চংলক্লে—
"পাবুং" হায়না ইবেম্মা মপাবুংবু খুরমই!
যুব্রাজনা—ইবেম্মা! কৈনো নপু ননাইবো?—
ইপায় 'বুংঙো চুম্বরা, কৈনা শোকপা মীতুনা
লল্লাই ওইজো হায়তুনা তাবি হায়না তাজরে।—
মানি।—তুদি ভসিদৈ হোরে, হয়েং তশেংনা
লুপ্রা ওইরে ঐহাক্তি!— করিগীনো ইবেম্মা?—
লাইরবা লমজা মাদি নাচৈ অমা ফাওববু
লৈজদেদো পাবুং! করম্না কৈ ফাক্লগনি।"
হায়রম্মগা ইবেম্মা মিংস্না খম্বান মানবীদো
পিনা পুম্পা পাতুনা মায়থোং পুমচোং চোংথরে।
কোরৌ নোংনা য়ৈরবা মরাক চাম্বা লৈরাংগুম,
মপাই মমাং অতুদা হিক্র হিক্রা কপ্লকই॥
মচাই মতৌ উবদা—ইচাই পুক্লিং অসিদা
শোকথ্রবোইদা হায়তুনা থল্লে চিংখু নহানা।
মুংশিখ্রতুনা—"নংনা নিংবা থুংজয়ো ইমোম

থোইবী—" হায়রুনা বোর পিরে যুবরাজনা।
মমাশিংদো হুরাওরে। মমা নিপান অত্থনা
পিজনিংমনখ্রবুনা তাদি অমত্তদা
নিপান চংনা পায়নরে। তাহু কৈনা পুরকই।
পিরে মমোম থোইবীদা। থোইবী তাহু লৌজরে।
চাকতাংবা চেং কংবগুম ইবেম্মদো হুরাওজে।
মপা মমা খ্বাইত্থবু খুরমত্থনা থোরকই।
থাদোই তা'হু পায়ত্থনা স্নুমাং মত্তোন য়ৌব্বদা
সেম্ন তুং থংই। থাদোই কপ্লাক অত্থদা স্নুম-তায়।
সেম্ন—"কৈনো, ইবেম্মা! ইবেম্মৈ কপ্লাক সিবু
স্নুম্ চারবরা কৈনো?— করি সেম্ন কপ্লাকপু
স্নুম চাবা ছৌনরবা! য়েংউ য়েংউ।" হায়ত্থনা
য়েংনবদা স্নুম অদো তাথোকতগী ওইরম্মে।
শাওরত্থনা থোইবীনা মুকথেক্তুনা খুদেক্লে।—
"মীবু শিউ লাংহৈব্রা তেসিল-হজিল্লি হায়দো।"
হায়না চিংখু-মপাদা 'তেকপা তাহু থাদোইনা
থোক-হজিল্লম্মত্থনা—ক্নেৎ লাওত্থনা চংখরে॥
যুব্রাজনা—"করিনো! ওস্থোকপনি মমাশা,
তৌদানা তৌবা মাল্লে কয়ো ইকাইদা ঐদে।
তা পুথোকউ।" হায়ত্থনা নিংথিরবা খনথরে॥
নিংথিরবা লম্বুহু চিংখুবনা থিহল্লি।
মনাই শিংনা লম্বু-হু পুদনা লাকপা অত্থগা,
ইবেম্মনা লাকপগা তুংথ-মাংথ ওইররে॥

থাদোই মাংদা থারকই। খুমন মানা—"ইবেম্মা
কদায় তাদে?— ইবুংঙো। মুপীনা খুৎলাই শোকপা
তৌহৈদরা হায়দুনা তৌজবনি ননাওনা।"
খুম্মি মজা ইবেম্মা। নিপা শিংতু চংলকই।
খুমন মাগী মফমদা তা-তু ইরেন কৎলরে।
"সনা কোম্নুংদগীরা?— নত্তে তম্পাক য়ুমদৈদনি।—
মজাইবেম্মা করিনো?— ইবুংঙো ননাও চিন্দি
হায়দোকউরে অত্তুদা, ইবুক্তি ইপা ইমা
উনিংহুনা চৎলুরে।— চুমই ইবেম্মা।"—হায়নঃ
খম্বস্থু পুক্লিং তেরে। "চৎলো চৎলো।" হায়রকই
থোইবী, মনাই অনিদি তা থিল্লকপশিংহুবু॥
মনাই শিংনা—"ইবেম্মা! ননাই ঐথোই চৎলরোই
পাবুং-সনা য়াথংনা উল্লক্লবা ঐথোইনি।"
হায়রে নিপা অনিদো চৎলো হায়বা য়াদরে।
খুমন মাগী মম্মুমদা অউন-নাইদি ওইহুনা
লৈজখরে অনিদো হরাওজখ্রে মবুক্তো॥
মরক সিদা থম্নুনা থোইবীবুদি তাহন্দে,
মহু নিংথৌ কোথোকই—"খুমন ইচেম ব্রা হায়গে,
ফবগীদি ফরিনি তাসিস্থু অসিমকপু
ইচেমদি ইবুক পেন্দে। মপাই 'বুংঙো হায়বসি
নতাওগীদি মীচংনি। ইপা ইবুংঙোদগী
লৌক্লরগা ইচেম্না ইহু নিংথৌ পেনগনি,
থাজগনি নচেম্না।" হায়রে নোংয়াই চন্নুনা।

খুমন মাগী মপোকতা পিক্লা উল্লেল নংলবী
খম্বু কৌবী মচেমদি অমম্বগী থাংমৈনি।
লাইজ ইপাক অচৌবৈ নৌবু তি-বু শকপিনি ।।
মায়কৈ মাংবা ওইরবা তাইবং লমজাও অসিগী
নোংয়াই মায়কৈ লেপ্লিবী—"ধ্রুব তারা" খম্বুনি ।।
নূরা মচেম অহুগী মপাও অহু তাবদা
খম্বা লৌশিং থোকচখি। "ইচে ইবেম্মা চুমই।"
হায়না খম্বা চৎখরে। মপা-থোংলেনবগীদা ।।
অমরোমদা অঙোমগী নোংবান কৌবা মাগীদা
থৌরাং পুম্বা লোইখরে। চাবা থকপা লোইখরে।
মফী মরোন শেৎখরে। নোংবান কৌবা মহাক্কী
লৈপুল মকোক ওইরবী ধর্ম্মৈ য়ুম্ফম্ ওইরবী
তালোই অহল অহুদি লৈবা লাকপা ঙমখিদ্রে।
মপুরোইবৈ য়াবনা। থম্মোই অহু নিকখরে।।
ধর্ম্ম কৌবা শম্বন্না চেৎনা কোয়না থাহুনা
গুজা মাগী থমোইগী নায়োক ফবা লমজাওদা
মনিং তম্বা কাওরেনগুম নোংবান মাবু থমজবা
নোংবান-তালোই অহান্নি। ধর্ম্ম চেনবী মুপীদা
মপুরোইবৈ তুংগীরা থোক্লগদবা দুবু
থোয়ুম মানা উৎলক্লে। চৎখিবগী অহিংদা
মঙলানুজানদি ওইহুনা ।। মথংলেনগী দমস্তা
চিংনখিবা য়াবদো নুজা থমোই নুংহুদা
থমজবদা চল্লক্তে। মৈয়ী ওইনা চাকখরে।

পায়মা-মৈথোন থোরক্লে। তালোই অহল অচুম্বু
নোংবান মাগী মক্কমদা খুরুখুদক কুন্দুনা—
"লোয়ুম নোংবান সেলুংবা ননাও লাইবক খিবিবু
থংলেন্ হংগংচরয়োই নিংজববু ঐহাক্না
হংগংজবা ইবুংঙো ওম্মোইদৌরে ননাওনা।
মঙ-লান-জানগী য়ারমদি হংগংচগে ইবুংঙো।
নংত্রবদি ননাওগী পেল্লোইদৌরে ইবুকসে।
থংলেন করি হায়বগে?" হায়জরক্লে। নোংবান্না—
"য়াম্না কৈনা কৈদৌগে লীয়ু তাসি ইবেম্মা।—
ননাও ঐগা লোইননা থংলেন নংবু ইবুংঙো,
লাইতোন্দা চংলি। হুই অমা চোংথোরকই।
চিক্লে মাঙ্গ নহাকপু ঐনা তাল্লি চেনথরে।
পুমচেন চেন্দে হুইঅদো লৈসিল-লৈশিল অচুম-লৈ।
হুংশম্নীদা উরোকথোং অমা লাল্লি ইবুংঙো।
ননাও ঐগী মাংদগী থংলেন নংবু তাথরে।
মাঙ্গ অচুম উথিত্রে।" হায়না লীরে মঙ-অসি॥
নোংবান কৈম্থু থুকপিদে।—"করি য়ানো ইবেম্মা।
অচুক ফবা মঙ-চুবু। পাম্বা কৈনিন্-স্থুম্-দোই
হায়বা অচু উৎপনি। শাগী শামিং পিবনি॥
ইগ্গুং-বুংদা লুপখিবা অচুনমে ইবেম্মা,
মজাই 'বেম্মনে নহোয় ময়াম সেবা তৌহনা
ইংনা পানগদৌরিবা 'চুগী প্রমান উৎপনি।"
অম্মুম তৌনা নোংবান মঙ অসিবু চুমথোকই॥

নোংবানগী মাসি তাবদা তালোই অহল অদো
শরুক কয়া থোক্কদি থমোই লায়ুম কায়খরে।
থিংজিং মাংজিংনহুনা মমিংতা মপি তাখি ॥

---

# খম্বনা থোংলেনগী তা রাইবা লাকপা

খম্বা মপা থোংলেনবু খুরমখরে। অনিদো অরৈ মথৈ তানরে। থোংলেনবনা—"ইবুংঙো! ইচাই কুম্মৈ য়েংগেদি নিংউবদা ইপানা থোয়ুম মানা থৈরেদো। কৈ ফাগনি হায়বদা ছুম্মু মফৈ হায়দুনা তোক্লবনি শাজোবা।—পম্থৌ ইবুংঙো চুমহৈ, খুতুম্না খুবাক্লদি থেংনবা য়াবা থোক্তে। অক্ষবা তা 'মতদি পিনবিয়ু ইপানা।—করি রানো অতোম-পোক! ইচাই ডাক্তি, মুক কুইবা লাংঙকপবু কনাইনো। লৌনিংবদা তৌজোনা। সো কোক হেক লৌরগনে হাংদোকউনা থিয়ুনা সেংনিংবদা শেংলুনা পিনৌ তৌনৌ হায়বসে ইপা তাব-নুংঙাইতে।—পন্থৌ 'বুংঙো এরনদি করম চংনা লৌগনি! তাগী তা-শক অহুবু সিনা ফৈম্মু খংজদে ফত্তে হায়বম্মু উজদে, অহুই দমক হায়বনি।—চুমইহো ইচান হায়বা, ইপা' পিনি।" হায়দুনা থোংলেন মুংই চংখরে। খুমন মাবু পোকলম্বা পুরেম্বদি মপানা পায়রম্বা তা-অহু পিনরগে খম্বদা নিংই থোংলেন মপানা॥

লুথুম কাদা থোংলেন্না মমায় লৈসিল্লকপদা

নিংথ-থুঙেঙ হায়ছুনা হরাওরকই অথৌবা।
মথুম মম্বুংদা লৈবা খেরে ছুবু মপান্দা
হুমিংকুম্না ঙাল্লমই লেংবগুম্না নিংথরে।
থোংলেন মাসি উবদা কপ্প হৌনখিত্রবা
খোংলেন কপ্নে।— "ইভাও! পাম্ব-ফাবদি
মফাদোকী মফাদোক। ফারগেদি লাক্লবোই।"
হুম্না খল্লে অথৌবা। তা-হুদা চংথিহুনা—
"ইভাও লেংথোক্লসিদো নচা লাকই উনরো।"
হায়রহুনা লম্বুহু অতৈ অনি অমগা
লোইনহুনা থোংলেম্না পুথোরকই মাংগোন্দা।
ফরাংজি ফীবুম থারে পসোং ফীডৌম্বু থামই।
ফক্লাং ফীডৌ য়াম্লুনা থম্মে তা অহুম অসি।
"মজল ওইগদববু লৈরবদি থম্বনা,
মপাই খুৎম্বু তাসিবু পায়বা পাম্বা ওইসনু।"
হুম্না নিংথি থোংলেন্দো। পুরেম্বগী লম্বুদো
অহুইঙদা তোর্ব্বুংদা কৈ মডা ফাখিবগী
পকপা ঈদো ঙসি ফাও পকই ইনৌ নৌমথৈ।
তৈথোক্লমদে মপানা। থোংলেন কৌবা মপাম্বু
মপু মানা তৈথোক্লে, ঐম্বু তৈথোক্লরোইদি
হায়না থোংলেন মানম্বু তৈথোক্কানা খমথ্রবা
পুরেম্বগী খুৎম্বুনি। তাসি মপাই খুৎম্বুনা
ওই ইখং খংথরে। মচাকৌদনা থোংলেম্না—
ইপাই-ইবুংঙো শাজৌ! লৈরিবা তা অহুমসে,

পায়রকপনি ইপানা ওম্ম ওম্মা অসুম্মা।
যুগ কয়াদি ওইরক্লে। পায়নিংবদা হেক পায়ু
অছুম পুন্নপ পায়গেরা ?— পম্বৌ 'বুংঙো য়েংজগে।"
হায়না খম্বা য়েংজরে। পুরেম্বদি মপাগী
পম্বৌ মখুৎ সুম্বুনা—"ইপাই ইবুংঙো শাজৌ!
নোংয়াই পিশক পিক্লা কায়নম্বুনা অমুদোন
ইপাই শক্তি থংত্রবো! ইপা লৈদি।" হায়রুনা
নোংমাই মচা কৌরকই। খম্বা সংত্রিক য়েংঙগা
মপাই খুৎসু তাদবু পায়জরুরে লমজানা।।
তা-হু পায়রুনা খম্বা সুমাংদা থোকই লেপই।
মচাই মংতৌ উবদা থোংলেন কৌবা, মপাদো—
"ইচানা জয়বু ওইরে।" হায়না নোংশা লাল্লাওনা
লাওবা থোক্ফম অকনবা মী-লাই তিন-কাং খোংথোংপা
সেগাক-কায়না তাথরে।। খুমন মচা য়েংত্বুনা—
"ইপাই ইবুংঙো শাজৌ জয় ওইনি ইবুংঙো!—
ইপা ইবুংঙোই কৃপানি। পাংজদবা ঐনি।
ঐদি কৈস্নু থংজদে! নপারি কৈস্নু থংদে।—
(হুদি ইপা কৈ-শাগে। থিল্লু নংনা ইপাবু!
খিনগদৌবা তাথিন্দি নংনা কৈদা খিন্দোবা
শক্লক তরেৎ মাহুদৈ কম্ম খিনগদবনি।—
হুদি পম্বৌ ইবুংঙো শিরোইদরা করিনো?
শিনিস্নু ইপা হায়রোই শিরোই হায়স্নু হায়নিংদে।
চংলু হংউ নম্মাদা।" হায়বিরক্লে থোংলেম্মা।।

খম্বা ইরেন চংখরে থোংলেনবীদি মমাদা—
"ইমা ইবেম্মা।—শাজৌ!— পজেম রা থুম্মিপম্ম।"
হায়রকুনা খম্বা মমিংতা মপি তানা কপ্পুরে।
থোংলেম্বীনা—"ছি কৈনো" হায়মা নোঙ্মোই মচাগী
খুজেং পালোইনহুনা মপাই নাক্তা পুরক্লে॥
"অহনম্মু ফনা ওইহে কৈদৌহুনা ইচাবু
কপহন্‌বিররকইবনো" হায়রক্লরে কৈরেম্বীনা।
থোংলেনবনা—"কৈদৌগে কপচেংপৈ কপচবনি।
কৈ শাগে থিল্লু হায়রক্লরে, শিরোইদরা হংই,
নচানা ঐবোন্দনে, ঐনা, শিনিম্মু ঐনা
হায়নিংদে শিরোই হায়সি হায়নিংদে, নমাদা নং
হংজরু হায়খিবনি।" হায়রে কৈরেম্বী অদো
থোংলেনগী মগুনবু খংজরবীনা নোক্লে।—"পারী
খম্বা লাও" হায়না পুসিনখরে। "পারি ইবুংঙো!
নংগী নপা অসিবু নংগুম্বগী শক্তিনা
থিল্লবদা তাহুনা ঈ মরিক অমতংদা
থোকচহনবা ভস্মবা লোইরে পারি ইবুংঙো।
কৃপা পিগে হায়রহুনা তৌবিবনি নংঙোন্দা।
হায়না মমা 'বেম্মনা তাকপিখরে খম্বদা॥
হরাওজরে খম্বদো। থোরক্লে মপাই নাক্তা।"
মপানা—"পারি খম্বা! করি হায়রে নমানা?—
ইমানা থিল্লু হায়রে।" হায়জরুরে মপাদা॥
লফুং মপুন অমথক্ খম্মে সুমাং ময়াইদা।

অহন ওইবা থোংলেন্দো চংখ্রে অতুই মরুমদা।
থোংলেন কৈ শারকই। ভ্রুং-ভ্রুং ভগুভকই মমৈহ্
দম্-দম্ ফুই লৈপাক্তা। লৈপাক্তা খুজিন হুনা
খ্রো খ্রো থোংখি। খুতুম্না দম্ দম্ অমুক হেক ফুখরে।
থোইরেনভাকী কৈহুনা ভমজনফম্ ওইখরে॥
খম্বনা সুম রেংবদা থোংলেনবদি মপাদো
মরাং মরাং উরকই। খম্বদি ইভক ভক্লে।
"করিনো তৌরিসিবো" হায়না খম্বা খল্লিভৈ
মরক সিদা থোংলেম্না, শম্না 'মতা হোদনা
থা ম্রাং কারন চোংলকই। "ইপা মচা নোংখাইগে,
ইপু মচা নোংদমগে" হায়না থোংহু লৈপাক্তা
খম্বা ত্রং ত্রং থিনবদা থোংলেম্না হিঃ হায়হুনা
নিংবা, থিভা হোখিবা, খুমন মচা খম্বনা
শম্বুম অম অহোবা হিঃ হায়বা সিত্র সিদা
উথিবগা চোংসিন্খ্রে খুৎতা পায়বা মপাগী
পাম্ব মঙা ফাখিবা তানা মপা থোংলেনগী
য়াংলেনদগী থিনবনা মালেম লৈদা খুবোম্ 'মা
চংলে। ইক্-হেক লাওখরে॥ খম্বা-মাঙেঙ হায়হুনা
য়েংথখিবা কান্দদি থোংলেন্বদি লৈরমত্রে
লকুংতুদা ভশেংনা লম্বু হুনা থিল্লম্মে॥
পুম্ভক্ ভকখ্রে খম্বদো।—"কৈনো ইপাই 'বুংভোবু
অহুম নোংগাখ্রবরা।" হায়না খম্বা খনবদা,
ইশৈ ওংহুনা থোংলেন কোম্ভোং লোমদৈ চংলকই॥

থোংলেনবনা কৌরকই—"ইপাই ইবুংঙো শাজৌ।—
পম্বোব্ন।—ঙাইথো ইপা লাকথিগে।" হায়না লাওই।
খম্বা শংতে তা অদু মপা ঙাইহুনা লৈরে।
"কনাদা থিল্লি খম্বা?— পম্বোদনি।— কদায়দৈ
শোইদরদো লকুংতা থিল্লগবু নহাক্কি।—
পম্বোদি কৈদা চংলুই?— নকুখোইগীদা চংলুই।"
খুমই থোংলেন মচাদা। খুমন মানা—"অছুদি,
পম্বৌ কুপা তৌবিরো। পিনবিয়ু খোজান্দো।
অমুক্তগা শাবিখো। করে শাজৌ।" হায়বিরে।
কৈ অমুক্ত শাখরে। ইকাই কায়দে হায়দৈহু।
অকোনবগী অসিদা, চাইথশং লোমদগীদি
শিংজা খর পায়হুনা থোংলেন অদু চংলকই।
তা সংথিম্নু হায়হুনা থামই। তোরখাং 'মনা
লফুং অদু ককখংলি। খম্বনা তা সংপদা
ওকশাবী মতৌ মনাও লেংঙমই। থোংলেনবনা—
"জীব 'নিসি খংবরা?—ইপাই ইবুংঙো খংই!
কনা কনানো হুদে?—ওকশাবীনি।—হুবুদি
খংই ইপাস্নু কনা কনানা ওল্লকপনো,
হায়বনি ওকশাবী-সে?—ঐদি মাহুদি খংদে।"
হায়রে খম্বা মপাদা। থোংলেনবনা য়েংখরে।
মমিং অনি উহৈশিল্লি। উরে থোংলেন তশেংনা।
থোংলেন মাগী শক্তিনা থোকদোবা অপুম্বা
চিংশিল্লি।—মমিং-ওম্বা পাংথোকই—

“ইপাই ’খুংঙো তাবরা—নম্মা নপা অনিগী
কুপা পিন্নবিবনি কৌজেং শাইওন-ওইহৌনা
নংনা পাম্মা ফাবদা তেংবাংবিগে লাকপিরে।
শোইরোই পাম্বা-কারনি। থোইবী লৌহুনা প্যানবা
চিংউ কুপা ফংলনি,” তাকপিরক্লে খম্বদা।
খম্বা হায়রবা মচাবু লমজা লাইবক থিবনি
পিকনা পলেম পম্বৌবু কাইনখরে হায়নরি।
য়ানা হৌবা অমনে, পিদোন পাদোনদবনে,
অনি পাংথক ওইবদা তোন্না হৌবা মহাকপু
‘নংজরবা মচানি মানা মমায় পাকসন্নু’
সুম্না নিংনৈ সুংশিনৈ।। তাইবংপানবা লৈকোন-সুং
হৈরাং লৈরাং ওইরবা মীগী মপোক হায়রবসি,
অরাবনা মউনি স্নুংঙাইবনা মহৈনি।
খুমন মচাবু পোকপদা পলেম পম্বৌ কায়নখি।
লমজা মাবু চাঞ্জবা কোনবিরিবা মপাদি
মগুণ চেনবা থোংলেনবু ফংজবদি খম্বনা
নোংম্নাই লাইবক ফখরে। লমজা ওইবা হায়বনা
থোইনা পাম্বে চংখোন্নে। কৌজেং অনি অহুবু
থোংলেন ইরেন-ফারগা খম্বে য়াদা থাজল্লি।
খম্ব কৌজেং য়োংখরে। কৌজেং অহু য়োংলগা
থোংলেন মচা খম্বদা তোরথাং অহুনা তাপ
মঙারক হুম্না য়াল্লে। খম্বনা—“পম্বৌ করি
মতৌনো? ইপাই-শাজৌ! চংবরা য়েংবনিনে।

ইপাই 'বুংঙো চংদেনা !— নাবরা ?— ইনা-না ফুক
মেংপা, পম্বৌ 'ফুঙম্মা থোকই। অঙলে রা হায়গে।
তা-বো, ইতাও ইবুংঙো ! ঐগী ইবুংঙো অদো
মানা পায়রম্বা ভানে, নমা নৈমা লৌন-তা ;
পকইবা ঐ অসিদি তৈথোকপা নংহৌত্রবা,
অহুডৈদা তোর্বুংদা কৈ মতা কাথিবদা,
পকপা ঔনি পম্বৌনা থুপথিবনা হানথরে ॥
থাংজিং মানা তৌরবোই নহাক থক্তি য়ৌনবা,
নৈরম্মবোই শাজোবা।" হায়না তাক্লে থোংলেম্মা
মপাই রাসি তাবদা নোংমাই মবুক ভনথরে।
"পলেম পম্বৌ অনিনা য়েংতা ওইদা লেপ্সিনু
পাংজদবা নচানা পাম্বা ফাবা মতমদা।"
হায়না থম্বা কল্লকই। মচাই মতৌ উবদা
থোংলেন মপা কল্লকই। পলেম কৈরেম্বী কপই।
থোংলেন মচা য়েংহুনা—"ইপা রা হায়গে তাওকো।
থম্বা ! তাগী মমিংদি, থাংগ থোকতি করাংথোক,
থোক্লাং তাংদা চুম্ব-থোক-তি, থাংজিংথোক—নানপ থোক,
উকা নানপ থোক, তোক্লেন লিশিং মাপন ফাংববু
য়ৈনথোক—হায়না কৌই। পায়হুনদা চংবদা
পাংজদবা নহাকী পুক্নিং থোগৎপিরবা,
খিনগে হায়না নিংবদা খিন্দনিঙাই লৈত্রবা,
মসিগুম্বা তানিদো ॥" হায়না রারি লৌবিরে।
শা-গু-রাই লানগু-মাই-সু, পথোং থুরৌ চন্দ-রা

শগ্নি খুনান-থোক্ত-ব্রা, য়ারিদগী হেন্দুনা
হি-য়াই কাওবা পিনরে। মপা থোংলেন মচাবু
থৌজানবিরে শুমিৎক্তো। মচাই মঙ্গল ওইনবা
খৈরেম্বীদি মমানা পুংজা থেন্দোং থোংথাং-ম্রেং,
তরা চাকপু থোংথরে। তরা চাবা লোইখরে,
থৌরাং পুম্বা লোইবদা মপাই-মনাই য়াংথৈদং
থাংদা তাদা হৈরবা মচাই থৌগন তৌনবা
থম্লে থোংলেন মথুৎনা। ময়াম অসি লেংথরে।
মপাই লাংগোই থোংদাংবা থোংলেন মাগীদি লান্-শা,
মশোং ইরুম্ থাংপোক শাবা শা, লান্দা থৌরবা শা,
খুজিল্ লৈম-তোনবা শা, নাকথং-সনা-রুপ্পা শা,
সমায়-কোংগোন থিনবা শা খুমন মাবু তোংশরে ।।৮

# খম্ব-নোংবান অনিনা কৈ ফাবা কুম্মক্পা

থোংলেন মনাই ময়াম্মা নোংম্নাই থৌগন ত্তৌহুনা
মণ্ডান ক্বা করোগুম খুমন যাত্রা তৌরক্লে ॥
মোইরাং নোংবান অপাম্বা মনাই নিপা ম্নাংথৈগা
মানা লাংগোই তোংহনা নোংম্নাই মাংদা থাথরে ॥
অউবনা উবদা নোংবান মাগী মায়থোংদো
ফজনদি উববু লৈচিন থাংবা নোংদোনগী
থাজগুম্না উহৌই। নিংকোক তৌনৈ থ্রাইসিনা
ময়াই কনবা নোংবান্দি থন্দে থংদে মবুক্তা ॥
মাংদা চৎপা নোংবানদো—লোইনরিবা ময়ামদা
মচিন থোক্লা—"তাদথোই ইচিন ইনাও অপুম্বা।
থোইদা চৎপা কায়দে, শা-মান ইমান লেংমায়ে,
চৎমিন্নসি ইতাওগা খুমন মাবু ঙাইথিসি।"
হায়না লাওই ময়ামদা। "চুমই কৈনা।" হায়নরে।
ইপুৎ-কোমগী-লমদমদা খুমন মাবু ঙাইহুনা
নোংবান অসুম লৈথরে॥ খুমন মানা লাকপদা
লাইর শংদৈ থম্নুনে মনেম মচা থাদোইনে
মনাইশিংগা লোইননা নোংম্নাই মাবু য়েংহৌই।
নোংম্নাই মচেম খুরমই কৈরোই লৈকাই মমাবু
পম্বৌশিংবু খুরমই। মচন ওইবি কয়ানা
থম্বা মঙ্গোল তৌরকই। ভক্তি ইরোইনহুনা

খুমন মানা লৌরকই—কুমথরক্লে খম্বনা ॥
ভাংথ-লরাইদগী তমথরকপদা নোংবান
লৈবা, মাগী মাগীদি ত্তা-লম্নুনা লৈপাক্তা
মনিং মনিংনা শ্লুংবা মতোন ইরং লংবদো
খুমন মানা উরকই। "ইতাও ওসি যাত্রাসি
হাল্লম্নবোইরে, মানা করি হায়গবা, ঐদি
কোল্লে।" স্নুম্না শাল্লি। মনাইশিংনা—"হানজসম্ন,
মথোং ইথোং ত্তিন্নব্রা।" স্নুম্না খুমই ; খম্বনা—
"হায়ঙমদবা নোংবান্নি।—মশিন করি লৈদনা।"
স্নুম্না ভাংনা ভাংননা লাকই। নোংবান্না "লাকএ!
আদা লাকইবসিবু খম্ব নত্রা 'য়াম্বা-শা?"
মনাইশিংনা—"খম্বনি।—ফরে অতু মঙাইরে
অসিরাইদা অস্নুম্না লোইনরবস্নু ফরে।"
হায়রম্মগা নোংবান্দে হৌগৎলে, খম্বরোমদা
মমায় সর লৈশিনখরে—"হো ইতাও খম্ব-ও!—
ইতাও ইবুংঙো ঐ লাকংরে।" হায়না খম্বনা
খুমজে, মুংশিনবা ওই। থম্বৈ পাওখুম ত্তাবদা
নোংবান্দো—"খম্বা অসি কিরবোইরেনা ঐবু"
স্নুম্না খল্লে মবুক্তা। "কিরবদি কিনবা
তৌবা থোকই" হায়তুনা নোংবান্না— হাই হাই কা
লাকএবু হায়বা-শাই! অরাইবদি পোংকুম্না,
থমইবা নিংথৌ মচা, রাংত-পাদবী ওইবৈ,
মানা থোংবা থাকপদা ভরাং মথৈ খরদা

অহাও অথুম চারগা ফংদবা মহৌশাদি
লৈম সিঙ্গ খুৎতাদো। নথোং থাংদোকপা কাওব্রা
লাকএবু হায়ব-শাই হাই। থোইবেন তাকী পাম্বদি
কোম্ন ফাগে ওসিদি নংবু হান্না ফারগা
নয়া কবাক খন্দুনা পুগে কৎকে নিংথৌদা
ফংদোকতবা অতাক্লা সংত্তনা লৈবরা-হাই।"
হান্মনা নোংবান চৈরকই। খম্বদো স্বাই হেক লাওই।
মথোংদগী কোক-ফাওবা চিং-চিং লাওই, ইঙ্গনা
পিঙ্গনা সুখমনা শিংশি পুম্বা হৌরকই
মরোল লোইনা লোনখরে। ইকাইবনা খম্বদো
সগোন মথক্তা মক্ক লুকই। "হি করি বানো।
ঐনা করি কায়খরে।" স্নুম্না খল্লে সগোনদো
মাং ওইরপ থৌগৎলি, "ইম্মাহশিং লাকপিয়ু।"
হায়রকই খম্বা। "ফরে ওসি শমুথোংগীদি
লমন শিংগে নিংথরে।" খম্বা চিন্দি থোকতরি॥
মুবা মুংঙাইখিদরে। "মঙ্গাইবুংঙো।— তা-মুবা।—
কৈ ফাবসি তোক্লসি থোংলাননবনি তাই।
ইবুংঙোস্থ হনখ্রগা পায়বিরো লীক্ অচৌবা।—
করিনো তাদ-মুবা নংনা হায়রিবত্নবো?—
করি নত্তে ইবুংঙো লীক লোৗরো কাম্মররোই।—
করিনোনে, নহাকপু ঐগা লোইননিংত্রব্রা?—
মান্থ নত্তে ইবুংঙো।" হায়না খুমই মুবদো,
মবুংঙো শাওরে হায়বা মুবা খংজরে কিন্রে।

খম্বনা—"হুদি মুবা করিনো করি হায়বা।—
নোংধান মরা তাবদা মুংঙাইভরে মনাই-খোই।—
দং।" হায়রে খম্ব অদো। তুং-দা হায়দবা খম্বা
দং হায়বা খোঙ্কম অতু তাবা মতম অসিদা
মনাই ময়াম অতুনা মুবা মানা চিংবতু
কিনখিবা অতুনা খম্বা মাগী মনাক্তা
অমা ফাওবা লেপ-ত্তমজ্রে। মথা তারে খম্বনা—
"করি রানো মুব-ও অতুম হায়বা হৌনত্রা
ঐনা সুম্মা খুম্মরোই মত্তোক্-অনি হায়রসি
তাদ মুবা নহাক্তি করম্ থংই।" হায়তুনা
শাওরপ রাতু হল্লকই। মনাই ময়াম পেয়রে।
নোংয়াই মানা শাওরকপা পিস্তুম অতু সুক্লকপা
উনৈ নিংথিজরে। মুত্তি অসি য়েংবদি—
সরেন শয়াক থৌরবা নোংশাশিংনা শাশিংবু
ফায়ম্-লাক্লম-দাইহুবু ওইরে মত্তৌ অমমি॥
"ময়াম কোল্লপ লাকপিয়ু" হায়রম্মগা তোলেল্লা—
লাংগোই লান-শা থৌগৎখ্রে। লাওরকই—"হাই নোংবান
চুমা ইতাও থেংইদা, মহায়ুনা ঐহাক্নু
ঐসু থেংখ্রে মহায়রি কিনা-কিনা মরাকই।
নংনা হেন্দৈ ঐনদি কৈদা তারি—লৈরম্মু।
শাগৈ মসেম রাংনদে ইপা নপা হেয়দে।
ইনাদা খোংনা-দা ইথিং পম্থিং কদায়দম্মু
সুক-মুং-থোংয়াই মাংজোংদা খম্বা করি রাংতুনা।

নোংবান তাঙজ-ইকাইগ্রা ?  নিংশিংউ কাক্সা লমজেল।
কোয়া কুম্বা ঐহাক্কি লমদমদানা লমথোইবা,
এন্দমদানা মুক্সা থায়।  কাওরবরা ঙসিদে
করি হায়ে লৈরম্মু।"  লাওনা লাওনা শগোন্দো
খুমাং নাক্নগ লামথরে।  লাংগোই সুন্দা পাইদুনা
থোংলেন-লানশা ফুজিনখ্রে।  লাংগোইদুনা থৌবনা
থাংথোন তাথোন তারগা মথোই কাবা লান-শানি।
খম্বা লাকপা উবদা—"তাদথোই কোয়শিনবিয়ু,
শগোন থিংউ" হায়রকই।  থাংগা তাগা লম্বুগা
মীনা ইকোই কোয়থরে নোংবান মঙুং চনথরে॥
লাংগোই তাংথক লৈথিদে থাংগী তাগী মতোনত্ত
সৌবু শানা লৈরিবা তুগী নাতৈ থিদুনা
লাংগোই খুমাং ফুকথরে খুমন মাবু নমদা-থোং
লাংগোই হুঞ্জিল্লকপনা কোকতোন লাম্ন চংথরে।
নোংবান নাক্তা তাকরে।  থোংলেন মাগী মথুং-সু
কোরি শাজৈ হায়বসি কৈগী মডক তংলিবা
শাজৈ তুনা খঙনা নোংবান মাগী কোক্তোন্দা
য়ৈথরকপা অত্তুনা শাজৈ মতোন অত্তুনা
চৈদোন তারে পুকনোঙ্গা ফরং ফরং অহুম-লক
য়েংতা ওইদা হাইদুনা ফুরে।  নোংবান ফুরিং-তু
থবং থবং তংতুনা উন্‌শা ফাওনা তংথরে॥
নাথিবনা নোংবান্দো মমিং চেংকুপ শিথরে।
খম্বা চঙ্গি লেপ্লুনা—"নংস্থু ঐস্থু মরাকই।

অহুম হায়না হৌনব্রা।" হায় নোংবান্না—"অচৎ-চা"
হায়দনা লম্বু তাথোক হাইগৎখরে। লাংগোইগী
সমৈবু রায়না রায়না মুবা ইন্নরকপনা
খুমন নাক্তা থুংখিবা মতম অহু চাখরে।
নোংবান মাগী তাথোকতো মুবা মানা ফাখরে।
সৎ সংলি তাথোক অহু লৈপাকতা চক্ যুংশিল্লি।
খুমন মানা "করিনো তাদ-মুবা ফারুন্নু
মনিং তৌনা য়ৈসন্নু ইত্তাও মবুক পেন্নবা।
সুন্না হায়জে। মরকসিদা নোংবানগী
সৌরা কৌব মনাইনা ওন্সিনখরে মুবদা—
সমু হন্নাই মানবা তুজোম্বা, কালন্দি মানবা,
থিগাংজাও ঐদি মীচং চংদেনা করি নংনা,
মপু মসেন তৌনবা মীনাই নসিল লৈবরা।—
হুপী পাম্দে মনাই নমিৎ অহু উদর-হাই,
ইবুংওইদি শাজৈনি, করি তা-খোক্না তৌই।
হায়নরগা থিন্নদে চোংসিন্দুনা কোন্ন-খ্রে।
সৌরা খুদোং পুথৎখ্রে। মুব থাংবা তৌথিদে
লমহুম য়েংগে হায়হুনা সৌরাগী লেংবান তান্না
অহোইননা চোংখৎলে। সৌরা সেংথরকপদা
মুবদি লম-য়েঙ্ডমই। অনি দম্হেক তাবদা
মুবা' মথক থংলম্মে। মীনাই ওইবৈ তোকপনি
থম্বা নোংবান অনিদি নোপুক চাগদবনি
থোংজেনগী মনাই মুবা, চাওবগী মনাই মুক্তাম্

নোংবান মনাই সোরানে কনবা চাওবা হৈবদা
মোইরাংদা তাংই লৈতে। তুমাই চজিক হুমক্তা
মোরোক মতেক থরগা ওথা অানি দংদগা
উতোং মডা ফংইবা মুবা মুক্ত্রাম সোরানি ॥
লাম্বা লাম্বা মনাইশিং পুমতিন-পুমফু ফুনরে।
নোংবানগী মনাই মথৈ মনুংদা, কোম্না থুংবা,
খম্বগী মনাইশিংনা কোয়থরে ॥ মতম সিদা
থাব্রাকপা নোংবান পোকপা মনাই থৌগন নিফুগা
লাংগোই তোংনা কুম্মকই। মনাইশিংদা—"আদৈসি
কনা কনানো য়েংউ।—নজাইবুংডো খোইনি,
থৈম্বে কাংবুগনিনা য়ৈনরেনা ইভেঙাবু।
হুদি থোংলেন লাকপ্রা য়েংউ ইভেঙাবু লাক্তরি।—
ফরে হুদি, হো নোংবান্। ইপা লাকএ লোইথোকউ
লমজা মাগী কনাসু উদ্রিবৈ তাঞ্জা সিদা।
লাওই অডোম নিংথৌনা ॥ থোংলেন মতম অসিদা
তুংওইননা লৈরম্মে অসাই য়েংবা হুদদি
উরমদবা মন্ত্রিনি অথেকপা লম্বী 'মনা
থাব্রাকপনা লাওবসি মন্ত্রি থোংলেন তাহৌরে।
"কনাসু লৈত্রিবৈদা" হায়খিবা ব্রাহৈ অসি।
থোংলেনবনা মনাইশিংদা—"আদৈসি কনানো ?—
থাব্রাকপনি।" হায়রকই থোংলেন পিং-হেক লাওথরে
"হাই। মাগুম্বনবুনে, 'কনাসু লৈত্রিবৈদা'
হায়খিবদি খংগনি নোংমাই ইচাবু ওইরে।

ফরে থংগনি ঙসি—ইপাই ইবুংঙো শাজৌ।
ইপা পাকয়ে ঙাইরমথো। অঙোম মপা মচাদো
হেল্লনখিণু থংলম্মো।" থোম্ফম অসি তাবদা,
থাজ্রাকপা স্বাই-হেক-লাওই। মনাইশিংদা—"নহোয়দি
অসাই লাক্কে হায়বদায়।" হায় থাজ্রাকপা 'মুক হন্না
"থম্বা নোংবান অনিমক করি মত্তৌ কৌবগে।
তৌনগন্নু করিনো।" লাওই। তুদৈ থোংলেন্দা—
ইবাই 'বুংঙো লাকপিয়ু। অঙাং অনিসি য়ৈসি।
হায়না অমুক থৈরকই।। থোংলেনবনা—"থাজ্রাকপা।
চিংথৈ থাবী চাকথা, অমাপধি চাক্কৌ য়াত্রা?
লৈরম্মু ঙসি থংনি।" হায়না থোংলেন লাওখরে।।
থাজ্রাকপনা—"থৌজিনথ্রে, থম্বা নোংবান অনিগী
মনাক্তদি য়োৎহোগে" হায়না থল্লে মতমদো।।
থোংলেন-লালোই তাম্বদো মমিং মৈবুল ওইথরে।।
লাংগোই থৌজিল্লকপদা ম্নুংশিং মাংদা থাথরে।
থাজ্রাকপবু তমমকই—"ইপাই 'বুংঙো ফারম্মু"
তোইনা লাওই অথৌবা। থাজ্রাকপস্নু মশিরে
হায়না লাংগোই থারকই। থোংলেন হেজ্জিল্লকুনা
থাংনা লামহাই হাইবদা থাংদোন হেন্দোকখিতুনা,
থাংগী থুহুম অতুনা তাক্লরে থাজ্রাকপদা।
সগোন শগোন থেংনথি অহল অনি ওম্বরে
তারে মালেম থকতুদা লাংগোই সয়াং থক্তগী।
মচা মচা চেল্লিল্লি। মপা মপা কোওথংলি।

লাংগোই খক্তা থাংগৎনৈ। থোংলেন থাং 'মুক সৎথরে থাদ্রাকপদা য়াম্বরে। থাংতু লমথাংদা খম্বা' ফারে। থাদ্রাকপনা—"হিঃ ইবাই মন্ত্রি করিনো!— করিনোবু হায়-হাই! কনাস্ু লৈত্রিঙৈসিদা হাৎলো হায়ে নং-গুম্না!— করি য়ানো ইবাইবু ননাই ঐদি হায়দেনা। থাম্বিনবা লৈখিত্রে নচা ইচা য়ৈনরে থামসি ইবাই। হায়বনি। অচচা নং হায়দে হায়ো ? – নচাই-বুংডো হংবিয়ু।" হায়না থাদরাকপদো থৱাই শিনিংদবনা খুমল লোমদা নপসিল্লে। থোংলেন মচা য়েংতুনা— "হায়! খম্বা হায়খিত্রা?" মপাই য়াহং তাবদা থনখ্রে খম্বা—"করয়ো! কৈ ফাবস্ু কায়ব-তায়, জীব-'নিস্ু শিব-তায়! পুইন কনা' হেনগনি ঐদি নোয়োক তারগে জীব অনি কল্লগে, লৈপাক নিংথৌ অনিগী য়াথোক লোমস্ু ঙাক্লগে।" লেপলে খম্বা মপাদা—"ইপাই 'বুংঙো ঐহাকপু, তায়োন্নরবনরা হাৎলু হায়বা অসিবু তাহৌদেনে নচাদে।" হায়রে। থোংলেন থাজরে।— "ঐনা অহল-ওইবগী তায়োন্ননা তাবোইরে।" খল্লে থোংলেন ইংথরে।—"ইচানা হায়দে হায়রে চুম্বা তারে কোন্নসি।" হায়রতুনা অহল 'নি কোন্নথরে। মসিদা থোংলেন পুক্লিং শুংঙাইত্রে। মৈগুম-শানা হৌরকই—মলোম্ পুম্বা নিংশিংঙেও।—

কাক্কা লমজেন্দা য়েংপা ; মাইবী চংসিন্নখিবা
মমৈথংদা তারকপা থোংলেন-লালোই তানবদি,
উকায়-কাপ্প, হৈজিংগী, সমুথোংগী মলোম্স্থ,
লোই কারকপা মানা নংতবা ভাক হায়জিনবা,
মাহুদগী বিচার লোইরকতবা অহুনা
ভসি কৈ ফাবসি ফাও—মথং মথং ওইনদি
পরেং পরেং থুভরে। থোংলেন থোইদৌ অহুদা
কুরুক কুরুক ইন্নখ্রে। থোংলেন মবুক থোংবসি,
তারে নরু মখৈদো। কিনরেদা কাংবুদো ॥
খম্বা মাগী য়াংথৈ 'মা নোংবানগীস্থ য়াংথৈনি
থোংলেনগী নিফু মঙ', থাব্রাকপগী নিফু মঙা
খুৎলাই পায়বা ময়ামসি পরেং শানা মাংদা থায়।
মপা অনিনা মাংদা মচা অনিনা ন্নাইদা।
লম্বু তাগী মতোনদা কোরৌ মঙান য়ৈরকপা
ময়াম অহু লাকপদো—নিংখিজরে য়েংবদা
থোইরেন তাকী লমদম্না চিংগী নাপোম নাপোমদৈ
নেম্নেম তম্থরকপনা খুদেং শানা কুৎথবা,
সগাই পরেং শাবদা মীনা পুমকোই পুম্নভৌ ভৌ,
সগাই মথক অহুদা, নিংথৌ যুব্রাজ অনি,
পেগা পেগা লৈরিবা, চিংশা নাপোম খুদিংদা,
হাওনা পুম্নেং লেংখিবা পুংগী সেনগী মথোম্নে ;
ইচিক হুনবা থোইরেন্তাক ইংনা নিম্লে নিংথিরে ॥
সনা পমপাক সগাইদৈ খম্বা নোংবান অনিনা

পরেং শানা লাকপসি মোইরাং নিংথৌ উরকই ।।
মলোম ময়াম অহুনা মুংঙাইবনা থোংলেম্না—
"পারি খম্বা তৌনমু · হৈয়ু শাজো" হায়রকই ।
থাম্রাকপস্ম হনখিম্রে,—"পারি নোংবান তৌনমু
হৈয়ু ইবো" হায়রকই । থাম্রাকপগা থোংলেম্না,—
অনি পাবা হেন্নদে । লাক্ক লাফ্ফু ফুনরে ।
তেংগোন অনি অসিনা ফুনরকপা অসিনা
মত্তৌ অমা ওইরকই । অঙোম নিংথৌ হায়বসি
মথুংতা থাং পারহুনা হাংনর্‌রসি হায়বদী
হেল্লি থোংলেন মহাক্লা । শিনবদি নংত্তানা
স্নম্না অহুক হৈনবা হেন্দে থোংলেন মহাক্লা
ঙসি মুমিং অসিদি থোংলেনহু ফনা শোক্লে ।
অঙোম নিংথৌ হনখিম্রে । মোইরাং নিংথৌনা উরে
মাংঙে হৈনরে হায়না দোলাই পাবা কৌরকই—।
সনা য়াথং পুজবা দোলাই পাবা অনিদো—
"লাল্লোই তাম্বা মন্ত্রিবু, অঙোম নিংথৌ ইঙেঙাস্নু,
খম্বা নোংবান 'বুংঙো 'নি—মপুসনা য়াথংনি ।
লৈপাক প্রজা অপূম্বা—থাইদোক্কুনা লাক্লৌ হায় ।"
স্নম্না লাওই । থোংলেম্না—"নিংথৌনা লম্বী অনি
ফাংতে, অঙোম তবুদি চাওহন্‌বা চংমু চংলোই ।"
হায়না লাওরে থোংলেম্না । অনি অদো মুংঙাইরে
কুম্মৈ য়েংনিংঙেও । "চুম্না য়েংবদি য়াদে ঐথোই,
ফুরক্কনি, মীচংস্নু য়েন্নসি হায়র-কদায় ।

য়েন্নকমন্সু খংদরে। ফুনসিন্নতুনা নে
কুম্মৈ য়েংসি" হায়নরে। নান-কাদি ফুনদে,
অনি অত্তুন্সু য়ৈনৈ কুম্মৈ য়েংই সুম-দোনা।
সনা মিৎয়েং তাবদা "অনি সিন্সু য়ৈনরে,
কম্নো মাংবা তারেনা—" হায়না হায়না য়োরক্লে।
সনা পংথোং য়োবদা সনা য়াথং—"করিনো
অঙম্বা নহোয়-অনিবো" সনা য়াথং সিদা
'ঙম্বা অনি চোংথরে সয়াং থক্তে লৈপাক্লা।
থাংনা নিংথৌ খুরম্মি। খম্ব-নোংবান অনিন্সু
দণ্ডবৎ কৎলে। নিংথৌনা উবদা সনা পুক্লিং
পেল্লে। অঙাং অনিগী মওং মতৌ নিংথিবা,
নিংথম শমজিন চিনবদা, পান্দু লৈথাম্দগীনা
চপ-চপ মান্নে উনম্-গুম। মপু ওইবা মপুনা—
মরল-ওইবা মনাইবু নিংথিবদা হরাওবা
মপুশিংগী মথৌনি। পম্পাক অনি থাইদোকই।
মচা মচা পংথোংদা লেপই। ডাহাক লৈরগা,
মোইরাং চাওবা চংলকই খুমন মমাক্কী নাক্তা।
নোংয়াই মকু খুরমই। মবাই ফেরোইজাগ্বদি
সনা থোগন তৌতুনা সনা নাক্তা লৈরম্মে।
খম্বা মবাই খুরম্মে। মপা মমা লৈতবা
নোংয়াই সাগন তুফাংদি থোংলেন চাওবা-মবাইগা,
লাইনা থাব শিংসিনা খুমন পাংগল ওইজরে॥
সরেংচিংগী চিংথাংদা কবুই ওইবা জাৎ-মানি,

মবুক হোবা অহল্লি সলাং নিংথৌ উরকই।
থোংলেন কৌবা মহাক্কা থিক্লোই 'মদা চাংদম্বা
হৈব-শিংবা মান্নবা, মনাই ময়াম লোইননা
কুম্মৈ অসি য়েঙ্গুকই। মনাইশিংদা—"কনানো
নিংথৌ পম্মাং অসিদা কৈনো য়াম্না লাংইনা?"
মনাইশিংনা—"ইবুংঙো! থোংলেন চাওবা থম্বনে।—
হাই হাই ইচা থুংলরে।—শিক্করবা ইচানি,
মোইরাং খোরী কৈথেন্দা ইচাই থল্লাই মঙানা
হকচাংদগী তোংঙাননা লৈরম্মবা ইচানি।
ঐনা খিজক্লদনা কনজরবা থম্বনি॥
ইচাই মশক উদবা লোইদাম কুমজা য়াম্মল্লে।
ইচা মশক য়েংউগে।" হায়রে সলাং কুম্মল্লে।
মনাইশিংগা লোইননা চেম্থরক্লে তম্পাক্তা,
নোংয়াই মচা কৌরকই। নিংথৌনা—"কনানোনে"
থন্দুনা সনা মিৎয়েং তারকই। হংই মনাই
সেলুংবা ফৈরোইজাখা খুমন মাগী মবাইদা।
সলাং মাগী পরিচয় মবাই তুনা হংগৎলে॥
"অসিমস্থু থম্বগী মী ওইরে" হায়বিথরে॥
"লাইবক ফৈদা থম্বসে—পুরেম্বাইবা অঙম্বা
সংগ তৌইদা নংদে। নিংথৌ ঐদি পংইদা
অসিমস্থু ঐহাক্কী মীবু ওইনা থম্বদা
মনিগুম্বা নিপানি।" স্নুম্না খন্থি পুক্নিংদা॥
সলাং মাইবা লাওরকই—"লাইবক ফবা থোংলেনবা

মোইরাং চাওবা নোংথোম্বা নবিডাদি ইচাগা
মুমিৎ খুদিং চামিমৈ। চেক্লাগুম্না চিন্দিমৈ,
পারি 'বুংভো।" হায়দুনা খম্বা মচা কৌরকই॥
সলাংমাইবা থোংলেনবা মোইরাং চাওবা অহুমদো
প্রেম্বু ভৌনৈ। খম্বদো পাক হেক চংবা ভমজদে।
ভিভক ভিভক য়েংজখি। সলাং নিংথৌ মপানা—
"ঐ ইচা পম্‌গে" হায়না খুমন লোমদা চংলকই।
নোংয়াই মপা সলাংদা কোংয়াং চৈস্থু তাবগুম
দগুবৎ তৌই খম্ব। "ননাই লাইবক খিবদি
পম্লৌ শিরুরবনি ইপাই 'বুংভোই থৌজাল্না
নচা ফিংজরকপনি পম্লৌ নংনা অনিরক
পোকপিরবা নচানি।" হায়না খম্বা কপ্লকই।
"ইপাই 'বুংভো! ইপাদি থালৈ 'য়াকপা থকপনি
য়াংলৌ 'থুম্বা চাবনি, পারি হংগোইগদরা,
ইপা অমুক্তা চুপকে।—ইপাই 'বুংডো হায়বিন্থু।"
থোংলেন চাওবা অনিনা—"নোংয়াই চংউ নপাবু
নোংয়াই করি কিবগে।" লাওবি। খম্বা চংদুনা
সলাং চোরোন শোকউরে। মপা সলাং নিংথৌনা
"পারি খম্বা ইচাবু মঙ্গল ওইবা ওইসনু।"
হায়না মচা কোনবিরে লাইবক থেলৈ চুপ্পিরে।
য়েৎ থংবদি মখুৎনা নোংয়াই মচা কোল্লগা,
ওইথংবা থাংগৎতুনা, পুরেন-ভান্ধরৈম-দি
মচন্‌ মতাও কৌদুনা সলাং মাবু কপ্লকই।

মচন-মতাও অনিগী মোমোম নোকপা শক-কময়দো',
সলাং মানা উরকই। মচিন থোক্লা সলাংনা—
"ইচন-ইত্তাও অনিমক নচাগী মতেং পাংলো।"
হায়রকপদা মূর্ত্তিদো মচা খম্বে মশাদা
তিন্নখিবত্নু উহোরে। থোকইবদি থৌদোকসি,
থোংলেন মাস্থু উজখি। "ইতাও সলাং ওকএ-হাই!
কৃপা পিব্রে নচাদা, ভোজন্ তৌরু লৈরুরো।"
হায়রে থোংলেন মত্তাওনা। "ফরে ইতাও ইচাগী
মঙ্গোল ওইননবা লাইনিং পরৈ চেৎপিয়্।"
হায়নখরে অনিনা। স্থম্না সগাই কানখ্রে॥
ফৈরোইজাম্বদি তাদে থোগন অতৈ খরগা
সনা নাকোং চিকত্নুনা—"খম্বা নোংবান অসিবু
করম দৌই ওসিবো?—ননাই 'থোইনা লানগত্রা,
নোংবান সিবু মক্তুকপু—। থোংলেন-মপা অনিদি?—
অঙোম নিংথৌ অসিস্থু কয়া কুচু পাংজদে
ননাই থোংলেম্না পাল্লি ননাই 'থোই উজবদা।—
অসি মঙাইদনকো!—অজ্ঞা।" স্থম্না ঙাংনখি
মনাইশিংগা নিংথৌগা॥ মতুং তারকপসিদা
মনাই থোংলেন কৌরকই—"ইপু থোংলেন অথৌবা।—
অজ্ঞা।--ঐদি কুইরেদা।— অজ্ঞা!— নংদি হজিক্তা?—
লোইনজনিংলদনা ননাই লমজা খম্বগা,
ননাই ঐবু চোরোম্না—। হায়দে ইপু হায়জদে।
শাওরুবদি হায়রুম্নু ঐনা থোইনা স্থুংঙাইখ্রে।

অত্থবু ইপু ঐনা নোংথোম্বদা, কৈ সিবু
হুংই লৈরিবরা হেনখরবরা হায়না;
হেনখয়ে হেন্রি হায়বা পিদে অরেপ্প 'মতা।
'ঙরাং য়াচংবা ফাওবা কৈগী মনিন তারমই।
মতুং অসি থংদরে।' অস্থুম খুমই নোংথোম্না।
ঐদি থরাই হ্বাক্লরে মমৈসিদা হায়বনা—
'লাকথিসম্নু ইতাও-তুক কৈনা হেনখিরম্মগা
চাওবা ইয়া কবাক-খল, পুখৎপিয়ু ইনিংথৌ।'
স্তুম্না খুম্মিনে ইপু।" হায়—তম্মি থোংলেনবদা॥
থোংলেন ফাক-ফাক নোকতুনা—"পাম্বা হেল্লোই ইনিংথৌ।
তাম্বোক্তুনা চৎলরোই।— করিননো অথৌবা?—
নজা ইবেম্মগী বিচার লাংওন ওইরত্নুনা
পোক্লরবা পাম্বনি। খম্ব-নোংবানবু ঙাইরি,
কৈ তুমই।—অওইবরা?—চোরোন্দবু থোংলেম্না
করম মীনমগদগে, লৈখ্রবরা ইনিংথৌ?—
তুনা হংইবসিনি—শোইররোইকো ইপু?—
শোইররোই।—শোইরবদি?—শোইরবদি থোংলেম্না,
পাম্বা শক্লক শিনগনি কৈ শাগনি পম্নুংদা।
ঐবু থিনবা হানবনা কৈবু ফাবা শকসম্নু
মানা ঙম্বা লৌবিয়ু।—তুনা থোইনা কিখরে।
করিনা হোরেন নংদি, মুংশিদবা অমদা
চিক্কে থোংকে হায়নিদো।—করি হ্বানো ইনিংথৌ,
মীনা কৈ শাক্লবদি হৌনদবা হ্বাফম্নি

শোইরোই হায়জরুবনি।— ছুদি মন্ত্রি কৈ অসি
কয়া রাং চাওবা কৈনো ?—থোইরেনতাকী কৈ অসি,
মরেপ্তা খুত্থুপ মভা ময়ুংদা খুত্থুপ তরুক
ওইদৌমাল্লে ইনিংথৌ।—কনা চাওরিনা মন্ত্রি।—
অজ্ঞা।—মচুদি করি ?—ভাং-য়েক্লি, কোরি চেল্লি—
ময়াংলেন্দা, মাসিনা নিংথৌ শাগৈনি হায়রি॥
মমৈ চামোর তাংই মসি লুরাংনি। মভাংগী
মখোং মরি তাংবনি। মবুক তাংই মাসিনা
অঙোম্নি। মরাইবক তাংই মাসিনা খুমন্নি।"
থোংলেনগী রাসি তাবদা চাওবদা—"ইপু!
মন্ত্রিনা কৈ লৈরি হায়রি, পমপাক পাও চেন্থোকও!
শাসি থোসি নোংথোম্বা।" হায়রে। চাওবা নোংথোম্না,
"অজ্ঞা" হায়না খুদ 'মা তাগী মতোন্দা থেংলে।
"লৈপাক পুম্বা শাথৌরো—মপু সনা য়াথংনি
শাগী মওং থংলসি অপায়-অপায় লংসিল্লো।
কৈবল শৈরো নিংথৌনা পাম্বা মচু য়েংলসি,
হায়রে য়াথং তাকপিরে।" হায়না লাওরে চাওবনা॥
সনা পম্পাকতগীনা মথং মথং লাওনখ্রে।
পুংসেন য়ৈরকই, নিল্লে। খোইরেনতাকী মীয়াম্না
রা রা য়া য়া লাওরক্লে। হাওগী পমপাকতগীনা
শাগী শারাও তৌদুনা থোনরক্লে নিনথরে॥
মতম সিদা থোইবীনে খুমন চম্নু থম্নুনে,
মনাই সেম্নু কৌবিনে মুরা অহুম অসিদি,

কৈবাও তানি হায়ড়ুনা—ফুবালাগী লৌকোক্লি,
পিয়াইস্থ পাগী লৌকম, লমদমসিদা লাকুনা
মনি থোকপী লমজাউদা মনি মথি ফোংবগুম
ভাল্লে অহুম ভাইজরি ॥ পাস্বা থোনবগীদি
নিম্নরকপা মীথোন্সি নূরা অহুম ভারক্লে।
থোইবী পুক্লিং লাংভকই, নূরা পুক্লিং হুরকই।
নূরা অহুম লৈরিবা লমদম সিদৈ য়েংবদা—
উরে মীয়াম তিনবদো থুদেং শাবা লোক্লুংদা
সগাই মথক অহুদা। লোইবা তাংথোং লোন্ কৌবা
লোইবী মাগী চিংয়াংদা—লোইবী পাম্বা কবোক্লে
লৈরাং মানা শাৎপগুম বসন্তগী ময়াইদা
নিংথিজরে লমদমদো। ভোরোক ভোই সংবাক্লে,
মপু মোইরাং নিংথৌগী চোং-সেকপিন, কয়া 'মা 'মুক
অভম্ব অথৌ কয়াগী ড়ুনা মরোল অমা 'মুক।
ফীরান মথন মথক্লে—নূরা অহুম উরকই ॥
ফুবালাগী লমদমদা থাদোই থমোই লোক্তগী
অকুৎপদি লমদমদা থোইরেন তাক্তা চেম্বখ্রে,
খুমন থমোই ইপাক্তা প্রেমগী ইচেন তিনথরে।
মবুক শিৎপা তুরেনগুম সোর পিক্লে থোইবীদি
মথংলেনগী খনবদা হকচাং তনিক তনিকই।
নূরা মাগী থয়াইদি চেক্লা চাদি ওইড়ুনা
মাঞ্জ তুংবু ইনথরে। নোংয়াই মচেম লাইরবী
মৌপ াইদমক য়ারকই। নূরা সেম্ব কৌবিস্থ

মবুঙেঙাইদমক থনখ্রে। ঙাঙোই মঙা 'বেম্মনা—
"ইমান সেম্বী ইনম্মা। নহু নিংথৌ অহুবু
পম্মুং চংল-মাল্লেনে।—ইবেম্মা চংল-মাল্লে।"
হায়নরে। মীয়াম নিনবা, কৈনা ঙংলকপহুনা
লোকমাইদা য়ৈরকপনা থাংজিং চিংজাউ নিক্লক্লে।
লাই-মনাই হম্জি-চিংশু লেংই—খ্রক্ খ্রক্ লাওরকই।
ফুবালা ফাওবা নিকখ্রে। হাম্না পাম্বা মহাক্তি—
থোইরেন-তাক-তি রাংথরোক, থৌখুরোক-তি থামেল-লোক,
উরাং ফাইগীদি লমদম, হাওবম্-লোক্কিদি তুথুপ,
সিদা কৈনা তম্লমই। ঙুং-ঙুং তৌ-তৌ পাম্বনা
চোংথোক্লুনা থা-রাংদা নোংপোক নোংচুপ থুংলকই।
পাম্বা কোয়চেন্ চেল্লকই। য়া য়া য়া ঙুং ঙুং রা রা রা
পুম্নিন ওইনা নিনখরে। চিংউ থাংজিং মহাক্লা
পুথোরক্লে কৈ অদো মপু মোইরাং নিংথৌগী
সনা পমপাক মক্কদা চোংথোক্লুনা লেপ্লরে॥
ফিরান অমা হায়হুনা তুমিন তুমিন লৈনরে।
ঙাহাক লেপ্লম্মে, মমৈ ইশাং শাংনা চিংহুনা
হাম্নগী শাথুপ ফমদা কৈরেল্—অমুক চংখরে॥
ফুবালাদা থোইবীনা—"লৈপাক তুমিল লৈনখি,
শাগী মথোন তাখিদ্রে। পাম্ব-হুবু ফাবরা,
কোংয়ানববু শোকপরা নহু নিংথৌ শোকপরা।
'নম্মা লাংনা পাদম্মু!—চুমই ইবেম্মা ঙ্গেংগে।"
হায়না থম্মু মচেম্মা লাংনা তন্না থংচরে।

য়েংই। "'নম্মা কমদোই ?—মজাইবেম্মা রাকম্লু
ইডু নিংথৌ কৈদোদে থম্বা নোংবান চংদরি।
পাম্বা শাথোবদনি। লাইনিং পরৈ চেৎপিয়্ম
অনি পল্লুং চংদোরে, থোদো সিনা হায়বনি।"
স্মম্মা হায়না লৈনরি। খোইরেন-তাক্তা নিংথৌনা
মোইরাং চাওবা কৌরকই—"নোংথোন্।—অজ্ঞা।—মন্ত্রিসে
মল্লা মক্তি শোইদেদা।—শোইদে অজ্ঞা মনাইসি
মনা পিববু য়াইএ।—নিওঙম্মি ঐস্নু ইপু,
মনা পিসি—মন্ত্রিবু।— অজ্ঞা। - ইপু লাকপিসি,
ইপু নল্লা শোইদবা মুংঙাই মনা পিজগে,
চাত্র-মরোং-লৌ, সংগাই কোংজেং লৌ, লৌ পরি 'নি।
ফংবিথরো ইপুনা।" হায়রে মনা পিথরে।
লৈরুম অনি থুম্-পোৎনে। খোংলেন মনা ফংজরে॥
থোংলেন মনাইশিংনা মনা অন্থু পুথোকই
চাওবা থোংলেন থোরকই। চাওবনা মনাইশিংদা—
"হাই হাই ফী থুম ককাদো, নোং চোৎতুনা তোককনি।
ঐদি অহিং থাংপোকনি নোংয়ুরোই ঐদা থম্মূ।"
হায়দুনা চাওবগীদা থম্মে মনা পোৎ-মথৈ॥
চাওবনা থোংলেনবদা—ইতাও মন্ত্রি ওসিগী
মনা সিদি হংগৎপনিদো ঐনা চুমদরা,
তংথাই য়েন্নি।—লৌজো চাওবা পুম্নোতুম ইবো,
থুমন মচিন মোপ্ৰাগী পিনবগীদমক্তা
ঐনা তানবা ইরম্মি। মনা অসি চাওবনে,

পুমপি পিথোকপদি ভুক ফত্তে তুনা নহাক্না
তংথাই 'মদি থাকথো হাই। লৌ পরি অম থাকথো।"
হায়রে তংথাই য়েম্লরে—চাইরে নোইক্লে মুংঙাইনৈ
ফাগি তৌনৈ হরাওনৈ চাওবা থোংলেন অনিদো॥
মতুংসিদা নিংথৌনা লৈপাক লোমদা য়েংলুনা—
"খম্ব-নোংবান অনিবু চংব য়ারগনিনা?—
অজ্ঞা ননাই ঐথোইনা পামজবমক তাকপিরে।"
খুম্মে স্বম্না প্রজানা। খম্বা নোংবান কৌশিল্লে।
মপু সনা য়াথংনা—"তয়ুম নোংবান অপাম্বা
নংঙোন্দা হায়া হায়গেকো—পমু্ং চংবা নবিঙা
ধর্ম্ম কাম্নগম্নুকো পাম্ব মাবু নহাক্না
তাম্না থেংনরবস্নু পাংসমুকো নত্তাওনা।
নত্তাওনা থেংনরবসু নংনা পাংউ তয়ুম।
নংনা করি হায়বগে?— অজ্ঞা ঙসিগি সিদি,
ঙাকপিগনি চোরোম্না মাগী মাগী মপাংগন
য়েংনবনা থোকত্রা; অনি য়েংশিনলুনা
ফারবদি পাম্ব-সি সনা বুদ্ধি তৌবিসি,
ননাই ঐদি পামজদে।" স্বম্না খুমই নোংবান্না॥
নোংবান মম্না তাবদা মোমোন নোকই মোইরাংগী
মপু মোইরাং নিংথোদো। সনা য়াথং—"কোংয়ানবা।
সাগ্রেম-লাংগ্রেম্নগম্নু। হায়ফৈ য়াই, নংনা হায়বা।
নংদি পলেম পম্বোনা চায়োক লাংগোন ফবগী
কল্লি থৌই চুমইকো।" স্বম্না খুমই নিংথৌনা॥

অভাবনা ওকুথি ওকু-ওকু থংনথি ॥
সনা য়াথং খম্বদা—"ওয়ুম থম্বা !—ইনিংথৌ !—
নংনা থেংনবদা, পাম্বা, নত্তাওনা পাংসনু
নত্তাওনা থেংনবদা খুমন নংনা পাংবসি,
নোংয়াই করি হায়বগে ?—" লমজা খম্বা খুকউ 'নি
মালেম নৈদা তাত্নুা মথুং অনি লোয়রে,—
"সনা য়াথং ভুং-ইন্না ননাই থোইনা পামজয়ে।
ওসি পাম্ব আসিদা ননাই থেংনজদবা,
চোরোন্ বোর পিবিয়ু। 'তাওনা লেপ্প ফাসনু।
তাবাংজবা ওইত্নুা ননাই খম্বা লাকচগে।
ননাই ইত্তাও নোংবান্না পাম্ব অসি কারগা
সনা কোম্নুং য়ৌবিবা। খুমন লাইর-শংদগী
ইবেম্মা লৌথংত্নুা লুহোংলগা কোম্নুংদা
ইত্তাওগী মরান-য়াইদা লেপ্প য়ৌব অসিদা
চোরোন কৃপা তৌবিয়ু।" হায়রে খম্বা য়াজয়ে ॥
থইবি মরা তাবদা সনা পুক্লিং অত্নুবু
উনবু হেন্না ইংথরে—"খুমন মনাই খম্বনা
কৈসি ফাবা তাবোইনা।" থনথি সনা পুক্লিংদা ॥
সনা পমপাক-তুদগী অতাবা প্রজা মথৈ
খুমন মাবু থাগৎনৈ।—"নিংথিজৈদা লাইরবা
মঙ্গল ওইয়ু নহাক্না—" বোর পিনৈ লোইনমক।
সিগী মতুং অত্নুদা—হুইরোই, লম্মোং অনিবু
সনা য়াথং কৌসিল্লে। সনা য়াথং—"নথোইদি

অঙাং অনি অসিগী মমাং থানা চিংবিয়ু।
হোরেন পাম্বা অচুবু সিদা লৈরে হায়চুনা
তাকপিরম্মু অচুগা থোরকউ।" তাকপিখরে ॥
খম্বা নোংবান খুরম্মে। "জোয় ওইবা পিনসম্মু
চিংউ থাংজিং মহারা, ধর্ম্মনা জয় ওয়ুকো।"
সনা য়াথং তাকপিরে। নিংথৌ সনা পুক্কিংদা
খুমন মাবুনা লুমই। নোংবান মপা খুরম্মে।

---

# থম্ব-নোংবান অনিনা পন্নুং চংবা

জোয় ওয়্ হায় নানবিরে। ছুইরোইগী তুং-ইন্দুনা
অত্তোম নোংবান চংলকই। থম্বস্ মপা মকু
মবাই, অতৈ অত্তম্বা পুম্বা লোইনা খুরম্মে।
নোংয়াই মখুৎ থাংগৎলে মায়কৈ মরি ওন্দুনা
লৈপাক প্রজা খুরম্মে। লৈপাক ম্না হেক লাওরকই
"মঙ্গোল ওম্ব ইবুংঙো।" লাওরে লৈপাক্না পেল্লে।
থম্ম্ থোইবী অনিগা নূরা অহুম তাথরে।
পন্নুং চংবা তারেনা স্নুম্না লেপ্পে খংনখি।
খুমন চন্নু পোঞ্জেম্বী মমায় থোইরেন তাকলোমদা
ওল্লে—"ইন্থু নিংথৌ। 'চেমগী ইবুংঙো লাইরবা।
পোকপদগী ধর্ম্মবু কাইরক্কবা নংনিদো।
হা ইমা ইবেম্মা। পম্মৌ ইপা ইবুংঙোগা
অনিমকপু লাকপিম্ব নচাই মতেং পাংবিয়ো।"
হায়্না থম্ম্ কপ্লকই। নৌনা উল্লেন নংলবী
য়াবা মৈনা কারবী থম্ম্ খুরমজথরে
শিব দুর্গা অনিবু। পামেন য়াংবা উকাদা
কংডমদানা শাংলবী মজাইবেম্মা থোইবীনা
দুর্গা কৌবী লাইরেম্বী নূরা থাগোম্নথরে॥
মমিং সনা লকাদা পিগী ইরা হৌ'মখে।
থাদোই মমিং উইশিল্লি। "থাদোই করি য়াবগে

থোইনৌ ইতা কিরুম্ব।" হায়গুম তৌই নাকোংদা
তুর্গা মূর্ত্তি অতুবু ঙাঙোই মাগী মাংতুদা
তুবং তুবং চংপগুম্ উই ; থোইবী মিৎ পাংথোকই।
য়েংদ-য়েঙ উথিদে সুম্না লাইবু নিংথরে ॥
সনা পম্মাংদগীনা লৌ পরি মরি রোম-'তুম
চংলে নাপী নমতুনা। হুইরোইনা মাংদ, লম্বোং
অতুই মথংদা, নোংবান খম্ব থংন থংননা
সুম্না লাকই। থাংজিংনা নিংথরে "চাং-য়েংলগে ॥"
লোক্‌ুংদগী থংহৌদে মুংশিং অমা থারকই।
নোংবানগী মাঙ-ওইননা—য়ারা-পুচ্ক-লাংচ্ক্কে,
শিংগ্রেং লাংগ্রেং থোইমোম্নে, সতু-য়াংগেন্ তেক্-চাকতা
অমুক্তং মুংশিংতুনা নৈরকপবু নোংবান্দো
কৈ লৈরে হায়না নিংখ্রে চপ-য়ুংনা—"অচ্চা অচচা
নহাদে" হায়না নোংবান হাকথং তা-তু অমুক্তং
থিল্লকপবু মুংশিংতা, হুইরোই-লম্বোং অনিদো,
ফন্-ফন্ চোংথোকচহৌই। কুদগী সংচহৌই।
স্বাই স্বাই লাওই অনিদো। "হি হি শিরমগনিদা।"
হায়নৈ দংদং চোংনরে মিহুন্দো। হুইরোইতুনা—
করিনো! ঐথোইদবু সেলুংবা তানা থিনগে
তৌবদে ?—কৈনি হায়'না তৌবনি নারেংব-তু
উবদা। তৌরা উরা ?— করি রানো মাতুবো!
মাং মথারি ঐথোইনা, লাংনা-খুদম লাকথিনি।
হৌনবরা অতুম্না ?— হৌনবরা হায়বদে

হৌনবী তাকইবরা ?— হো হৌনবরা হুন্না ?—
শাগী শারম্ থংদানা, লানগী লাল্লম উদানা
লানগী লানবু ওইনিংবা, শাগী শাবু ওইনিংবা
পাম্বা মপা মমাবু ওইনিংবদি কৈদৌনি,
শিগে শিজৌ কৈদৌনি। মপাং থিনা তাথোক্না
ফুগেদো মতোইনরা ? সুম্না খুম্নে নোংবাম্না
হুইরোই লম্বোং অনিদা। হুইরোইহুনা—অহুদি,
ঐথোই অনিদা থিল্লু হায়রকপরা নিংথৌনা !
"থিল্লুদনা" হায়বদা নোংবান্দো 'খিন্দবদে'
হায়হুনা তাহু হেক্তা মচিংই। খম্বনা—'হিঃ
হৌনদে' হায়। নোংবানগী তাহু ফারে।
চিংথোকই। হুইরোইহুনা—"ইবোতোন্।
থাম্বিক্লম্ন থিহ্লনগে!" হায় শাওই মেগুম ভাংই।
'শাওবিগম্নু' হায়হুনা খুমন মানা থামজরে ॥
হুইরোই লম্বোং অনিনা পাম্ব মাবু কৌরক্লে—
"কৈরেন নংদি ঐথোইবু নপা নমা শকপনি !
নোংবান হায়বা জীবসে নংগী চিঞ্জাক ওইজোকো !
নোংয়াই মখু-বাক সিদা য়াইবী মাংবা ওইরকউ।"
হায়না শিন্নে পাম্ব-দা। হুইরোই লম্বোং অনিনা—
"মোইরাং নিংথৌ তাবিয়ু— ননাই ঐথোই ডমদরে
মাং-থাবা য়াথিদরে, সুংশিং-তবু তা-থারে।
ননাই থোইদি ভস্মরোই।" হায়না লাওরে লৈপাক্তা ॥
"কনানো" সনা য়াথংদি হংবিরকই। "নোংবান্নি"

"চুমই চুমই তৌরিনি"—সুম্না হায়নৈ লৈপাক্লা।
মপু সনা য়াথংদো—"তুদি ফরে থোরক্লো।
মায়কৈ য়েনবিরম্মগা থম্বা নোংবান অনিদা।"
হায়রে। হুইরোই লম্বোংনা—ফরে তুদি খুমন অঙাংনা
অরাং পাংনা চৎথংলু। নোংবান মথা পাংখরো।
ঙসি শানা লৈবদি অরাংলোমদা লৈরেকো।
ঐখোই অনি থোক্লগে।" হায়রে। নোংবান্না—"ভাইখো।
অরাংলোমদা ঐ চৎকে। হান্না কোক থেংনদনা
কোক হেক ফাদোকপনা কৈ, নুমিৎ থেংনবদনি।
হাক্লা চাওবস্তু নত্তে।" সুম্না তৌই রাঙাংহু।
"য়াদে নোংবান সেলুংবা মপু সনা য়াথংনি,
হুইরোই লম্বোং ঐখোইদি য়াথং হোংবা য়ানদে।
খুমন নতাও থম্বনা অরাং মায়কৈ সোমদগি
তাম্বরক্লসন্নুনে! ঙসিগীদি পাম্ব-সে
হোয়বা চৎপা শানিকো—খুমন ইবুংঙো নংনা
হোয়থরকউ অসুম্না। ঐখোই থোক্লে" হায়তুনা
থোকখ্রে অনি অসি। নিপা অনি অত্তুনা
নোংয়াই মাবু য়েংতুনা খুবাক খুনম ওল্লমই।
থম্বা রাখন তৌহোই। ভাবসি ফংলে থম্বনা।
পাম্ব খুৎতা শোইগনি ঙসি শোইরোই নোংবানদি
সুম্না থংখি অনিনা। কৈ অসিনা লৈবদি
মথা পাংনা লৈথরে। হুইরোই-লম্বোং-অনিনা
নোংবান মাবু শিসন্থু থনবদগী মায়কৈসি,

ওন্ন-তৈনা তাকপনি পাম্বা য়াহিপকমসিবু ।।
মমা লৈম লৌন-তা পম্থো মাগী খুৎস্থু-তা
নোংয়াই হাকথং তান্নবু অঙাং য়েৎনা পায়রুনা
যুবরাজগী তানা তারোন তাদি ওইনা পায় ।
মমায় অন্নাং পাংতুনা খুমন মানা তুংদা ইল,
ভক্তি মাংদা থাতুনা পাম্বা মাবু থিথরে ।।
উচেক 'মতং তুবৎনা, জীব অমা লেংবদা
খুমন মানা—"ইবুধৌ ! তোল্লবনি নস্থুদি
ঐগী মাংদা লৈবিন্নু—পাংগন কনবা ইতাওগী
মায়কৈরোমদা লেংবিয়ু।" হায়না খম্বা খুরমই ।।
অশেংবা নোল্লুকপগী লমচৎ অসি উৎলকই ।
থমোই লূবা খম্বগী মমাংদগী থৈদোক্লে,
তুমিৎ কাং হয়িং ফাওবা। "লান্দবা লাকই ঐথোই
য়োল্লু লাল্লুগনিকো।" স্থম্মা ঙাংনৈ জীবশিং।
য়ুরান অমা ফাওববু নোংয়াই মাংদা পাইশিন্দে।
ধর্ম্ম মানা লাকপদা তুমিৎ ফাওবা লাবদি
ভক্তি তৌনা থৈদোক্লে। মথোন কাবী জীবশিং
নূরাগুম্বী শিংতুনা থোকই য়েংই মঙ্গোল-পি ।।
জীব অমা থম্বগা থেংনথিদ্রে স্থমদোনা ।।
নোংবান মথা পাংবদা থিরকপদি প্রলয়নি ।
মথুৎ-স্থু তা অনিদা ফৈনা পুল্লপ পায়রুনা,
নাপীশিংবী অপূম্বা পোরোক পোরোক নমহুনা
সনা পম্পাক মপাদৈ হাওরৌ পরি'ম য়োমগী

ময়ুংদা সুম্না লাকএ ।।  খোংয়াংবম্ চন্থু নূরা
কুঞ্জমালা কৌবিনি, খোইরেন্‌তাক্কী পাম্বগী,
মুজা কৈথা থাখিবী নোংবান মাগী মাং-ওইনৈ।
কুৎতক তৌবা অমদা—লৈরাং খম্বাল কৌবীবু,
অঙাং নন্না ওইবনা সেগাইদুনা মথুৎনা
মালেম থক্তা হুন্দোকপা অক্নগুম্না তাদুনা
কুঞ্জমালা লৈরম্মে।  শাদু ফংতবদগী,
নূরা মাবু পাম্ব-না লোইনা চাখিদে, মঙক
অদু থদংলে—তোঙান মুজা তারমই।  মশা
তোঙান লৈরমই।  নোংবান লাইবক থিবী মুজাদো
নোংবান্না থেংনক্করে।  নূরা মশক উরগা
নোংবান্না—হাই-হাই মপোক ফংতবী, নংনা করম্
চংউরিবা ; নহান-মুক্কী মপোক্তা নংনা তৌবা
কর্ম্মদুগী ফোন্ননি—হান্দক ফংজরবনি ।।
মীনদি নংবু নতোম লোঙাকপদা চাবনি
মাত্র ওইরম মোইন-হাই।  ফংতবী মুপী-লমচৎ,
লৈরাং মনম মুংশিবা থিরুরিনি চংদুনা।
নারক জঙ্গোল অসিদা—শাগী ময়াদা নংনা
নশা শত্রুম হুঞ্জিনবা ।।  নহাক থক্কী কয়ানো
ম্নানরিবা ময়ামসে।  চংউদ্রবদি নংনা
ঙরাং বিচার লোইদুনা নিংথৌ মচা ইবেম্মা
লৌরদৌবনিদোসে ঐনা, নংনা পহল্লে।
চৎথোকউ ননম্ নমথি পানা চাবা ম্নাদে হাই

নশক অচু উবদা মঙ্গোল ওইনিদি নিংদে।”
হায়রদুনা নোংবান্না লৈরাং উতুপ ওইরবী
নূরা লমজা তোল্লবী কুঞ্জমালাই হকচাংদো
সেগাইরবা লৈরাংগুম তাজরিবা অদুবু
নোংবান নিন্দা তৌরকই। মখুৎতা পায়বা তাগী
তাথোক-তুনা কোৎতুনা হকচাং অদু লংথোকই।
কুঞ্জমালা কৌবিসি তাইবং মপোক থিবিনী।
মপা মমা অনিনা মুজা মদোম পোকপিনি।
পিশক পিক্লা মহাকপু পলেম পম্মৌ অনিনা
হুন্দোকলম্বী অডাংনি মুজা মীরোন খংদানা॥
কৈরোই লৈকাই পুম্বগী চাক্লেম লুথাক চাদুনা
লেনজরকপী জীবনি। নুজা লক্কা তিল্লক্কে
মীগী মীনাই ওইদুনা। মপুই থৌদা থাংবদা
রাজরকপী মহাক্নি। নূজা মপোক ওইবনা
সংসারগী হৌনবা মথোন কারক্লবদা
নিপা মপোক নদোগুম মদোম লেপসি লেপফদা।
হৈরে থংডে হায়দুনা খংবা হৈবা ওইফদা,
উরি ওইবা লৈরাংনা শিঙেন মদোম লেপ্পগুম্
মপুং ফার ফাওবদা মীগী মীনাই ওইনা লৈ॥
কোরৌ থুদিং থুদিংগী মপুই য়াথং শোইক্কদা
মুতি থুদিং লৌ-ডাকই। কেগে মোইরাং লমদমদা
পারি পুরি থিবদা মমি তাদরবিনি।
ডাক্লা ডাক্লা লৌতুবু মুমিৎ থুদিং মচৈবী

মপু ওইবা অহুনা—"লৌঙাকপদি চৎলগা
কোরৌ চুপ্প অসিবু উচেক তান্দরমাল্লে,
তুম্ম-তুম্ম লৈমাল্লে ফৌসি ইপান পান্দরে
চারে লোইনা উচেক্লা।" ঙাক্লা ঙাক্লা মহায়বি॥
নূরা মাগী মুমিৎতো পাম্বা কৈথা থাথিবা,
উচেকুস্মু তাবনা তানবা লাকপা ঙমথিদে।
কোরৌ মমৈ ওইরবা নুমিৎ তার ফাওবসি
উচেক য়াম্না তাথরে। "ঙসি কোবা মুমিৎসি
উচেকমক্মু তাখ্রেদা নুমিৎ থেঙেও হায়হুনা
হুন্দোক্লুনা চৎলগা য়েংবদদি হয়েংদা
উচেক তান্দ্রে হায়হুনা ঐবু য়ৈনি চৈরনি।"
হায়না কিথিবদগী সন্ধা নারন হুনখ্রবা
মতম অসি ফাওবদা লৌঙাক সগাই মথক্তা
লৈরে উচেক লাওহুনা। উচেক তারকত্রবদা
মাবু লোইবা মপুগী অকিবহু কোক্লক্লে।
য়ুমদা হনগে হায়হুনা নিঙঙকপদা নুমিৎতো
পুম্নমম মমখ্রে কিরক্লে অমম্বগী অমুক্তা॥
নুরা মানা মমখ্রেনা সিদৈ য়ুম য়ৌবসিদি
লমদম মতা অসিগী ইমুং থেংবা তাথরে।
"য়াংদো ময়াই চনবদা, পাম্বা ঙাঙবা মতমনি
থেংনরনি চৎলরোই য়াইবী মাংনা তোক্লনি।
ইমুং অসি লেল্লগে সগাই মথক অসিদা।"
নূরা অসি খন্দুনা ইমুং অসি লেল্লকই।

মিকুপ পুংজা থিতুনা ইমুং অসিদা লেনগে
হায়না রানা ভাইথরে। লোইবী অনকপহুদা
পাম্বশিংনা থোংবত্থু তাখি কুঞ্জমালানা
ইমুং অসি ভাইবদা কিথিবনা নূজাদো
হোন্দে মুংশা সোরবু। ইমুং মিকুপ অমদা
চহি অমা ভাইগুম্মে। "কোরৌ নংগী নশকতো
উনিংঙেদা অভানবা" হায়না থম্মা মমায়দো
নোংপোক লোমদা থম্মকই। ইমুং কাংথন মমুংদা
পম্বৌ নিঙোন কাহুদা—মবুং মৌপ্। অয়াম্বা
পলেম পম্বৌ ওইবনা, ইমুং থম্মা লৈববু,
কাংথোন য়াইরি পাবম্বক নিঙোন ইমুং লেমববু
কিগল্লবী মহাকনি। থোইরেনতাকী লমদমদা
লৌভাক সগাই মথক্তা কুঞ্জমালা লৈবসে—
ইদি ইথোকথরগা বিধি মানা অমুক্কা
য়েংবা ঙমদ্রে মতোমদা। "বিধি কৌবা ঐসিবু
থোয়ুম শিংগী থোদাদা সিবু শিল্লু হায়তুনা
পিনবিবা থুংবিবা বিধি ঐগী লাইবক-সে
থিথরেদা" হায়তুনা মদোম নিন্দা তৌথরে।।
থম্মা থক্কী ইশিংগুম কুঞ্জমালা লৈরিঙৈ
মতম সিদা ইমুংগী চিংথৈ নাতৈ কাংলক্লে।
নোংপোক থংবা মায়কৈদা ভাল্লকপম্বু উবদা
"ইমুং ভানগদোরেদি কুঞ্জমালা হরাওই।
ইমুং শোইবা অহুবু মিৎকী কক্লা অমতা

কুঞ্জমালা উইক্লদে। পুক্লিং পোৎথারকপদা,
সগাই মথক অতুদা খবেং উইরে নুরানা।
মিকুপ অমৈ মতমদা কুঞ্জমালা মমগুদা
পাম্বা অমা লাকতুনা নূরা মাবু ফাররে।
মমিৎ থংবাং পাংথোকই হুমাং কাংই শুজাদো।
হুংশা মপী হোন্দোকই। নূরা কোইনা য়েংগুকই।
খোইরেনতাক্পী পাম্বদি কৈরেন মাবু থুগুডরে,
থাংডৈশেংনা উরক্লে। মুজা মদোম নিকথরে।
কৈরেন মানা লাকপদো চিংশা নাপোমদোগুম্না
সগাইমথোং য়োরকই। কুঞ্জমালা কৌবিদো
'মুনবা তাওজিং ওইথরে - কৈরেন মখুৎ অতুনা
সগাই মথোং পায়ররে। মৈবুন ওইবা মমিৎনে
মমায় লোংথৎলতুনা নুরা মাবু য়েংলগা
সগাই অতু নিক্লকই। নূরা মখুৎ অনিনা
সগাই মথক অতুদা :কোম্লে সগাই য়াতুদা।
নূরা মানা নপসিঙ্গে কুঞ্জমালা তারক্লে।
তারক্লেদি কায়দে খল্লুহনা পাম্বদো
সগাই মথোং থাদোক্লে। সগাই মথক তায়দি
পাম্বা অঙ্গোং চোংথৎখ্রে। কৈরেন মখুৎ অনিনা
মুরা মুপকোন কোন্দুনা ফারে, পাম্বা মনমদা
কুঞ্জমালা থোংগৎখ্রে। নূরা খুৎতা পায়রকপা
নূরা ছোরী মখুৎস্থ পাম্বা কিখিবদগী
মালেম লৈদা তাথোকখ্রে নুরা খুৎলাই শৈতরে।

লৈরাং ওইরিবি খুৎতনা পাম্বা ঙাকথোকচবদি
কুঞ্জমালা কাম্লত্রে। কৈরেন মানা ফাবদা
মশক মশা খংত্রবী উজহৌবা লৈত্রবী
মাবু পোকপী পলেম্বু "হা ইমা" হায়রতুনা
থোঞ্জেন রাংনা ফিংনদি নুরা মানা কৌরকই।
ওষ্ঠোকপনি নোংদমবা। জীব ওইনা পোকপনা
পাংগন লৌশিং কনবস্তু—লৈরাং ওইনা শোনবস্তু,
পাংগন কনবা মপাবু মবুং মৌপ্‌া অমবু
কন্‌বিসনু হায়নদি কৌজবস্তু নংত্তানা,
থাবুম তরা পুত্নুনা পোকচরকপী অশোনবী
অরাবদৈ কন্নবা পাংগন্দস্তু রাংলবী
ইমাতবু কৌনবা চিংউ নংনা তম্বদা
করি উপায় ফংনবা করি ভাবপু লৈরবা॥
পাম্বা অত্নুক চাওরবা, যোমগী চৈস্থু অত্নুনা
থাব ফাওবা মহাক্তি শিনি হায়বা নিংত্রবা
কৈরেন মনংগন্‌-ত্নুদা কুঞ্জমালা কৌবিনা
"হা ইমা" কৌবদি পলেম মাদি থুমখিদরে॥
সগাই মথক-ত্নুদগী নুরা মাবু পোত্নুনা
পাম্বা মাদি চোংথরে। পাম্বা শাথুপ ফাত্নুনা
নুরা মাবু পুরকই। চংনা ফাবা ওইবগী
নুরা শিদরিবনা শিনিংদবা ওইবগী
নুরা হোংনরকপদা কৈরেন মানা শাওত্নুনা
পাম্বা খুত্নুম অত্নুনা নুরা মাবু থারকই,

মফী মরোন অপুম্বা শেগাইদুনা হুন্দোকই।
নিংথৌ ফান্দেং য়ৈরবী নুরা শম্মাং অপুম্বা
ফোইদংতুনা হুন্দোকই। মরি মরি তাহৌই।
থম্বান ওইবী মায়খোংদি নুরা মকোক অতুবু
কৈগী খুজিন অতুনা থদংথরে লৈথংলে।
কৈনা ঈবু চুপথরে। নুরা মশা অতুদি
শাদু-কত্তে হায়দুনা হুন্দোক্লমই পাম্বনা॥
সিনা তাদুনা লৈবা নুরা মাগী হকচাংনি।
কুঞ্জমালাই মথরাই মডা দুদি চংথিন্রি,
নোংবান কৌবা নিপানা শাথি থোক্লা হায়রকপা
তৌরকপদু উবদা—এৈনা সিজিন্নরম্বা
অমনবা পোৎপু এৈনা হুন্দোক্লবা ফাওবদা
ইপোৎ হায়বা ওইরমই হায়না থস্তক্লবদৈ,
মাবু মুংশিকবগুম কাম্লব্রবা অমদি
হুন্দোকখ্রবা তুমকপু—মুংডাইডরে য়ারোরে।
শিখ্রবা ওইবা মথৌ তৌদরিবা লাম্ভ্রিবা
নুরাই থরাই মডানা—হকচাং তুবু য়েংদুনা
কপ্লক্লে,—“ওন্থোকপনি ইবেম্মা নুরা হকচাং,
মমল লাইবী নহাক্তে। নংবু পোকপা মুমিংতৈ
কায়নরকই ইমাগা, নংগী নমল লাইরকই।
চাওরে লমজা ওইহোরে মীগী মীনাই ওইরকই।
তুস্থু মমল লাইরকই। তাইবং লৈরাং লক্তুগী
চিন্নদবী লৈরাং ওই য়াওরকডরে মমন্দো॥

পাম্বা কৈথা থারকই—কায়দবা হকচাং-ও
নুরা হকচাং নহাক্তি করি নমন মরাইনো।
পাম্বা মামা ক্বাওবদা চাবিদবা হকচাংনি।
নুরা থইবী হকচাংদি গংগা গুম্বা শেংই-হায়।
থরাই ঐগী তুংনফম মনজরবা হকচাংও
মমল লাইদা ইবেম্মা মুক্তা ওইবি নহাক্তে।
নবুং নোপুরা 'মনা নুরা নংগী থোংগুনবু
লিবিনবা লৈতরে। থোইরেন-তাক্তা তাদুনা
মুক্তা নংদি লৈরেদো।" হায়না কৌই থরাইনা
নুরা হকচাং অতুবু মুংঙাইথিদে উবদা॥
নুরাই থরাই অতুনা হকচাং তুবু তাংথিবা
নোংবান মতৌ অতুদা কপ্পুরবা মতুংদা
হকচাং অতুবু য়েংনা—নোংবান মাবু অয়ুক্কা
কৌরে। "নোংবান কোংয়ানবা। পাংগন শোনবী মুপীবু
পাম্বা মানা লাকচথি। তুগী লমন শিংনবা
লাকএ লৈপাক অপূম্বা। লৈপাক মানা পনবু ওই
কোয়না ভাক্লে নহাক্কা মুর'ই লমন শিংলগে,
থুৎতা থুৎলাই পায়তুনা পাম্বা থিরকপত্তুদি—
মবুং মৌপ্‌া লৈতবী কুঞ্জমালা কৌবিগী
মৌপ্‌া মবুং মপানি। পাম্বা মখুজিন্-তুনা
নুবা লৈরাংগুমবী ভকশম তোংদম থংপবু
তুগী লমন থুমত্তুনা কৈরেন ময়া অতুদা
নথুংল্লুদি লমবুনা থিনবা কৈরেন ফাবদো

য়েংগে হায়না থবাইনা ভাইরগনি। অসিদা
ওকুবিদি মুপীনি লৈরাং খিবা চংবদা
শিজবনি চৈবিরে। মাচু নত্তে মুজাদো—
মপু য়াথং কিবগী লৌভাকপদি চংপনি।
অহিং ইস্কুং শোইববু কৌব-য়াইরেক ভম্বদা,
চিংক্কুং নোংদোই চন্দুনা লৈরুবদা চাবনি।
শামাল্-লেংমায়বনি, করোং খুকুম্-মগনি
ভাইত্থোং তোম্বা ইনানি লৌশিং নংনা হেনগনি
ভাইবং মীদি ওইবগী মাদি শানি থন্দুনা
পুক্লিং লুম্মই নোংবান-ও। ফৈ ফৈ হায়কো, মুজা
লাঞ্জদবদা পাম্বা মানা চাব ওইরবা,
হে নোংবান্ অপানব-ও অভোম শাগৈ লক্তুগী
অরাবা সাগৈ মৈতান-ও ঐনা ভাম্না কৈথা থায়।
ভাইবং রাংমা অসিগী লম্বী উবা ছাল্লম্মে।
নংনা হোরেল লাকপদা হাওবা য়ুমথুং থংক্রবা
মত্তমহুদা ঐহাক্না য়ুমথুং চিংগে অপাম্বা
ঐগী ইতুং ইল্লক-ও। শোইরক্কনু নোংবান্-ও।"
হায়রে থবাই মঙানা। কুঞ্জমালাই থবাইনা
তৌরকপা শাপ-সে—ইস্কুং লিক্লা নদোংগুম
পাইথোরক্লে ভাররে নোংবান মাগী মকোক থক
শমজিন উকং মতোম্দা। নোংবান হম্না য়েঙ্গমদে॥
নোংবান পাম্বা থিরকই। নুরা হকচাং অম্বুনা
তুহোবদি হুদগী লৌসেল-মুক-তুম্ চংলগা

কৈরেন অঙু লৈরম্মে, থেংনক্লরে নোংবান্না ॥
অহিং ইমুং শোইবদা শাবুম ঙাপুম চাক্লবৈ
তুমদবনা—তুম্মমই—দোলাই কীদি অমনবা
ছুন্দোকপগী মতৌগুম মরাং মরাঙঙঙনা
ইপাকপাক্লা ইশাং-শাংনদি তারঙুনা
সঙ্গ্রাংননা পাম্বদো। নোংবান মানা উক্লরে ॥
নোংবান মুংঙাই খোকখরে।—"শিরে শিরে কৈ শিরে
নোংবান মপোক কৈদকো! থোইবী হায়বি ইবেম্মা
সিমক্লবু নোংবানগী মরাইবক্লা ইখ্রবোই,
লাইনা লৌবা তাখ্রেদা।" মুম্না নিংই—হায়রকই।
"মপু সনা য়াথংনা তা পাংনৌ হায়বিবদা
নোংবান ঐদি য়াখিদে খম্ব-সনা য়াবনি।
কৈ অনি মুরবোইরে। অব্রাংলোমদা লৈ হায়বা
অসি মমা ওইব-তায়। মুপী অসিনা মাবু
হৈজ্রাংনা থিল্লবোইরে—শিমিন্নবোইরেকো!"
কৈগী মখা অঙৌবা অঙু থাংনা শোকপনি
হায়না নিংঙে—নোংবানদো। কৈগী মম্না অঙুদা
হয়িংথোংয়ানবী ময়াম চংইবঙুসু উরকই।
"ইহে কৈসি পুম্মেনা মনম নম্মে।" খল্লকই।
মীওইবগী হৌনবা মাগী মতম লাকপদা
ওম-তৈন-কৌরবা লাইথুং ঙুবু পিনবা
খোয়ুম মাদি থুংঙরে—লেপখ্রে নোংবান মনাক্লা ॥
নোংবান অমুক খল্লকই—"অসিবা পাম্বা নং-সে,

ইচিম্না হৌ-হায়দুনা থোংগে ছুগা তা-সিনা
খিনগে 'শিবা নংঙোন্দা, পুন্নগে মখোং মরিসি
ছুগা শুম্মা থনমগে। মমা অচু ফাবদা
খম্বদা তা পাংউগে। মাতুদা মানা হায়নি—
কৈ ঐনা ফারে থোইবী মানা লৌগনি হায়নি
কৈ মপী অচুবুনা কংলরনি খম্বনা।
অশিবা পাম্বা নংবু চংকে পুহুনা ঐনা।
ইত্তাওগী তাস্থ পাংবা তোপ্পা অমগা ফাবা,
সিনদি ঐনা ফাবা কৈ-সি অমগা মত্তেক
তারে শোইজ্রে ছুদি থোইবী ঐনা মরোরে।
শুম্না নোংবান মুংঙাইখ্রে। থোইবী মাগী দমক্কা
নোংবান পং-খল-খল্লকই—“আহা—হাই হাই মুংঙাইদ!
ঐদি হকাইবিখ্রেদা থোইবী নংগী দমক্কা!
ঙরাংথাংবা নহাক্তা কুম্বী লৈশোক পুংচুদা
ইতৈ ইতৈ কোরমই। তুদৈ ঐবু অমুক্কা
পামদে পামদে হায়তুনা চংখ্রে খম্বা লমজাবু
পামই পামই হায়জুনা খম্বই য়ুমদা চংখরে।
মানা লৈখিবসিদি অহিং অনিত্তা ঙাইরি।
ঙসি খঙ্বে য়ুমদগী মশম লাক্কুনা চিংবা,
পামদে পামদে হায়তুনা লাকদৌরি ঐগীদা।
পামদে পামদে চংখিবী—ইয়ুম কেগে লোক্তাকী
পোইরৈ থংবা মায়কৈদা উথুম্না তুম-তুম্ হায়না
মোইরাং উথুম থোংউবা পোইরৈ রোমগী উচেক্না,

মোইরাং নংনা কম্নিগী মৈত্তৈ ঐগী লমদমদা
ইকাইদবা থোংবিসু চৎপিখরো হায়রদুনা
তাম্বোরকপা উথুম্না—ইয়ুম মোইরাং মায়কৈদা
ইকাই ইকাই লাকপগুম—পামদে পামদে লাক্-অনি।"
নোংবান অসি হায়রমই। থিনদে নোংবান অপাম্বা
হাকথং তাদি তারোন-তা খুতুম চেংনা পায়থরে
থুবাক প্রোক প্রোক থুরমই। কৈ থিল্লগে হায়দুনা
মথোং ত্রং ত্রং থিল্লক্লে। পাম্ব তুম্মিন্তৈসিদা
মালেম পৃথি লেংউরে। য়াকৈবগুম থোকউরে,
পাম্ব মাগী মকমদা। মীকপ কোংদি থোকখরে।
পাম্বা মমিং পাংথোরকপা কৈগী মমাং তুদা,
নোংবান-চাওপোক লেপ্লদা কৈনা নোংবান মূর্ত্তিবু
উরকপদা!—কৈ অদো ওক্তক তৌই নোংবানবু
চিংশা নাপোম নদোগুম উরে পাম্বা মমিংতা॥
অফিং অফাই শুইদুনা কৈনা হৌ হায়রদুনা
পাম্বা খুক হেক হৌগংলি। পম্নুং অতু নিকখরে।
নোংবান কোকচাওবী ফুং-কায়। পাংদবগী নংখিদে
কৈগী মওং অতুনা শম্নৈত্তেনবননি॥
"কৈসি নত্তে কৈজংনি—অচ্চা নহাদে" হায়খি
নোংবানসু অথংবগা লোইননা। তাম্রে লোইন
নোংবান-পাম্বা অনিগী থেংনবগী থোক্ফমসে॥
মতাংসিংদা নিংথৌনা—"মথা চৎপা কমানো?"
লৈপাক্কা অরাং—খম্বা, খাদা চৎপা নোংবান্না

থেংনবা তারে কৈদি।—মানি মানি।" লাওথরে ॥
সনা চিন-থোক্না লাওরকই—"তয়ুম অনি হায়রম্মু
শমজি থাইনরগম্মু চংসিল্লবো অনিমক।
খুবম চোইনরগম্মু মিংকম চেংনা,—ওকম্মু।"
সনা য়াথং তৌবদা খম্বা নোংবান লৈপাক তাই।
কৈনা মথোন তাক্লিবৈ সনা পুক্লিং অম ওই
কৈথোন তারকপসিদা নিংথৌ পুক্লিং ল্লারকই।
লৈপাক কয়া মাংবদি নিংথৌ কয়ানা ল্লানদে।
লৈপাক মৈগুম তাল্লবা মনাই মাবু মাংবনা
লুনা থম্মে। অতুগী মোইরাং নিংথৌ লাংতক্কে ॥
"তয়ুম অনি পুকচেন শেপ্পরগম্মু যোতোন-তৌ"
হায়তুনা 'ম্মুক্কা হম্মা লাওরকই ॥ খম্বদো—
নোংবান কৈ থেংনবসি তারে। "হি অতুদি ঐ
লৈথোকপা য়াদরে স্মুম্। মপু সনা য়াথংসু
কাইদনবা অতুগা ইতাও মাগী উপায়সু
ওইননবা চংলগে, ইতাওগী তা-বাংউগে ॥"
হায়না পুকচেন তিংনদি খম্বা থোংকাপ ল্লায়রকই ॥
ইচম চমই নোংয়াইদো ঐনা কৈসি ফারগা
থোইবী লোগে হায়বগী মফারগেস্সু থল্লে,
পাম্বা অসি ফাররোই অশোক-অপন্-থোক্কনি
পাম্বা মাবু মকিরে—হায়বগীস্সু থল্লুদে।
খম্বা মাগী পোকপদৈ অহিং লুংথিন অনিদা
মিকুপ থোংথাং খুদিংগী থঞ্জবদি—নুরা

ইচেম লাইরবী মাগী লমন অসিবু কদৌডৈ
শিংলসিবা অসিতা ল্লাথক্লি খম্বা মাগী ॥
নোংবান মতাও অতুবু পাম্বা মাগা থেংনরে
শোইদ-জামদ ওইসনু কৈরেল লেপ্প-ফাসনু।—
থক্লি খম্বা মবুক্তা। মথা পাংনা কুমমকই ॥
নোংয়াই মানা লাকপনা লৌ পরি অম-রোমগী
মঘুং ল্লাংশিডৈজুদা মতাও নাক্তা য়োদৌবা।
কুঞ্জমালাগী তুফম্ থেংনরুরে খম্বনা ॥
লাংনা উনা কয়াদা ঈ তৈবত্ন উরকই।
কৈনা সেগাইরম্বদি নুরা মাগী, মথাং-চেৎ
মনমদা ইঞ্জরম্বা, শমদোং শমদোং তারম্বা
থেংনৈ পুম্নমক অসি। "হি কৈনা শোকপী ইচেম্,
লাইবকথিবী মহাক্তী চরৈ শম্লাং ওইরবোই।
মল্লেদকো ফনেক্লে ইম্নফীনা মল্লিবা,
নূরা নংগী শম্লাংসে পাম্বা মানা ফুক্তোকপোই!
নুজা পাংগল ওইবগী ল্লাথরম্নিনিদকো।"
খুমন অসি থন্দুনা মিৎতা পিবু তারকই ॥
"নুজা ওইবী নহাক্তী হৈনা তুংইন্‌বিনবা
মোমু নরু থিবিবা লৈথিব্রবোই কনাসু।
নূরা তোন্‌থরবোইদা লমজা ওইরবোইরেকো।
খুমন ইচিন ইপ্‌গুম ॥" পল্লুতুনা ল্লাথরে ॥
অম্রাবগী মথক্তা অম্রাবদা ওইথরে।
অশুম অমুক য়েংবদা, নূরা হকচাং অত্তুনা

লিক্লাং চোয়না তারম্বা উরে লমজা মথিংতা।
লমজা মুপী অতুগী মতৌ অতু উবদা
প্রলয় হায়বা মতমদা খুংতা ত্রিশূল পায়রবা
মহাদেব অদুবু খুমন মানা ওইথরে।।
খম্বা মথোং থাংদোকপা ওমমকস্তরে মতমদো—
"ঙরে অতু মঙাইরে, করি দোষদগীনো,
ইচেম শকপী নহাকপু নোংদম্বিবা মানরা,
ছন্দোক্তনা ঐসিনা নংবু করম্ চংসিগে।—
নিপানিদনা মাস্থ থোকপা ভৌরমখিসনু।
খম্বা হায়বা ঐসিগী শোকহৈ-শোকহৈদববু
থিজররোই ঐহাক্না মঙ্গল ওইত্রে তোকখ্রগে
হরি মাগী কৃপানি। নংগী চাইথোকইবসি
লোইসিনখিগে ঐহাক্না।।" হায়না নোংয়াই লেপথরে।
চাইথোকইবা ফী, শয়াং, ঈ ভৈরিবা নাপীনে
উশা উনাদা পকপা পুন্নমকসি খম্বনা
মখুৎনা লোইনা ফোইরে, উনা উশা থেকথরে।
খুৎনা য়াবনা খুৎনা খুৎতা পায়বা তাদোন্না
থৎ-থৎ থৎলি পুন্সিল্লে। অমোনবা লৈপাক য়েংহুনা
নোংয়াই তা-না ভোথোকই। কোম্-হুদা লৈরোন্-চল্লে।
খুদোং চাদবা নুরা মচেম হুগী হকচাংনা
অচৌবদি মথৈদি উগী উশা মথৈনা
মতম থরগীদমক খুমজিল্লম্মে খম্বনা।।
মথুৎমশা শেংদোক্লে, লাইজ থর থিহুনা।।

নোংমাই মবুক অদুদা—নূরা পাংগন শোনবীবু
লাকচখিবা, মুখীচা ওইবী অশোনবী নিনা
কিগনবী খমোই ওইবা—মচেম লেংমাম্নরবী
নূরা মানা য়াখিদ্রোবা সিবু খল্লুবদা
খম্বা লৈবা য়াখিদ্রে ।। খোইরেনতাকী কৈ অদো
অম্বক চাওই হায়বস্থু নোংমাই উহৌরবনি ।
খংনা উনা কেন্তুবু তুমিং ওইনা খনখরে
"খুবাক অনি ফুদুনা হাংকে কাং হাংপগুম্না ।"
খম্বা অম্বম খনখরে—মখুৎ অনি লোম্নরে ।
লৈরোল-চল্লিবদুদা ওন্সিন্দুনা খম্বনা
হিক্সা কপই মপি তাই—"পলেম ইচেম লাইরবী !
নূরা নংগী য়ুম্নাক্তি, থোংয়াংজম্‌-চনু-নি—হায় ।
ইচেম-শিদ কোলোইনা কুঞ্জ-মালা কোই-হায় ।
ঐদি পাংগল লৈজদে অদুমকপু ইমা-ও
কোরৌ মতম অদুদা থেংনজহৌদ্রে ঐনা ।
নংগী সেবা থরদং তৌজরিবা অসিনা
লমন শিংলে হায়নদি লৌবিম্নকো ইচেম্না ।
কোরৌ থক্তে ইমানা পিনবিয়ু নৌপাবু
কিব-থুকপা লৈতবা ইতাও তেংবাংজবদা ;
হোরেন পাম্বা অতুনা পাংজদবা ঐডোন্দা
থৈরক্লবা মতমদা পাজল লৌশিং পিবিয়ু ।—
থোইরেন-তাকী লাইওইম্না থৌরৈ তেংবাংবিনোকো
নুম্না ইচেম্‌-ইবেম্মা নুজা ওইবী মগাকী

করোং খুকুমজগেকো পাম্বা মাগী কাহু-দা।
পাংগন সোনবা নুরানি পাম্বা লাকচখিবদি,
খোয়ুম মরাম চংহনা পাম্বা খুতুম চনবিয়ু।"
হায়না খম্বা কপ্লকই। মচেম মতম শুম্বিনি
কুঞ্জমালা কৌয়াইএ থল্লুবদা য়াখরে॥
নুরাই থরাই মঙানা উরে থম্বৈ মতৌসি।
পেল্লে, লৈচিন থরদং ফম্মে খোমজিন্নহনা
জীব মঙ্গা অসিনা গোলুক লোমদা গন্দুনা
হরি মাবু কৌরক্লে—"থৌজানগী মপু-ওইবা
পিনহৈবা নংনি হায়, শুসি ইহু-নিংথৌনা
মচেম পাংজদবিবু লাকচখিবা পাম্বনা,
তুগী লমন শিংজগে নিজরিদো ইবুংঙো!
ঐদি কেথা থারবী তোল্লবিদি ঐহাক্না
বোর অসি পিবদি ইতিক চাদ্রে। হরিনা
পিনবিরো বোর-সে।" হায়না নিরে হরিদা।
অতুদগী থম্বদা ওন্সিল্লক্লে—"ইবুংঙো!
লমজা নচেম ঐহাক্কি লাঞ্জকদে পাম্বদা
শাগ্রেম লাংগ্রেম্মকদে লাঙদবি নচেম্নি।
লান্দানা পাম্বা মানা চাবমক্তা ওইরবা—
ইহু নিংথৌ ইবুংঙো ধর্ম্ম কায়দবা, নংগী
ধর্ম্ম অহু মক্তনা নোংয়াই পাংগল ওইজবা,
পাম্বা মাগী লমচংনা পাম্বা মথোং য়েংনবা;
মাগী লাংদি ওইসন্নু। নুবা নচেম অশোনবী

সুজা জাতি ওইবগী করি ওমজদরবী
মাবু লাকচখিবগী লমন শিংবা ওমজবা,
খুমন নংগী নখুৎতা পাম্বা- ঙাইবী মাংববু
ওইরসম্লুনে খম্বা! পিনসম্লু হরিনা।।
নোংমাই চিংনরগম্লু নোংবান হায়বা নত্তাওসে,
ওসি কৌবা কোরৌদা লোইরগনি থংউকো।
নংগী খুত্তু তা-অদো অচম্বম্লু তা-নত্তে।
হোরেন নংনা পাম্ব-দো ফাবা মত্তমদা ইচেম,
তাগী মতোন অত্থুদা তোংজগেকো ইবুংঙো।
কৈরেন অত্থু থিন্‌বদা, ইচেম য়াওজগে খম্বা।
ইত্থু নিংথৌ 'তুংদা নচেম্বু লাকচখিবগী,
ইচেমগী মাংদা নংনা লমন অত্থু শিংজরো।।
নিংথৌ মচা লুপীদো লেপ্ন-লৈপুল্‌-ওইজোকো।।"
হায়না বোর পিনরে কুঞ্জ মালাই থল্লাইনা।
বোর অসি খম্বগী লল্লাই কোয়রেন থক-তুদা
লিক্লা নোংফেন ওইত্থুনা মঙোল লাইজ তাররে।।
বোর অত্থু ফংবদা খুমন মাগী মবুকতো
ইয়িং য়িংই ফিংগৎতে। খুমন মানা হায়রকই—
"ইচেম শকপী ইবেম্মা নত্থু-নিংথৌ ঐহাকপু
য়ারৌখিন্নু শাওখিল্ল। পাম্বা থিগে হান্ননা
নিংথৌ সনা য়াথংনি। মঙোল ওইগে ইচেম্মল!
নূরা ওইবী লৈরমথো। লৈরাং মচেৎ ওইত্থুনা
তারবদি ইচেমগী হকচাং অত্থু ঐহাক্লা

হংগোইজবা লৈজনা পুথোক্তুনা নহাকী
নথৌ নওম তৌগেকো য়ারৌথিন্নু ইবেম্মা ॥"
ছায়রমত্তুনা খম্বদো মথোং থাংদোকচরক্লে।
মতাও মনাক য়োদোবা লৌখাই মুক্তা মঙাইরে।
খুমন মানা—"হো-ইতাও! বুদ্ধি লৌশিং ঙকপিন্নু,
সনা য়াথং ইন্দুনা ইতাও নতেং পাংজগে,
তা-বাংগে ঐ লাকচরে। পাথৌ নোংবান হন্‌গনো।
ইতাও 'বুংডো ঐ লাকএ।" লাওরকই; নোংবান তারে॥
খম্বে খোক্ষম তাবদা নোংবান—"মাঙেঙ কম্লো,
লাকএনা পাপী অসে! 'ঐনা তা পাংলকপনি,
ইতাও নোংবান মাতনা ফাব নত্তে হায়রনি।
বিচারদি লোইররোই। ফজরবা চাওব-থোংলেন
সিনা চক্রি হাপ্তুনা, মজাইবেম্ম থোইবীদি
বিচার লোইক্রিমথৈ, লৈবা মাগী ময়ুমদা!
চহি কয়া বিচার লোইরোই, থোইবী ফংদরে।
চহি মরিফু স্নুবদা ময়াং কোল্লগদি,
মউল-লোগদবদা মঙাই থোইবী। কান্নদে,
মানা থুংঙক্রিবৈঙদা ফাহোরগে পাম্বসি,
খল্লে নোংবান।' তারোন-তা সর ইন্সিল্লকে কৈদা
তাঞ্জা সিদা পাম্ব-না, খম্বা মথোন তাবদা—
"হিঃ লাকএ করম্লো—বৈষ্ণব অসি লাক-অবোইনা!
কনখিবনা হান্ননি। মানা থুংক্রিবৈঙসিদা,
চাহোরগে নোংবান-সি শোইব-তারে" হায়রত্তুনা,

পাম্ব-ভকুপ ভরেংদুনা পোকপা কৈরেন মগু
লোয়াবগী মচা নিপা, পাম্বা কৈরেন্দি
য়াংনা থোৱা মহাক্তি, পাম্বা থুংনা শোয়রগা,
কৈরেন্-য়ানা হৈবা শা, কৈরেন-য়ানা শোয়রগা
পাম্বা থুংনা হৈব-কৈ,—ইন্সিল্লকপা নোংবানগী
তা-দো পাম্বা মথুংনা, থং-থংতোকই, লৈপাক্লা,
লৈপুংদা কীরান য়ুং-গুম য়ুংডে—তাখ্রে তা-অদো।
নোংবান্না—"পাম্ব-সিদি হৈখ্রেদা হৈজৌ নংনা
কৈদৌনি থংতোকচৌ হাই! রাংপা মীরা এনবো,"
হায়রে। নোংবান অমুক্তা খুতুম চেংনা পায়থরে,
হাকথং তা-দো পাম্বদা অরৈ মথৈ থাহুনা
মথা চিক্লুনা সর হেক ইন্সিন্থরে কোংয়ানবা।
পাম্ব মাগী মথুংতো অথুবা নোংথাং-গুমই।
অকন্বস্ম, নোংথাংগা লোইনরবা বজ্রানি।
কৈরেন মথুং অহুনা তা-দো তাপ হেক্তা য়ৈথৈ।
নোংবান ফিংই তুমিংতো থিল্লে তাদো লৈপাক্লা।
নোংবান মথুং নাম্বোকই। তা-দো লৈপাক্লা তাখ্রে।
পাম্ব-মাংদা কোংয়ানবা, চপ-লেপই মশা ঙাক্তা।
থোদ কন্দবা নক্তে মৈগুম্বা অডোম মচা,
মোইরাং নোংবান মহাকনি, তম্নফম্নি ক্ষেত্রিগী।
নোংবান কিত্রা কিবিদে, ফাক্-ফাক নোকথোকই।
নোংবান পাম্ব য়েংহুনা—"নংগুম্বগী অহুনা
কৈদৌরনি নোংবান্দা খুতুম-দনা থাহুনা

হাংকে নকোক য়ৈথাইগে খাংউ ওসি থংগনি।"
হায়রে ; নোংবান অপানবা তুবুম অমা নিকপিদে।
নোংবান চৈরে তাখংলে, খুংলাই য়াওত্র-য়াওত্রগা
নোংবান থোইনা থৌরক্লে খম্বা য়ৌরকত্রিন্ডেদা ;
পাম্ব-সি-মক্তা কারগে ওসিদি নমত্নুনা,
হায়না ফীত্নপ শেম্মক্লে। কৈনা "হি নোংবান-সিদি
চোংসিল্লকদোরেনা" খল্লে। মতম সি-মক্তা।
খম্বা ফোং-কাওদোরক্লে। খম্বনা—"মাঙেও! হাই হাই!
ইতাও খুংলাই থারেনা! শোকপা তারে কররম্লো।"
হায়না তাংখক লৈত্তানা চেন্সিল্লক্লে নোংবান্দা॥
হাকথং তা-হু খম্বদি থোঙত্নুনা লেংবান্দা
তাজিল লোংনা পুরকই—খম্বা মাহু কাওথোকউই।
ওইগী তাদি লুক্রা পুই। হন্না য়েংদে নোংবান্দি।
খম্বা উনদা কৈদি খল্লে—"বৈষ্ণব লাকএনা!
কনথিবনা হাল্লনি।" হায়না পাম্ব মহাক্তি
খুমাং খুহুং মরিনা মালেম-লৈদা কাওরমই।
লাংদোন-সয়ি সংগমগী মতোল লাম্না চোংথরে॥
কৈগী মতৌ উবদা—"ইতাও পাম্ব চোংথরে,
ফীবম তাওন্নু।" হায়ত্নুনা চেন্সিল্লক্লে খম্বদো,
থোংকম য়াংনা অমুক্তা। পাম্ব-কৈনা স্নুন্দগী,
নোংবান মকোক তমত্নুনা ময়া কানা তারকই।
"মাঙেও উম্থিগদোরে" হায়না চেঙ্গোং ওইনদি
চোংসিন্নবনা হানথরে—ওইদা পায়বা তা-অহু,

থাদোক্লুনা খম্বনা নোংবান নামৈ—লামথরে।
নোংবান চিংথোকখিবগা পাম্ব হুঞ্জিল্লকপগা
চপমান্নৈ, শুন্দা লাকপা পাম্ব সাহুন-কমহুদা
লোংনা পুবা খম্বগী তাদোনহুনা মত্তোমদা
তারে ; তাদোন অহুনা থেংউবদা কৈরেন্দো,
শুন্দৈ অমুক থৈথরে। চোংথোকখ্রে অমরোমদা ॥
অস্থুম তোনা নোংবানবু নোংয়াই মানা কহল্লোরে ॥১
খুমন মানা—"ইত্তাওবু ! কৈদৌ' খুংলাই থাবগে !
সিরমগনি ওসিদি, ইমাই পেম্মা ইত্তাওনে !"
হরাওহুনা নোংবান্দা হরাও হরাও হায়রকই।
ওল্লোকপনি ! হূগী পাক চাওরবা ইপাক থক্তা
অমুতগী পিক্লবা মরিক মচা অমত্তং
কান্নদানা তাক্লবা থোক্লে থৌদৌ অহুম্না।
নোংবান মমিৎ শুক্লুনা য়েংই—"হাই খম্বা-হায়বা !
লমজা পিতৎ-পাতৎপা ! ইকাইদরা নমায়দো !
ঐনা থেংনজরবা শাবু নসিন্ করি-লৈ !
মপাংগন্ লৈজরগা ফাজোদনা হাই—নংসো !
চংনা ফারগা কৈসি হান্না কৎকে থাংজিংদা !
তুগা নিংথৌদা কৎকে তৌজরগা করিগী
কে তাম্মোকই নংনা ! হাই লাইরবা লমজা মচা।
পা-নাইদবগী মচা পু-নাইদবগী মস্থু !"
হায়না চৈরে খম্ববু তৌওমদবা নোংবান্না।
খম্বা, স্বাই তিং-তিং হেক লাওই, ইওক্-হেক ওকই—"হিং

করি নোংখান্ কোংয়ানবা। নিংবরা নং—'কাইদবা।
কৈগী ময়াদা তারে, খুংলাইস্থ য়াওরমদরে।
নথরাইদো মাংলবা নংত্রা হাই? করি হায়রে।
সনা য়াথং তা-বাংউ হায়বগী ঐদি চুয়া
তাবাংগে হায়না নংগী লাকপদনি অহুপা—
করি হায়ে কোংয়ানবা। খুল্লক ইরক ওইবদা
পংহায় হায়নবগীনা অমনি-হাই, মাসিদি—
থংত্রা-হাই! শাক্ষম লাক্ষম হায়বত্নুনি, কাওরত্রা!
পিবন্-পাবন ঙাংবদি থাংউ ঙসি থংগনি।"
হায়ত্নুনা খম্বদো—শম্ব য়াদবা মুং-গুম্বা,
মমা নৈম লৌন-খোক নোংয়াই মাগী খুংসু-তা,
হাইথরক্লে নোংবানগী মকোক তয়া স্নুন্দগী।
অচম্বা তা নত্ত-বৈ তাথোক অহু ঙ-ঙঙ-ক্লে।
তাজিন্ মৈরিক কাপ্লক-এ। নোংবান তাহু য়েঙঙকই।—
"হি তাসি কৈদগীনো! গুল লৈদা, খম্বগীদি
পাংগন অসিগা তাগা মায়রেনা অসিদে!"
থল্লে নোংবান মতমদো। হুং-হুং-য়ং-য়ং হায়ত্নুনা
হাইথরকপা অহুদা—অঙোম মাগী চমত্রবা
থাংস্রিক কৌবা তাহুবু, নোংবান মাগী মখুং-স্থু,
নোংবান সং হাইগংখ্রে॥ নোংবান লয়াই মপাদা
শোকদোবা লম্-অহু খুবোম 'মতা ঙাইব-দৈ
ঙাকখ্রে, কেরেক-লাওত্নুনা। তাথোক অনি খেংনবা
মৈখু হৌই, হুদগী তা অনি চিরুবদা,

কেরেক হায়বা অত্থুগা মতম চপহেক মাম্লনা,
কাপ্লেল অমা শাংনদি মৈ হৌই নোংথাংগুম্না।
লৈপাক প্রজা পুম্বনা—ওক্লে "হিঃ হিঃ করিনো।
নোংথাং কুপই করম্লো—নোংমংদে নোংথাকইনা।
অসুম হায়নৈ ওক্লরে। মোমদা নোংবান অপাম্বা,
মতক থুপ্লুনা থোংফম শেম্মত্তুনা ওাকপদৈ,
তাত্থ ভাথরবদা লেপই কন্ চোংথোক্লুনা।—
"হি করিনো ইতাওবু। পাওসিম্মরগা নংদি
শাওরবোইরে খম্বা।" হায়রে নোংবান হুমাং কায়।
"ঐনা ওাকথোকলমগ্রদি শিরম্ মোইদ্রা।" হায়রকই।
খম্বা মানা—"ইতাওবু কম্রি ব্রানো! ফাগিবু—
অত্থুম তৌন-হৌনব্রা। ঐদি য়ানিংদে নোংবান!
য়োনরনি স্নামাংদা।" হায়রে খম্বা য়াথিদ্রে।
মথুং নাম-নাম্মনা তা-অনি অনি পায়রে।
মথুং ওইদা নোংবানগী খম্বা য়েংনা পায়ত্তুনা
পাবোং সন্গুম অনিদো, মপু সনা মাংত্থুদা
অওাং অনি থোরক্লে। "কৈগী মথোন মীথোন-সু
ভারম্ববু তাথিদ্রে, তুমিন্ তুমিন্ লৈনখি।।
করিননো? ইদাইরেম্-খম্বা-নোংবান অনিবু
অমত্তসু নংতানা শোইরববা করিনো।"
হায়না মোইরাং নিংথৌনা সনা য়াথং ভৌরকই।
অবাংবদা ভোংইবা—লাওই ময়াম অমনা—
"শোইদে ননাই অনিদি, নারেংইবা অসিনি।

খুৎসম্নহনা অনি থোক্লকই, শক-উদোরে ॥"
হায়নরকই। "করিনো, পাম্বা ফার-বনরা।—
নক্তে কৈদি য়াওরক্কে।" লাওনরকই অস্নমা।
হায়নরিভৈমক্তদা নিংথৌ হুইথোং হুদগী
লিৎথোরক্লে অনিদো। অনি নিংথৌ খুরম্মি ॥

---

# অনি খংনবুনা পম্নুংদগী থোরকপা

মপু সনা য়াথং-তু— "তয়ুম অনি করিনো ?
পরম-খুরৌ চেনবদি লৈরবগে করম্বা ?"
হংবিরকই অনিদা। কৈরেন মাগুম থোরকই
নোংবান অঙোং চোংথোকই- "ঐবু লোইবা ইনিংথৌ !
মুংঙাইতরে ননাই ঐ।" হান্না থুমই, নোংবান্না।
সনা য়াথং—"করিনো, নোংবান কৈদৌরবগে ?"
হংবিরকই মপুনা। "অজ্ঞা ননাই নোংবান্না
হান্না থেংনৈ কৈ অসি। কৈ অসিগী মকোক্তা
নোংবান ঐগী তাথোক্লা ফুরে মঙারক শম্না ;
মতম সিদা কৈ অসি য়াম্না শোম্লে ইনিংথৌ !
পাম্ব-চংনা অহানবা কংকে চিংউ থাংজিংদা,
তুদৈ মপু চোরোন্দা অমুক কংকে থঞ্জক্লই ॥
কৈগী মথোং মরিসি পুন্সিঞ্জগে হায়রুনা
হাওনা ফোইজে, অস্নুম্না হোংনরিঙৈ সিদা,
ননাই ইতাও লাক্লগা তাস্থোকপিরয়ে কৈ–সি।
থোদৌ অসিদা ঐথোই-অনি নিংঙাই তৌনরে।
ননাই ইতাওদি য়াদে—-ননাই ঐনা 'চংলসি,
সনা চোরোন য়োননি' হায়না ইতাও ফাহুনা
পুরকইবা অসিনি।" হায়না নোংবান হংগংলে।
ইন্দ্রি-মুংদা থম্ব-দো মৈ হোরে, পিস্নুম লৈরে।

মোমোন-নোকই। খম্বগী মিহুন্-অপুম্বা হোৌখরে,
মাগী মাগী মফমদা ক্রং-ক্রং চোংই ।। খম্বনা—
"হায়থিসম্নু শাওখিরোই, লমজা লমচৎ নাইদেদি
হায়খ্রগনি ঐহাকপু। খুমন ইপা ইপুগী
শুন-বু য়েংবা, ভাক্তবা য়াদে।" অম্মুম্ খম্বুনা
মপু সনা মাংত্তুদা খুরু খুদক্ কুম্নুনা
অশাওবদু ফাহুনা থাংই ভাইরে রা অসি ।।
মপু সনা য়াথংনা যুবরাজনচিংবা,
লৈপাক পুবা অওম্বা অতৈ পুম্বা কৌসিল্লে।
লৈপাক কোয়রে নোংবাম্না—অসাই বাহু অমুক্তা
ংম্মে নৌনা লৈপাক্তা। 'তৌরিগনি' অম্মুম্না
নিংই যুবরাজদি। মপু সনা য়াথংনা—
"তারবরা লৈপাকপু?—ননাই ঐখোই তাজরে।"
হায়নখরে অম্মুম্না। থোংলেন্দদি চংলক্লে।
ফৈরোইজাম্বদা থোংলেন, হংদোকই কৌথোক্লুনা।
নোংবান মপাও তাবদা মীনম্মে হায়বা অসি
খংভড থোংলেন অথৌবা। থোংলেন মথা চিকখরে,
নাকন্দগী থাং শৎলে; ফুরিৎ খুদাং তাথৎলি।
ময়া থাংই থাং অদো থোংলেন মথুং খুদাংদা।
লেপই থল্লি থোংলেনবা—"তৌখিসম্নু য়েংখিগে,
নোংবান মানা চুমইদা, হায়রকসম্নু খংগনি।
পন-অসি য়ান্থাইদুনা তাম্মোকখিগে কৈ অসি
ফাররোই মজাই 'বেম্মা, কনানো লোৗরসম্নু,

থোংলেন ইথুবাক্তগী" সুম্না থোংলেন লৈথরে।
ময়াম সিনা কনাসু থোংলেন—কৈদৌরে হায়না,
ভত্ম-লৈত্রে হংনবা ॥ মতৌ অসি উবদা
খংনৈ য়াথল অমদি—তৌরে হায়বা উনরে ॥
লৈপাক্লা "ননাই 'থোইদি সনা বুদ্ধিনা তাবা
সুম্না থোকই তাকপিবা য়ানিংই মাহুত্তবু।"
হায়না লাওনৈ ; মতমত্থ খম্বা, মপু য়াথংদা
হংবিরকপা হায়দুনা লৈরিসুম্না ভাইদুনা ॥
মোইরাং চাওবা নোংথোম্না নোংয়াই মমাক য়েংদুনা—
"হাই ! করিনো মাক্লোরেল ! খম্বা করি কিবগে !
কনা লৈতে খন্দুনা চিংনরবোইনা নংদে !
মপু সনা চোবোন্দা পাও তম্বদা, নোংয়াই !
নপা লৈরি উদরা, করি তৌগদগেদি
খন্দুনা নপা থোংলেন লাক্তবনি অসিদা,
কোদবনি ইকুনা ! করিগী কৈ তাম্থোকউই !
নংবু নতাও নোংথাম্না, পম্নুংদগী অসিদা
পুরকই হায়রি ফাডুনা ! হায়ু হায়ু তাসি,
চুম্বরনে ?" হংলকই। লৈপাক মমাং অসিদা।
মোইরাং নিংথৌ মপুসু খুমন মরা অহুদি,
ইথোলাংবা চেক্লাগুম ভাইবিরমই মতমসি।
লৈপাক তিনব-মথৈসু অরাম্-চাক-ভাইবগুমই ॥
মপু সনা য়াথংসু "হায়ু খম্বা চুম্বরা ?"
হংবিরকই। খম্বনা—"ননাই ঐবু ইথক্তা

য়াকৎপগুম ইতাওনা লাওরি সনা চোরোন্দা।
লৈপাক প্রজা তিনবদা য়াংগোন নিংথৌ কম্বদি,
লৈপাক গুম্বা অগুম্বা অস্নুক য়াম্বা মাংসিদা।
খ্বাইবু কিজবদগী হংবিরকত্রি হায়রুনা
হংগৎচত্রি ননাই ঐ।" হায়না খুমই, নিংথিজৈ॥
"ফজৈ ফজৈ" হায়রুনা লৈপাক য়াম্বা লাওথরে।
থম্বৈ থৌগল-লোন-সিদা ময়াম পুম্নমক পেন্নরে।
অভোম্ মথৈনা লাওই—"করি ফজরুগনি,
তাম্মোকলমগনি কৈসি" হায়। চাওবনা—"হাই করি!
অভোম মচা শিগেরা, করি নসিল্-লৈরুনা!
নথোইভরা অভোম-বো ঐদি অভোম নৎভরা!
য়াগী য়াগী মহায়নৌ ইচা-মীচা করি-নাই।"
লাওই; অভোম নিংথৌনা—"করি য়ানো! হায়দনা!
তৌবৈ তৌই হায়বনি, তৌদনবু হায়গত্রা!—
করম খংই অহুদে? থম্ব' কৈ তাম্মোকপসি
অভোম নিংথৌ উবরা, পম্মুং চংবা য়াওরুত্রা?"
হায়না খুমই চাওবনা। মীচং ইথাই থাইদানা,
মীচং অনি লেপ্পুনা থৎনৈ অম্সুম লাওনরে॥
মপু সনা য়াথংদি—"ভাবোক থৎনবিগনু।
ইচা মীচা নাইনবা য়াবা বিচার নত্তে।
শাগী লানগী মফমনি।" স্নুম্না হায়না খামজিল্লি॥
লৈপাক মীয়াম ওইবগী কারকপদি অমোৎপা,
য়াগী মক্কোন অহুবু মপু সনা য়াথংনা

মালং নোংলৈ ওইদুনা হুমদোরকই। নৈনরে
মন্নাম তুমিন্-তুমিন্না। মপু সনা য়াথংদি—
"ঐনি 'পংবা হায়ববু, অমৈ মরা তাদরি,
অমগীদা মতারি—অমুম-খম্বা নহাক্তি,
অথোবগী মচানি চুম্না হায়ু! চুব্রা ?"
হায়না হঙেও খম্বদা। খম্বা ফুক-হেক হৌগংলি,
মপু সনা মাংতুদা তকুপ তরাং তৌদুনা,
লম অম হেক চংসিল্লি, থগাই অমা হন্দোকই।
থুরু থুদক কুনজরে, মথুং অনি লোম্নরে।—
"সনা চোরোন কিবদৈ, পাকহেক ননাই ঐহাকপু,
ননাই লমজা ওইবগা, থোগল লোন্দা কায়গনা
থঞ্জবদৈ ননাই ঐ হংগংনিংবা হংগংপা
ওন্মুদরে ইনিংথৌ! মপু সনা য়াথংবু,
লমজা কোক্তা থোংহনা ননাই হংগচ্চগনি।"
সুম্না থুমই খম্বনা॥ লৈপাক তিনবা অপুম্বা
মপু সনা পুক্রিংস্থু—ওল্লাং থাগী হকচাংদা
লৈরাং মনম পুরবা চন্দোল-লাইজ খিকপগুম,
ইংনৈ লোইনা পেন্নখ্রে। থাগৎনরে লমজাবু—
"ফজদরা য়েংউ হাই! ফীদম ওইনা থমজিঞ্জৌ,
লাল্লবস্থ চোপ্তবা য়াভাং পাওদম্ অসিবু।
লাল্লখস্থ হৌনদে সুম্বা নিপা অসিনা।"
অসুম হায়না য়ারকনৈ। নিংথিজরে খম্বদো॥
সুম্না খিংতা ভাংনবা সিদা লৈপাক ওইবনা

অতুক চাওবা থোইরেম্তাকতো নিল্লে ভরং লাওনা ।।
লৈপাক ভাহাক্তা' হায়না—তুম্ম থামই নিংথৌনা ।
খম্বনা—"ননাই নোংবান ইভাওনা কৈ থেংনরে ।
সনা য়াথং চেক্সিল্লু তাকপিরকপা য়াথংসি,
ননাই খম্বা তাজে । অতুদগী হিদাক ভাম্বুক
অমা অনি লৈরগা ইভাওগী নাক্ত থুংজে ।
ইতাও থুংলাই থারম্মে । লৈরম্মে, তা মুংতুনা
কৈগী নাক্তা লৈপাক্তা । ঐগী ইশক উবদা,
চোংখ্রে কৈসি । মাংবা ভারে হায়তুনা ননাই ঐ
চেন্সিন্দুনা, ইতাওগী নাম্বৈ পায়না চিংথোকই ।
চোংসিল্লকপদি কৈনা, ননাই ঐগী তাদোন্দা
লোংনা লৈরম্বা তানা থিল্লে কৈগী মশাদা ।
মতোমদা চোংখ্রে কৈ-সি । পাম্বা মদোম থিজবা
মথিন্নি, স্বয়া তৌনৈ । অদুগা ঐবু নোংবান
ইভাওনা চৈরে, থিনা পিবন্-পাবন্দুনদি ।
ননাই মুংভাইত্রতুনা তাথোক্লা য়েংথবদা
ভাকথোকই । মতুংতুদা 'নং শাওরবোইরে, ঐদি
চুয়া ফাগি তৌবনি' হায়বি ননাই ঐভোন্দা ।
ইপা ইমা পনখিবা সিগী মুংভাইতবনা,
সনা নোংদম অমতং ননাই পামজরতুনা
ইতাও খুজেং পায়তুনা পুজরকপনি ঐনা ।"
হায়রে সনা চোরোন্দা ।। তারে য়াসি লৈপাক্লা,
য়াফম অসি তাবদা থাজৈ লৈপাক পুম্বনা ।।

নিংথৌনা--"নোংবান।-- অজ্ঞা।-- কৈনো হায়রিবসিদে!—
নত্তাও খম্বা অসিবু ফারকইবরা নংনা,
মানা ফারকইবরা?— হৌজিকতদি ইনিংথৌ।
মানা মানা থোকপদা পংহায় হায়নরবনি।—
তয়ুম খম্বা কম্‌দোই?—অজ্ঞা ননাই ঐগিদি
হংগংচরিবসিনি, সনা নোংদম মঙাইরে।
অচুম্বস্থ ওইরিনি ননাই নোংবান ইতাওনা।
খম্বা লমজা মচানি; খুৎ-ফবগি চুমগত্রা,
অসি মঙাই নোংবান্না। পাম্ব-মাবু ফুথরে,
হায়রি ইত্তাও ননাইনা, শোল্লম্মনি কৈ অসি,
ফাহন্‌বিরো ইত্তাওবু। নজাই-ইবেম্মগীদি
বিগারগী বিচার লোইনি লোইরোই হায়বদি
সনা নোংদম মঙাইরে, হংগংচবা ভমদরে।
তোল্লবদি লমজানি য়োল্লবদা ঙাকপিয়ু
লাল্লবস্থ কনবিয়ু।— মাত্থ নত্তে ইবুংঙো।"
শুম্না তাকপি লমজাদা মরক সিদা যুব্রাজ
সনা চোরোন য়েংহুনা—"চুমই ননাই খম্বনা
হংগংলিবা য়াফমসি। থাজন্দুনা নোংবানবু
ফাহল্লসি কৈ অসি; তুগা ইমোম থোইবীবু
পিথ্রগনি নোংবান্দা।" নিংঙাইদানা হায়রকই।
য়াফম অসি তাবদা নিংথৌ সনা মায়থোংদো
ওলাং থাগী অম্বক্কী কোয়ৌ মায়থোংনদোগুম
ঙাংখ্রে; মনাও য়েংহুনা—"শানৌ তোনবু! করম্না!

থোকহল্লিবা অপুম্বা, ইনাওনা ভাক্তনিদো।
অমুক্কদি খম্বখো, ব্রা ভাংখিনু ইনাওদি ॥
ইয়াম্বা নিংথৌ ওইরি।" হায়না মোইরাং নিংথৌনা,
থোংনা য়াকপা ব্রাভাংনা যুব্রাজবু য়েংথংলে ॥
তুমিল-লৈখি যুব্রাজ। "লৈপাক ভম্বা অপুম্বা
খম্বা নোংবান অনিগী তৌবিয়ু বিচারসে।"
স্নুম হায়না লাওরকই। অতৈ 'ভম্বা ময়াম্মা—
"ননাই ঐথোই খংদরে, উক্রবদি য়াওদবা,
মনিং ভম্বা অনিগী ব্রাহৈ ব্রাকম সিনদি
মহৈ মহৈ পংহায়দা হায়নরবা অসিদা"
স্নুম্মা লাওই ময়ামদো ॥ মপু পুক্রিং ব্রারৌই
ব্রাকম পাওখুম অসিদা—"লাইবক থিবা হায়ডুনি
লৈপাক পুব অভম্বা, নিংথৌ ওইবা ঐহাক্না
বিচার তৌবা ভমদবা অরেম্বদা লৈরবা!"
হায়রে. সনা মায়থোংদো চাওব-রোমদা থাডগুকই—
"ইপু নোংথোন কৈদৌরি! তৌবিয়ু বিচারসে!—
(নোংথোম্বনা) ইনিংথৌ! ননাই চাওবা তাজরি,
খংই তৌবা ভমগনি বিচারসি ভসিগী।
অস্নুম্নদি ওইববু—অমরোমদা ইমাকনি।
অমরোম্মা ইচানি ননাই ঐদি অভোমনি।
শাগী লানগী মরম্নি। মীচং মীথাই লৈত্রবা
থাংনা তুবং ককপগুম চুম্মা ব্রায়েল শম্মবা;
ননাই মন্ত্রি ইতাওবু—সনা য়াথং তৌবিয়ু।"

লাওরে সনা চোরোন্দা ;  চাওবা লৈপাক তাহল্লি ।।
মপু মোইরাং নিংথৌনা—“ইপু মন্ত্রি !— ইনিংথৌ ।—
লাকপিয়ু্না করিনো বিচারসি তৌবিরো ।—
অজ্ঞা, বিচার অসি মতা কয়া চাদবা
বিচার ওইনা তৌই, তানিংদদনা তৌবনি,
অরান্‌বা ’মা ঙসিদি লৈরম্মুদো ককথংকে ।।”
হায়না থোংলেন চংলকই ।  নোংবান মুংশা থিথরে ।
অতুমকপু নোংবান্দো মশক ওনদে, অরানবা
মান্দে করি অমতা ;  মীনম্বগী মহৌশা
ওইরকলবা মীশক্কি ।  নিংঙাইদানা লৈথোকই ।।
অমুক হন্না থোংলেন্না খম্বা নোংবান অনিগী
মন্না হংলে তাথোক্লে ।  থোংলেন মানা—“লৈপাক্কি ?
ইনিংথৌনা করম্বা ?”—হংই সুম্না মন্নামদা ।
লৈপাক্কা নিংথৌগনা—“ঐথোইগীদি হায়থরে,
নংগী রাদা মঙাইরে ।— হুদি ঐনা তৌরগা
লোইরনিকো বিচার-সে ?— মানি মানি মাহুনি ।
অতুমকপু তাথিসি ।—অনি সিগী সাথীদি ?—
ইপু মন্ত্রি করিনো !  সাথী লৈতে, সিনবু
রানরিবনি ইপু—নত্রবদি করিগী ।—
থংই পংসিন্নবনি, ইচা মুংশিদবদৈ,
থোইবী পিনিংদবগা—তৌরিবনি চক্রিসি !
করি সাথী লৈতনি ।  মোইরাং হায়বা অসিদা
মাগী কনা লৈজদে ইপা ইচাদনিদো ।”

সুম্না ভাংথোকই থোংলেনঃ।। মোইরাং নিংথৌনা--"হিঃ হিঃ।
করি য়ানোদা ইপু" হায় ।। চাওবনা—"ইতাওবু।
লাইজ-কংকাল অনিদা নাথৈরবা জীবনি।
নাওসেকুম্বনি এসে।" সুম্না পংলাও লাওনরে ।।
থোংলেন্না—"কৈদগীনো, ভসি কাদবা য়াদে
পাম্ব অসি লৈপাক্না নাকোই য়োমদা পুথোক্রে,
বিচারসি লোইররোই—সাথী লৈরি হংবিয়ু
বিচারসি য়ানিংদে।" হায়না লাওই থাক্তানা।।
সাথী লৈরি হায়বসি ভাবদা মীয়াম্-পুম্বা,
পুম্ভক ওইনা ভক্লরে। নিংথৌনা—"ইপু মন্ত্রি
কবায়নো ?—ইনিংথৌবু। হংত্রবদি কৈদগী
খুম্‌গদগে সাথীদো।— হংভো হুদি।— হংগনি।"
হান্দক বিচারসিগী সাথী তানিংবদগী
অহুক চাওবা লৈপাক্তো, পেকমক্ত লাওখিদরে।
তুমিন তারকই—। নিংথৌনা "ইপু মন্ত্রি
তারসি হংবিরো ইপুনা।" থোংলেন্না— "নোংবান।—
ইমান্ ইবুংভো।— কৈ-সি, মভারক ফুরে হুগা,
অহুমলক্ থিন্‌থিবনি ?— মানি ইমান ইবুংভো।—
ইনিংথৌবু তাবিয়ু। লৈপাক পুম্বা তাবিয়ু।
নোংবান মাগী তা-সিনা মাগী সাথী ওইগনি,
খম্বগীম্ভু মাহুনি। লৈপাক নিংথৌ পুম্বনা,
মশা মশাই শাথীবু করি য়েংবিরমদবা।
বিচার-রা অহুবো।— ইপু মন্ত্রি করম্না ?

নোংবানগী তানা থিল্লি হায়রি কৈদা। খম্বেস্পু
কৈদা মাগী তাদোন্দা, কৈনা মদোম্ থিজ্জরে,
হায়নরিদো অনিমক। হুগা অমুক খম্বনা—
নোংবান মাগী তাদি মুংলম্মি হায়রি লৈপাক্কা।
খম্বনা নোংবানগী 'মুক মকোক্তা ফুদৈ, ভাকই,
হায়রি অসি নৎতরা ?— মানি।— হুদি হংবিরো
মথোই 'নিগী তা-সিদা, কৈবু থিনবা নিপাগী
তাদোন-হুদা শোইদানা কৈগী ঈদি পক্কনি।"
হায়না থোংলেন লাওরকই॥ থোংলেন মরা তাবদা
লৈপাক পুম্বা হরাওই। থাগৎনরে খ্বাইহুনা॥
অঙম্বা নিংথৌ প্রজা পেম্নে অতা মথৈদো॥
মপু সনা য়াথংনা—"য়েংউ! অঙোম চংশিল্লু,—
ননাই ঐথোই হায়জদে, লৈপাক্লা য়েংবিবস্পু
অতু মঙাই।— য়েংউ য়েংউ ফৈরোই জাম্বা নং য়াও।"
তাকপিহুনা নিংথৌনা অঙোম মানা য়েংবদা,
খুমন মাগী তাদোন্দা কৈ মতু-তু পক্লম্মে।
ঈস্ন পকই। নোংবানগী য়েংউবদা
লৈপাক পক্ই। অস্নুম্না মথং-মথং চংহুনা
দোলাই পাবা, নিংথৌ সেনবা, অঙম অথৌ য়েংই।
চুম্মে। লৈপাক নিন্থরে। "অসাই কেরেক হায়বগা
নোংথাংগুম্না লংথিবা—অতু কৈনো ?" অমুক্কা
হংনরকই। নোংবান্না—ইতাওদা হংবিয়ু ঐ
থংজহোন্দ্রে।— খুমনবু! করিনো তোমপোক হায়ু!—

ননাই ঐনা হায়জবা—ননাই ঐনা ফুখবা
তাদা, ইতাওগী তা-না ভাকপা' গৌবা মখোয়শি ।
ঙা অনিনা থেংনবা তুদা । মৈরিক হৌবনি ।—
মানি চুম্মি চুম্মি হে ।" অশুম হায়না চুম্নরে ॥
থোংলেম্না- "লৈপাক তিনবা । বিচারসি তৌবিরো,
ইচা' লাক্লে ইচাস্থু, মীচানা লাক্লে মীচা,
পন্নুং চংবা য়াদরে, বিচারসি তাবিরো ।"
লাওরে । লৈপাক মীয়াম্না—"নোংবাল লাক্লে" হায়নরে ।
"বিচার লোইরে 'তুদি লুহোংনবা তৌরসি ।
কৈ ফাবসি তোক্লসি, পন-য়ানথাইরসি"— হায়রে ।
থোংলেম্ন' । কনা 'মত্তা ঙমদরে য়াফম সিদা
য়াল্লুবা । তুমিন তুমিন মরু ইরুক লুক্লরে ॥
থন্‌ফম্ ফাওবা থোক্তনা মোইরাং নিংথৌ য়ারক্লে ॥
মতম সিদা নোংবাম্না—"লৈপাক তিনবা অপুম্বা ।
মপু চোরোন তাবিসি ! ননাই নোংবান কৌবনা
লানবা নত্তে — ঙসি 'সি ।- কনানো নোংবান-ও"
ঙায়বি হংবি নিংথৌনা । "করি হায়না অপাম্বা ?- -
থাংজিং লাইনা লানবনি । ঐগী থরাই কনবিবা
মরম ইচুম্-চুম্ববু থাংজিং মানা ঐঙোন্দা
তোংবিতুনা হানংথৌ ! ফৈরেং তুরেং হায়থরে ।
মীনম্মুরে ননাই ঐ । পন্নুং সিবু 'মুক্তদি
চংজখিগে ননাই 'থোই ।"—য়ারম অসি তাবদা
মোইরাং নিংথৌ মপুনা য়াহু মথা তারমদে,—

"নংদি অতো" হায়ত্না ছন্দোক্লমই নোংবানবু।
লৈসিনখরে থোংলেন্দা—"ইপু থোংলেন মন্ত্রিবু?—
অজ্ঞা!—কৈ অসি ইপু, ডাওরে মহাও খঙেডদো।
ডাওবা হেল্লে অসিনা চিংয়া তময়া অসিদা
মীতাবদি য়াররোই। সিস্থ থোক্ল-থোক্লবা—
লাইরত্না,—অঙম্বা! নং ঐমক চৎলবদা,
পাম্ব-অসি ফাদনা করয়স্থ তোকসিগে!
নিংথৌ ইমায়বনা নোক্লগনি অঙম্বা।—
য়াম্না চুমই ইনিংথৌ!— লৈপাক প্রজা অপূম্বা!
হেনখিবা য়াদে কৈসে।" হায়না থোংলেন লাওখরে।
থোংলেন মন্না তাবদা সেন্নখরে পন্‌শিংসি॥
থোংলেন্না "অতোন্‌-নোংবান! পন্নুং চংডো"!—হায়রক্লে।
মোইরাং নিংথৌনা- "ইপু করি য়ানো ভক্লেনা,
ঐ য়া অমা হায়জগে—ইপু য়াথন তৌবিয়।
অনি থাজিনবিবনা ফৎলোইদরনে ইপু?—
মাচু অফবা য়ানি,—ননাই নোংবান অসিগী
মতৌ সিগা কদায়নো। থর তৌরে মাইবীনি—
সনা বুদ্ধি তৌবিয়ু থৎনত্না তোক্লনি!
পাম্বা মাদি ফাদনা শিনত্না পন্নুংদা।
কিয়ে ননাই ঐসিনা—মতোম মতোম থাজিনগে।
ইচাবু হান্না পন্নুং চংহনজগে হায়জদে।
নোংবান্না ফাথ্রে করে; কোন্ন চংগে হায়বরা?
নোংবান নংনা পাম্বস্থ হায়ু, ইকু য়াজগে!—

ননাই ঐ হায়রা চংগে, ইমাগী হায়বিরি।—
নুদি অতো নংদি মাইবীনিনা থংইগনি।
কনা ফানি কৈ সিদে?—কৈদি ঐনা ফাগনি,
নুনা হায়রি চংজগে হায়জরিবা অসিনি।—
করে করে অহুদি ফাগদবা নিপানা
ফাক্করগা নু-মণ্ডাই : ফারোইদবা মানদি
করি থোইনা কাররদে।" হায়রে থোংলেন য়াথরে।
থোংলেন-নোংবান ভাংনবা প্রাক্সম অসি তারগা,
মপু মোইরাং নিংথৌনা—"শাগ্রেম-লাংগ্রেম,—কোংয়ানবা
তৌম্ভু তৌম্ভু হৌনদে—ইপু মন্ত্রি লৌবিনু
নোংবান মাগী মরাসে। মতেং লৌনজসনু
থাজিনবিয়ু অনিমক?—সনা য়াথংনা লোইরে,
ননাই করি হংগংতে। ননাই ঐগী ইচাসে,
পাংদে মপা মান্দেনে।— মাসিতবু য়ৈরগা,
লোইরেদা, থর তৌরে থংনরে চৈনরেদা।"
হায়রম্লগা মপুগী মাংহু মক্তদা থোংলেন,
চিংশা নাপোম্-নদৌনা তাজরিবা খম্ববু,
হমুরবা মহাক্না "য়ৈনি মাসি" হায়তুনা
থোংলেন থোংকাপ কাল্লকই। থোংলেন মাগী থম্মোইদি—
খম্বা পোকপা মরুপ্লোই পুরেংদি মতাওবু
থোংলেন কৌরি, কপ্লকই।—"ইতাও 'বুংতো নচাসে,
উকু থোক্লম্ থোকহৌরে, লকা হুগুম হুহৌরে।
মথুংতা লম্ভু পায়রে, থোইরেন তাকতা লেপ্লসে,

অতুদৈঙেদা নহাক্কা পাম্বা মঙা ফাবদো
মূর্ত্তি অদো পুরেম্বা ভসি উরে অমুক্কা।"
শুম্না খম্না, চৈত্থনা খম্বা ফুনি হায়সিন্নৈ,
থোংলেন চংশিল্লকপসি, উরে মোইরাং চাওবনা।।
নোংখোন চোংসিনথিত্থনা থোংলেন মাবু ফাথরে।
খুমন মাদি লৈপাক্কা খুরুখুদক কুন্দুনা
অত্থুক চাওবা মশাদো খুবি মুক্কা চাওখরে।
মপা থোংলেন কিবনা, থাংই লৈপাক মাংত্থদা।।
থোলেন্ন চাওবা য়েংই—"করি নশিন্ লৈবগে।
ইচা য়ৈজগে তৌরগা" হায়ত্থনা থোংলেন্দো,
মমিৎ তুদি মপীনা মতুম মতুম তারকই।
খম্বা রোমদা ওন্সিল্লে। চৈত্রে—"পারি ইবুংঙো
শাদা লান্দা চংবসি—অরুবনি, অত্থবু
ইপা নংবু চৈরুরে। হন্দক চংবা অসিদি,
ফীগৈ অমা খঙেঙাকো, ইচানা চংবা সিদা
য়োৎচিন্ সৌজিন্না নংবু য়ুবা থোক্লবদিনে,
ইপা নিংঙম-মোইদোরে।" হায়না মচা কোন্দুনা
চেক্লা মপী মচানা তৌবগুম্না চিঙ্খৈংনৈ।
থোংলেন মানা শায়রিবা পানা ইল্লে খম্বদা।।
মতম সিয়োরকপদা লৈপাক মীয়াম শাওনরে।
"চাদ-থক্কা ঐথোইনা অস্তুক য়ানা থাওগা,
অঙোম মচা অসিনা চক্রি তৌই" হায়ত্থনা
নোংবান মাবু চৈনবা ভাংনরকপা অসিনা,

ঙরং লাওখ্রে লৈপাক্লা।  য়াসি চাওবা তাথরে।
মথুং অনি লোম্লরে লৈপাক মীয়াম য়েংহুনা—
স্নুক্লা মংবা নোংলৈক্তে কোরৌ নোংনা থোংবগুম—
"লৈপাক য়ারৌবিগন্নু অহিং লিক্লা থাংডক্লে,
য়াবগীদি য়ানরে, তপথবিথো অমুক্তা।"
চাওবা মানা লাওরকই।  লৈপাক শুম্না ইংনরে॥
'খম্বা নোংবান অনিমক চংমিন্নবনা ফনি,'
হায়বা সনা য়াথংদা য়ানহুনা অনিমক্
মপু চোরোন খুয়ম্মে, পাবোং শনগী মওংনি ;
তান্ন-হিগুম মান্নবা, খম্বা-নোংবান চংথরে॥

— ————

# অকোনবা পন্নুং চংবা

হুইরোই লম্বোং য়াওদরে। 'কোনবা চংলক-পসিদি—
নাপন্‌গদি লোইননা, নোংবান থোংকাপ পল্লরে—
কৈনা অসাই লৈহৌবা মক্কম অত্থ য়েনবা
প্রেপ-প্রেপ অতুম খিরক্লে, মমায় নোংচুপ পাংহুনা॥
থম্বা নোংপোক পাংলকই; অস্তুম লৈথরক্কুনা
অরাং, অরাংদৈ কৌক্র, কৌক্র নোংচুপ মরকতি—
নোংয়াই লমজা য়োরক্লে। কৈ অসি হাল্লগীদা
লৈরমদরে থৈরম্মে কৌক্র ওইরপ নোংচুপস্ম
নত্তে চৈরক অসিদা, সত্থ য়াংগেন হৌরবা
য়াংদোঙ 'মদা কমত্থুনা, নোংবান মাবু ভাইদনা
পাম্ব স্থুম্মা লৈরম্মি॥ নোংবান, পাম্বা উত্রিভৈ
থেংননিংবা ইথৌরাং—"পাম্বা কৈদা লৈবগে?
চোংথোরকউ লোংকম্থ। অসাইদবু, ঐসিনা
নংগী লৌশিং খংউদে। হুন্দক্কি কৈদৈ য়ানি।
থোরকউ পাম্বা নংদি কৈরেন কৈদৌরিবগে।"
হায়না নোংবান কোরকই। কৈত্থনা ভারে—"নোংবান!
নাপন্‌ চাওইদা নংদে। ঐদি সিদা লৈরে-হাই।"
হায়না পাম্বা সাংনা-থোম, কৈরেন মমৈ অত্থনা,
মথুং খুমাং অত্থগা মালেম থক্তা য়ৈরকই,—
'দম্‌-দম্‌ হুপ হুপ স্বাই-স্বাই স্বাই' খংহল্লকই নোংবান্দা॥

নোংবান—"লৈরে" হায়রুনা হুইদেম লংবগুম চংখ্রে,
অনি মশক উনরে। কৈনা "নোংবান। চেকসিল্লু!
নংগী নশক অহুবু ঐনা অসাই উবদি,
কয়া হৈজিং ফাফাংতে; মপুং ফারে হান্দক্তি।"
হায়না ঙঙই পাম্বদো। "পাপী অয়াংবা ঙসি,
থাংউ ইভিক থংগনি, নোংবান ইথুবাক্তগী
লিৎখিবরা য়েংসিদো" হায়না নোংবান মায়োক্কে
থোংখোং শানা লেপখরে। অনি শংত্রিক য়েংনরে।
কৈরেন মানা শাওখিবা, চাংদমনিংঙাই লৈখিদে।
ঙরং ঙরং ঙঙঙকপা লোকমায় অহু নিক্লকই;
পাম্ব-কৈথোন্ থোক্লক্লে। নোংবান মানা—"অঙোম
শাগৈগিদি লক্তগী উমি ত্তোন্দা হুন্‌থুম্বা,
নোংবান্দে" হায়না লাওরে। কৈনা ঙংবা, নোংবান্না
লাওবা সগাই পমপাক তায়। "কনানো" হায়না হংনৈ,
নিংথৌ যুব্রাজ অনি। অনিসিগী সগাইনা—
নোংপোক, অতৈ অঙম-বৈ মথং মথং লৈখরে॥
চাওবা-থোংলেন মৈরমদা। অঙোম মাগী চিংথৈদা।
সুম্বা সগাই পমপাক্তি॥ কৈরোই-পম্বান্-কৈরুম্বা,
ভাজিন্-পংথোং-সৌবু-শা সগাই পুম্বা শেন্নরে॥
"কৈথেংনরে কনানো?—নোংবান্নি,—নত্তে,—হুদি
থম্বা ওইবা তারেদো। মায়কৈ অসোমদনিনা,—
নত্তে সোম্দনি,— মানি, কৈদৈ সোমদনি" সুম্না
লৈপাক লাংথরে নিন্নে। লৈপাক নিংথৌ অনিনা—

"খুমন অঙাং ইবুংঙো। অঙোম নোংবান অপাম্বা!
লাইরেকয়ু, চেকসিল্লু, পুক্লিং ইংথৌ হাগয়ু।"
লাওনরক্লে। লৈপাক্লা নিম্মরকপা থোক্কম-সি
চিংথক্কগী তময়া ফাও, লম্‌দম্‌ তুনা শিংলকপা
লোক্তাক ভান্না হুয়কপা, মালংবনা
পুল্লপ পুন্না পুরক্লে। লৈপাক মীয়াম নিল্লকপা,
থোক্কম অসি তশেংনা খম্ন্‌-থোইবী-সেম্বনা
পুমতা ওইনা তাথরে॥ থোইবীনা "তারবরা,
ইনম্মা?—ইবেম্মা ভায়।—ইনম্মা কম্‌দোগনি?—
করি গতি তৌরুনি, লাইত্তুম নিংউ ইবেম্মা!"
হায়নজরে অহুমদো। সুরা লৈথাং মেৎতুনা
চিম্বান মোইগাই অনিনা, 'মুবা থেগুম লাংসিন্না,
নিঙোন চুবা ঙাহথিং-থক্‌, শাইনোন্‌ ইতাই-থাহুদা,
হুমাং লৈরিক্তি কানা, থম্বাল-লকা মাল্লবী,
মিং অত্তুদা নোংয়াই মস্মুংলাংগী মজ্জাইবেম্মা,
পিদি-মতুম মতুম-ব্ব সিম্বরক্লে ব্লারক্লে॥
নুরা ওইবী পাংগন্দি কপচবদা মভাইবা
কপ্ন কপ্ন খুরম্মে চিংউ লাইথোং সুনবু॥
লাইনিং পরৈ চেৎতুনা নুরা অহুম লৈরকই।
থোংলেন-চাওবা—ফৈরোইজাম্বা অহুম অসিমসু
সগাই থক্তা লাইনিংখ্রে। থোংলেন মমিং উইসিনখ্রে
সাগী লানগী মবেম্ম তুর্গা—চোরোন কোনথরে॥
লৈপাক্লা নিম্মরকপা ইনিন অসি তারকই

নোংবান মনা সেগাইগদৌবগুম, মুংশাথিরে ।—
"অসাইস্থু অস্তুমদৌনা লৈপাক নিপ্পরগা হেক,
লমজা পাপী থম্বদো, ইরেন চংবিরক্তনা
ইচাই চাইনৈ কাম্নদে। মানা চংঙকত্রিবৈদা
কাহৌরগে কৈ অসি" স্থুম্না লেপই নোংবাম্না।
থিন্দে নোংবান কোংয়ানবা—"নহাদে" হায়রম্নগা
পাম্বা মায়কৈ পাংনদি তারোন তা-ছু ছুনজিনখ্রে।
পাম্ব-খুংনা শোইরগা কৈরেন য়ানা হৈরবা
নোংথাংগুম্বা মখুংনা পাইসিল্লকপা তা-ছুগী,
তাজিল অহু মখুংনা তাপ-য়ৈথৈ, থিন্দে তম্না
তা-'ডুনা মালেম থক্তা তাত্রিবৈদা তম্না-'মুক,
তল্-ওক্ ওকই মখুংনা। "পাম্ব-ইগুণ থংহন্গে"
থল্লডুনা, কৈডুনা খেরে ছুগা লোইননা,
তা-ছু কৈরেন ময়ানা উমই পুমচিক চিকথাইরে,
উফুন শারে ইভোই-তোই, তাগী মকুপ অপুম্বা
কৈগী ময়া ছুদগী নোংবান লোমদা কামশিল্লে।
নোংবাম্না "অচ্চ:-চা কৈ! হৈশিংখ্রেদা মাসিদে,
ঐডোন্দবু কাম্‌শিল্লি অসাইস্থু-স্থুম্ মতৌই।
তৌজৌ তৌজৌ থাংউদো, য়োংচম ওইনা ভোবনি।
হান্দক্কী তা অসিদি,—ছুনখ্রবদা তা-সিনা
জীব অমা খিন্দনা তোকতরবা তা-নিদো,
সৈত'সাথী ওইসনু, থাংউ থাংউ থংগনি।"
হায়না নোংবান চরৈবু তাথংলক্লে সেমথরে।

নোংবান মথোং থিল্লক্লে। কন্দ' নত্তে নোংবান্-দো।
মথোং নাম্ম থিনবদা থোইরেন-তাক্লো নিকথরে॥
সগাই তোংবা মীয়াম্না 'মুহারাইনা' হায়নথি।
তাগী তাজিন্ অহুদা বিষ্ণু মন্ত্র শোল্লুনা
'জয় বিষ্ণু' হায়দুনা লংসিল্লক্লে হাকথং-তা॥
পাম্ব মাদি চম্বরা, কৈরেন চমদে লাইগুমই।
কৈ নিঙোম্না পোকপদি নত্তে হান্দকী কৈসে।
শক্তিনা ওন্‌বা কৈনি, ইকোপ-পুংগী কাওহুগী
মথরাইনা ওন্‌বনি, থোয়ুম মাগী বোরনা॥
থোয়ুম থাংজিং লাইহুদা নিথি কাওরেন মহাক্না—
"থোয়ুম থাংজিং মহাক্না কাওরেন ঐবু চাগেস্মু
হায়দবদা, নোংবাম্না মাইবী চংলে মীনম্মে।
ইকোপ-পুংদৈ ফারক্লে, চংনা সরেন তুবিরে;
ইচা কাদা য়েংপগী, ইচাই লমন শিংজগে।
লীলা লংদিং লোইসিকো॥ থরাই মরি অমনা
লাইরৈপাক্তা চংলগে, কৈ ওইগে থরাই অমা,
থোইরেন তাক্তা লৈরুগে" হায়না য়ারেপ থিহুনা
তাংব-নিংথি পাম্বোবা লাই-ওইবা শন মহাক্না
ওম্বরকপা পাম্বনি। নোংবান মাগী কাদদি
মনিং তোবা ঙম্নবা থোইরেন তাকী পাম্বনি॥
নোংবান মানা থংবদে কৈনা হেম্না থংজিল্লি।
বিষ্ণু মন্ত্র শোল্লকপা নোংবান মাগী তা-অদো
পাম্ব ওক্তে নিংলক্লে। পাম্ব মবুক্লিং হুদা

বিষ্ণু চোরোন খুরম্‌থি। নোংবান মাগী ভা-অহু
পাম্ব মাবু ভমহুনা নোংখাংগুম্না পাইরকই।
পাম্বা মম্না কাথোকই—ভৌসিন্নরে কৈহুনা।
নোংবান মবুক অহুদা মম্না মক্তা খিনথরে.
সুম্না নিংই। কৈহুনা পাম্ব চিন্দোন য়োদোবা,
শক্ষে অম লৈরিঙৈ কৈগী মখুং অহুনা
ফারে নোংবানগী ভাদো। নোংবান মানা উবদা
পুমঙক্ ওকই—"হিঃ কৈনো! কৈসিদে! হৈদা হৈদা!
হে কৈ! করি কৈনো তরাং-কৈ, কৈরৌ হৈনবু
পোকপরা, কৈ নহাকপো!" সুম্না নোংবান ভাওওকই॥
কৈনা "উম" হায়না ঙংহুনা "নোংবান ভোজোন তৌরো!
নিংগদবা নিংজরো" হায়খি। মাহু নোংবানগী
আত্মা মক্তা পাম্নুরে। নোংবান মবুক ওনথরে—
"নোংবান হায়বা ঐসিবু পাম্ব-নখুবাক-সিদা
মাঙেডা মতম-থরবোই। হে কৈ নংসু ক্ষেত্রি-নি,
নোংবান ঐসু ক্ষেত্রিনি, ঐদি খুৎলাই থারেদো।
পাম্ব-নখুবাকগী মুনবা ওম্মে খুৎলাইদো,
কৈরেন নংবু ফারেদো, নংত্রবদি ঐগীদি
খুৎলাই লৈতবা, ভারে। মাসিদা নংনা ঐবু
মায়থিবা পিরবদি শান্ত-ফনা তুহুনা
চাওকো। নংবু ঐনদি ওম্বা থোক্লবা ওসি—
থোংপাক্কা খুহুমগদনা নৈহুনা হাংকেকো।"
হায়না নোংবান লেপথরে। কৈনা—"নোংবান-নংমক্তি

খংদবা নিপা মক্তি থোক্তবোইরে" খল্লকই।
তাথোক্তা থেরেংদি তাইনবা তুদা কৈনা,
পায়রে মখুৎ অনিনা ; কৈদো ঙ্গীবম চেংথরে।।
কিব-লৈতে নোংবানদো ওক্লেন তোমচং শাগুমই।
চোংসিন্দুনা নোংবান্না তাথোক লোমদা পায়থরে।।
পাংগন্ লোইনা থানরে,—কৈগা নোংবানগা অনি,
চিংনরক্লে তা-অদো। পাংগম কনবা অনিনা
চিংনরকপা অচুদা তংকদবৈ তাথোক-তো
তংতবদা মডাই-রে। অমরোম-স্থু চংতরে,
অমরোমস্থু চংতরে য়োংকী য়ুগ্বী অমদা
ডাকপগুম্না লেপথরে অনি চুগী ময়াইদা।
চমদরবা তাথোক-তো মতাং অচু চংলকই,
হায়বা য়ানা অনিনা মুন্নরক্লে তা অদো।।
"তা-সি ফংদরবদি শিবা তারে নোংবান-ঐ,—
তা-সি মুনথরবদি শিবা তারে পাম্বা ঐ"
অসি খল্ল অনিনা তাবু মুন্নরকপদি,
তা-মুন্নবা নংখিত্রে, পাম্মুনরবা থবাই,
মুন্নরক্লে অনিনা।। মতা অমা ওইরক্লে।
থাগা য়াংগা অনিদা চিংনরক্লে তা-অসে।
চিংমায় অচু নিক্লকই। অনি চুগী মথোংনা
খুবম থিনরতুনা নেংনরকপা কাওরকপা,
চিংগী নাপোম নৈপাকতো নিংথাইরকই ফোং-ফোংনা।।
"থেংনখ্রে নম্নরিত্রা করিনো খংথিদরে।

নৈনবদি লোইরে ; তু ! য়েংউ শিংগ্রেংনচিংবা
নৈনরিবসে তু-তু, উ মচা ককা আসে !
কনানো নোংবান-নি ; হাই হাই ! নোংবান-লাইরেকন্ন !"
অশুম তৌনা লাওনরে ।। থম্বা তারে । "করম্নো !
চংসি হায়র-কদায়নো ! হোরেন অসাই-নদৌনা
খিনা হায়রক্লবদি—ফক্রে জোয়-পোরা জোয় 'মা,
হুক য়েংখিবা থোক-মাল্লে ।" থল্লে নোংয়াই মতোমদা ।।
নুংকান অমা খিরে, থম্বা লৈরে ফমহুনা ।।
সোমদা তাদো কৈ 'তুনা থজিক চিংথরে ।
নোংবান মথুবাক্তগী তা-তু পুমসং সংথরে ।।
কৈনা, তাহু মতুংদা ইম্বোকতুনা থমথরে ।
কৈনা নোংবানগী সোর-অকাইবা থিরতুনা
লাকদোগুম য়েংতুনা পাম্বা মমৈ অতুনা
লৈপাকতা ফুই, ভাইরকই । "থোইরেনতাকী পাম্ব-নং,
ফরে ফরে থাডভুদো থুহুম-তনা ফুহুনা,
হাংকে ফাগে নোংবান্না ।" লেপই, লৈরে ভাইথুনা ।।
মিকুপ মঙাই মনুংদা ফংলে কৈনা অকায়বা
নোংবান মাগী ; কৈ অদো চোংখ্রে লাংদোন লান্দুনা ।।
আঃ—চোংখ্রে হায়হুনা নোংবান্না মঙক থুপ্পুনা
চোংথংথরে । উকংনা কৈগী খদাংদা ভাখ্রে ।
মথাদা মকোক তারে । নোংবান মথুং অনিনা
হাইগংতুনা কৈরেনগী মথ্‌াং অচেংবহুদা
সেম্বী ফবো পয়ানা শিংজা মপুন লাকপগুম

লাকখ্রে করক ফাথরে। কৈগী মথুং অনিনা
লেংবান ফাওখরক্লুনা নংগন্দা খুজিল তরা,
য়ৈসিনখরে ফাথরে। মখোং খুতুং অনিনা
নোংবান-কৈগন অনিদা খুজিন য়ৈসিনখরে ॥
নোংবান মমান্নবনা খুজেং চন্না মথ্‌াংদা,
লাকশিল্লকপা কৈ অদো সোর হোনবা য়াথিজ্রে ॥
খুবিং খুবাই কৈ হুনা নোংবান মনং-গন্‌-হুদা
হোংখিবা, ফুরিং ফীরোন তংতনা হকচাং শোকখ্রে।
নোংবান্না পাম্বা মাবু হাইহংকে খুদোং শেংকে
তৌবদা নপখ্রে য়াদে ॥ পাম্বা মকোক ঙাওহনগে,
খুদোং শেংপা য়াদরে হায়না নোংবান লৈরক্লে।
কৈনা ইলেপ-লেপ্তুনা নংগল-লোমদা হোংলকপা,
নংগন পুমতং তংখরে, সোর ফাওগদোরক্লে।
কৈগন অনি অতুমা কৈগী খুতুং অসিনা
কাওখংলকপা অতুনা,—লৈপাক অপেংপ-তুবু
খুংনা কোংপা লংখোকপা মতৌ অতুম চংলক্লে,
সদোং সদোং চংখরে। নোংবান মখুং অনিনা
লাকসিনখিবা অতুনা মথ্‌াং তুম্ভু পাম্বগী
তুপ্তে হায়বদা ঙাইরে। লোইরে পাম্বা মহাকসু।
শিরমদায়গী খোংগাওগা পাম্বা খুংনা শোইরগা
কৈরেন য়ানা হৈবা-শা, কৈরেন খুংনা শোইরগা
পাম্বা য়ানা হৈবা-কৈ ; কাওবগা হোংলকপগা,
নোংবান পুমতং-তংখরে। নোংবান লেপ্পা য়াথিজ্রে।

নোংবান লাইবক য়েংলগে পাম্বা হাইহংলগেদি
মুংপাক 'মদা হায়তুনা য়েংলকপদা উখিত্রে।
নোংবান ভকচানখরে। কৈস্থু কৈবা য়াখিত্রে
লাকশিল্লকপা নোংবানগী কনসিল্লকপা থুংলাক্লা।
কৈনা সোর ফুন্‌বনা শিরমদায়গী মতমদা
পাম্বা মশা ফত্তুনা থুহং অনি কাওথরে॥
পাম্বা লোংনা হূনখরে। নোংবান মখুং নাম্বোক্কে,
লেপ্প-য়াখিদতুনা হাইথরক্লে। নোংবান-দো
পাম্বে মখা থংলক্লে। 'ভোবা লোংনা তারক্লে।
তারকপগা কৈ তুনা—চরম অচৌবা মক্তা,
লাক্লে কৈনা নোংবানবু। নোংবান মখুং অনিগা
পাম্বা মখুং অনিগা য়েংনরক্লে। নোংবান্না
খুকউনা পাম্বা মাবু থৈদোকতনা তম্না—'মুক
ওংথংলক্লে মথক্তা। কৈনা চিকপা থাদোক্কে।
অমনা 'মুক মথক-থং, অমনা 'মুক মথক-থং
থরো থরো ওনমিন্নৈ। অনি চে-জেং কোম্লখ্রে॥
ওম্বমিন্নৈ অনিদো লম্লেন-খোইরেন-তাক্কিদি—
শামু নাতান শারবা, চিংমায়—লাইমনাই হাম্‌জিগী,
তম্‌য়া খুদেং শাবদা, কুংতক তৌবা মফম্দি,
ভান্নুরম থেংথাং শাবা, অহিং চোংখু চাক্‌তাকম্‌,
পুলৈ নাপাক্‌ হৌবা ইরোই লাবা লম্মোন্‌-কোম্‌
ককৃজৈ ইরাং থাংবা মফমনি, খোথু-রোকতবু
নোংবান লোংনা তাখরে। পাম্বা মানা নোংবানগী

ফমথরে মবুক থক্তা। নোংবান মঙক লুচাওদো
কৈনা প্রোক-চিকথেকথরে—ঈদো চ্রূপ-চ্রূপ চুম্নকই।
থুজিল তরা থবাকতা থমখ্রে য়ৈসিল্লহুনা॥
নোংবান "ইক্" লাওই, কৈনা—উম্, খোন্-অনি মায়ৈ
মরিন ফবা নোংবাম্নি, মবুক নিংদা মুংঙাইতে,
লাকচৈদা হায়না থম্লি—অচ্চা হায়গে তৌবদা—
থিংথি ইক হায়না সোর॥ মতুং সিদা অনিদো
তুমিন তুমিন লৈনখ্রে, হিদাক ঙাম্লক অম-রোম॥
"তুমিন তুমিন লৈনখ্রে, প্রলয় দোনা অসাইদি
শোক্লথিনা করিনো। কৈগা মীগা অনিমক
কোয়-রব-নরা, য়েংউ, কৈ ফারবনরা!
মী শোকথরবনরা! নোংচুপ থংবা! য়েংউ! তাউ।"
হায়না লৈপাক নিম্নরে। নোংচুপ থংবা সগাই-দে—
"ননাই ঐখোই মাহুগী থংবা ঙমক্রে অরেপ্পা!
জঙ্গোন-নিনা, তৌবদি থেংনখ্রে কৈগা, হুগা
নমশু নম্নখ্রমাল্লে; নোংবাম্নি।" হায়, লাওরকই॥
অঙোম মথৈ নিকথরে, রারম অসি তাবদা,
থম্মুংনি তাইবংনি লেপ্প-ঙমদরে মম্-থরে॥
মমায় ঙম্ন-মুসিন্নৈ তানরক্লে—"করম্নো"॥
লৈপাক লাওনরকপসি লমজা থম্বা তারক্লে।
"হিঃ চুম্মিনা" হায়হুনা—তাথংলে চরৈ-য়াংগোল,
থিনদে থম্বা থিরক্লে, মতাও খোংগুল-লৌরকই॥
থম্বা-চর্-চর্ লাকপনা অহানবদা মতাওগা

কৈপা থেংনখিৎগী থেংনরুরে মকমদো ॥
"অনি থানথিন্নরে, হিঃ কয়ো কদোমদনো"
হায়না খম্বা থিল্লমদে— পরপ-পরপ লাকপনা,
মতাও নোংবান অহুগী ঈনা ইভাং-ভাংভমই ॥
থোওইরমদে খম্বনা—মতাও মশক উনবা
চোংনা য়াংনা চৎলকই, নোংবান মশক উরক্লে,
কৈনা নোংবান মতাওবু, লাকচ-খুহুম চল্লিবা,
নমহুনা খমইবদো, হাওরৌ কৈদোম তরেৎরোম
লৈরিভৈদগী খম্বনা, কৈস্তু খম্ববু উরে ॥
কৈনা "খুনা লাকইদা ! বৈষ্ণব নংদে করিনো !
ভাহাকতমু মডায়। পাপী নোংবান অসিবু
য়াইবী চুপ্পনববু ভোগে নিংবনি এনা।"
খল্লগা কৈ অহুনা নংহোররোই হায়বগুম,
চুপ্পকই ঈদো চুপ-চুপ ॥ নোংবান্না কৈ মথাদা
মরাক তংলবা চরৈ, মথোক লোয়রবা লৈরাং—
নদোগুম্না তাবা-হু উরকপদা লমজাদো—
অহুক চাওবা কৈহুবু মরুপ প্রেম্না কনবনা,
উরে হৌদোং মুক্তা চাওনা। অহুমকপু খম্বা,
ভক্তি সুককাই কাইখিদে। নোংবান মতৌ উবদা
মিৎতা পিবু তাথরে—"ইতাও 'বুংডো" হায়রকই ॥
নোংবান থনম্মহুনা কৈরেন মাবু কোরক্লে।
গুক্তা মকী য়েৎতনা—"থাংজিং লাইগী শাদোং-ও
চাম-লাকএ চামনি, পাম্ব নংগী নপাংগন।

নংগী নথা থারেদো ; ইত্তাওদো । ননাই ঐদি,
অশোনবদি লমজানি ।  ইমাগী অমৃতনা
য়োক্লক্ত্রবা থম্বনি ।  ইবুধৌগা পাবদি
ইত্তিক ওইবা নংচদে ।  মাবু ঐনা কন্নম্না
থনম্‌সিগে সিদা চংমিন্নরকপা মরুপ্নি ।
মপু মোইরাং নিংথৌনে, মাবু পোকপা ইনেম-নে
সিবু 'মুক্তা, ইত্তাওসে মশক উহনজরুগে ।
পাম্ব-নচা থাক, কৈরেন-নচুথাক খুঞ্জগেনে
পিনৌগবা ইবুধৌ ।  নিরি ননাই লমজানা ।"
ভায়—কৈদো, কোংয়ানববু থাদোক্লে চুপ্পম্বদো ।
কৈনা খম্বা য়েংভুনা—"ওম্মোকপনি নং-অসে ।
নংগী কা-দা বৈরী ওইবা মাবু পন্নুং সিদা
প্রান-লৌগে লোইরগেদি নিংবনিদো ঐহাক্লা—।
ফরে অত্থ মভাইরে, নত্তাও-সে নংগী পুক্লিং
থুংনবা কল্লোরো ।  মাগী শাগৈ নাত্তৈগা
পুকমেন পাওমেন্নবদি তুগী মতম থনমগে ।
নত্তাওনা পুল্লিবদি ওইররোইকো থংজরো ।
ঐনা স্থম তৌত্রবদি নঙোন্দা মানা অমুক
হায়জরর-রোইদনি—চিকথেকপনি অত্থগী ।
মানা লানথিবত্থমা নংনা কোকপিত্রবদি
মাদি লানবা ভম্মরোই ।  কোক্কদোবা মরমদি—
মাগী ঈ-সে নঙোন্দা কামসিনগেকো ঐহাক্লা ;
সিনা কোকপা ওইসম্ব লংনবা নত্তে ঐনা ।"

হায়না পাম্বা মহাক্না নোংবোন ঈহু চুম্লগা
ফু-ফু লাওনা কামসিল্লে। তাইবং পুক্লিং ওইবনা
লমজা শাওরে কৈন্থুবু। "ঐদি নংবু লংনদে
পাম্বা করি মতৌনো। ফরে ফরে থংউকো
লমজা ঐগী পাংগন-সে।" হায়না খম্বা তাথোক্লা
কৈগী তুংদা হৌরিবা ভেরা পাম্বী অমদা,
দম্ লাওনা ফুথওক্লে। লম-হুম শামা ভেরাদো,
মকু সেগাক কায়হনা কৈগী তুংদা দম্ তারে।
অফিং অকাই চোংথোকখ্রে চোংগে নিংবহুগা
চপ-চানা থোক্লরে। কৈদো কৈস্থ শাওখিদে।
চোংথোক্লগা ফমহনা খুমন মাবু য়েংথরে—
মূর্ত্তি অহু উবদা "ফজেদকো নহাক্তে!
ওসি নংগী নখুংতা লানবা ওইগে লমজা-ও।"
খল্লি কৈগী মবুক্তা॥ খম্বা কৈবু য়েংউদে।
মত্তাও নাক্তা চংথরে। মত্তাও মশক য়েংসকই।
মচু হাইফেংং তাইরম্মে। "য়ারম্মবো ইতাও-বু!"
হায়না খম্বা নোংবানবু কৌই মিংতা পি সিম্বে।
মঙৈ থক্-থক্ নিক্তুনা তারম্মে নোংবান মাদি।
নোংবান মানা য়ারিবা লৈখোন্ অসি উবদা
নিংশিং-নিংশিং কপ্লকই খম্বা লৈবা ওমদরে।
"করম্-বদা শোইহনা অসি য়ৌরম্ মিবনো
লৌশিং চাওবা অকনবা পাথৌ ইবুংডো নংদে।
ঐদি করি ওইরনি—ঐস্থ নংগুম্না ইতাও

দোশা অসি কংগনি নিংছি ইতাও ইবুংঙো।"
থম্বা খমোই শোকমথৈ চিক্লা হিক্লা কপ্লকই।
লিক্লাং চোইনা তারবা কোংয়ানববু খম্বনা
লোক্লৌ শানা কোংথংলে তেরা মোম্পাক কুম্মবা
লমজা মতম-বাক-তূদা। "ইতাও-পাখৌ ইবুংঙো।
ঐ লাকএনে খম্বনি, লমজা নতাও খম্বনে
ইতাও ইবুংঙো নংবু ঐগী ইংখোন থংত্রব্রা।
ইতাও নমিং পাংখোকউ—চেক্লা গুম্না মরুপ্নোই
মায়োক্লথিসিগবা। ইতাও খুমখিত্রবদি
থম্ব ঐবু শাওবরা—ইতাও 'বুংঙো তাত্রবো।"
হায়না নোংবান মতাওবু কৌনা কপ্লকই থম্বা॥
থর্ম্ম কাইদবা খম্ব ইতিং তিংবা পুকচেল্লা
মরুপ প্রেমদা লুপ্তুনা চন্দোন মনম পুরবা
মলয়াগী নুংশিংকুম ইংনা কৌজরকপসি
তায়—নোংবান। ঙমখিদরে—"ইতাও লাক-অবরা"
হায়না খুমগে নিংবস্থু মিংস্থু পাংবা ঙমদরে।
নোংবান খুমগে নিংবদা নিকই মতৌ থক্-থক্লা॥
"ইতাও-লাই শোল্লু" হায় থম্ব। নোংবান খদাং নিকই।
মরৈ তিংথোরক্লুনা লেকই মচিন্বান তুদা।
"হিঃ—তাংজ-নরৈতোম্না চিন্বান লেকপদি, ইতাও।
ইশিং খক্কে হায়বরা?" হায়না হংই খম্বনা॥
খুম্বা ঙমদে কোংয়ানবা—"মানি ইতাও" হায়হুনা,
ঈংগিং ওইনা তৌরকই। "করে ইতাও অহুদি,

শোকউখিগে" হায়রুনা মতাওবু ইরেন থাংথে।
পাম্বা মাবু য়েংরুনা—"তুরবা লাম্নি মাসি
ধর্ম্ম কায়নগম্নসি। লমজা ঐগী তুংসিদা
শোক-অমূগম্ম নহাক্না" হায়রকই। তুদৈ অমুক—
খোংলেন মপানা তাকপা কৈনা চংবা হৌনদে
হায়থিবা ধর্ম্মনা মতাও অমুক কোইরম্মে।
পাম্বা মানা ইউ-উই। মবুক ইপেন পেনখৎরে।
"চংঙোই খম্বা" হায় হৌই। মমায় অন্নাং পাংলক্লে।
নোংবান-তাংজ লৈনৌবনা ওনবদি-লা, লপ-লি
হাকুম, কৌশাং-থক্তা-লিনা-লা, লৈহৌ খাংগরা
নামিবা লাতোন-তরেৎ থংলক্লনা নোংয়াইনা,
লিক্লাই মহি গুম্মবা লোক্কী লাইজ অক্লবু
ইমু-ময়োন-শংলক্লে। মতাও নাক্তা পুরক্লে।
"ইতাও নখূংনা থকেরা—ঐবু ইন্নু হাম্বত্রা?"
হংই মতাও য়েংরুনা—ইন্নু হায়না নোংবান্না
ইঙ্গিং তৌই। ইশিংদো ইল্লি খম্বা মতাওদা॥
"ইতাও—থোয়েক্লগনি—তপ্পা থকউ" খাম্মকই।
চান্নবা নোংবান মাগী তাত্রে ইন্দ্রি মুংরুদা।
ফৈনা কৈগী য়াখুন্দা লাইজ অক্লু খোরক্লে।
হিঃ—হায়রুনা খম্বনা মতাও খদাংচেং মরি
লোরে য়াখুন অক্লবু, নোংয়াই খুৎকা লোইননা
মেল্লে লাইজ ইল্লকই। ইশিং চনিং তারক্লে।
লাইজ রুনা তাবদা নোংবান মন্নিং পাংলক্লে।

য়াতু ভাংবা থোরক্লে কাং-খোঞ্জেন-মুক্তা চাওনা।
নোংবান মমিৎ প্যাংলকই।  নোংম্মাই-মতাও য়েংলুনা
"ইতাও ইবুংঙো থম্বা। নংঙোন্দা ঐনা লানবা
নিংশিংভিদো মরুপ্লোই।  থংদবা নত্তে থংই।
উদবা নত্তে উজেকো।  য়ারৌগস্ব নহাক্লা।
নং-ঐ নংথরবদি লীলা লৈত্তবদগী
ঐখোই 'নিগী কুম্মৈবু ওইরম্মেদো ইতাওবু।
নিংথিজবা ওইরৈদি ফগদোনি অতুবু
য়েক্নবগী কুম্মৈদি ওইরম্মেদো মরুপ্লোই॥
লৈ হেকপা মুমিৎতগী হৌরবনিনে ইতাও।
ঐনা লাল্লি মমজেনস্থ —তুস্থ নংনা মথোইদো
লাম্লিবদি নংনিদো—মুক্তাস্থ নংনা মথাই।
কাও-ফাই ঐনা য়েংলি তুস্থ নংনা মকাইদো।
উকাইদি ঐ য়াওদেদো নপু-ননাই অনিদা
থোকপনিকো মরুপ্লোই।  হৈজিংস্থ ঐনা লাল্লি।
শামু থোংস্থ ঐ লাল্লি, হৌবদি চিংথুবনা
হৌরকপনি মাতুস্থ।  লোইগী বিচার অতু
ঐনা লাল্লিদো থম্বা।  হৌজিক ফাওবা ঐ লাল্লি।
ইরাম-ইপোং—ফাতুনা কৈথা থারে হৌজিক্তি,
ইতাও-ইবুংঙো ঐদি পাম্বনা চিংগোইরে-দো
কৈরেম্না য়াথোং লোম্লে, পায়ম-ফবা মরুপ্লোই
কৈরেন-চিক্ষু নরেকো- মরুপ নংদি বৈষ্ণব-নি
ঐদি মহামুর্খনি।  নোংবান্না য়াইবী-মাভুবা,

থম্নু ং-মীরৈপুং সন্নায়-মীরৈপাক চৎপা কান্দা
পিনৌ নহাক্না লপ্পী। কোকপিন্নু নৎত্রবদি
থংলরোইদো লম্বীসে। 'থম্নু ং লৈপাক ম্রৌরগা
শাফম-লাম্ফম অহুদা নমান্ন ওক্লক্তবগী
মহৈদি বৈকুণ্ঠদা নম্নুম ওইজ্নো লৈজৌ'
হায়না পাখৌ ইবুংঙো বোর পিনবিরোবা।"
হায়না মোইরাং নোংবান্দো য়েংঙমদানা খম্ববু
চিংনা চিংনা য়েংহুনা, মম্নিৎ অনি অহুদা
চাক্লবা মপি তারে হিক্না নৌনা কপক্লে।
ইপান্ থানা লোইরবা, তুরেন-পাংগন-শোক্লবা,
মবুক শিংপা লাইজদি নিংথম্ ইচেন অপিকপা,
অক্লবদি লাইজনা নোংবান খমোই কোয়রকলে।
থম্বনা "ইতাও 'বুংঙো! করি ম্রানো—মক্লপ্নোই।
শোয়ন-হৌনৈ, শোকপা হৌনবগী শোকপদনি।
মশিরনি হায়দুনা নিংঙবোইনা নহাক্তে!—
ইতাও ইবুংঙো ঐদি শিজরগে অসিদা
ঐনা কল্লুখিহুনা করি কায়গদগে!
চোপ্প-থৌদাং ওইরবা ঐনি পাপ চেল্লবনি।
হিংজনিংদে মক্লপ্নোই হায়বিরম্ম পিবিরো,
ঐনা অম্নুম লৈরগা হেংগৎকনি পাপ-অসে।
পাখৌ 'বুংঙো পিনরো—লানজরগেনে থম্বা—!
থম্বা করি খুমদবা? নংগী মুংঙাইতববু
লৈরিবরা ঐঙোন্দা কোকপিরোম্বা নহাক্না!

বোর অহু 'মতজি পিন্নিক্লনে নতাওদা ।
য়েক্লবনি হায়না নংনা থাংবিবা তৌবিরম্হ ।"
হায়না নোংবান কপ্লক্লে । খম্বা থাংবা ওমক্তে,
হিক্ল কপ্পা হায়রকই—হরিনা কৃপা লাইজ
থিকপিহুনা ইভাও অরাবা কোকপ-হবু
ওইরসন্থ মরুমোই । বৈকুণ্ঠবু হরিনা
পিনখিরসম্নুকো রাহৈ কারন চম্নবা
নংগা ঐগা মমাংতৈ লৈনরম্বা পুম্বদো
কোক্লরসি" হায়হুনা খম্বা মথুবাক-তুনা
মভাও নোংবান-নাল্লক্লে । নোংবান্দো খম্বে খুৎনা
নানবদা খর ইংগুম তৌই কনবগুমস্থু হেক ।।
নোংবান্না "পাথৌ 'বুংঙো নুংঙাইদা নংগী থৌজান,
নোংবান কংজবমক্তা খর কল্লে ইশাসে ।—
ঐনা নত্তেনে, হরি মাগী থৌজান মক্তনা
হৈংবনিনে মরুমোই । ইচন খম্বান মানবি-শিং
ইনেম-ইবেম্মথোই—থ্‌,াই উনরনি রারম্থ ।—
খম্বা ! ঐদি হরেম্নি হয়েংনিস্থু খংদরে ।
ঐগী প্রাম্না লৈরিবৈ. শিম্নরগে নংডোন্দা,
নচন-অহুম অহুবু ।" হায়রে নোংবান, খম্বদা ।
খম্বনা "ইতাও হায়স্নু" হায়না থামি নোংবান্দা ।
নোংবান্না—"সিনি মরুপ ঐনা হায়বা রাকমদি,—
ইরন-ইথুম খরদং নোংবান ঐগী লৈবদো
য়েনবিম্নু মত্তিক চানা । নচন অহুম অহুবু

মীনা লাকচরকপদা 'ঐ নৈরি' হায়রম্লুনা
চোংথোকপিম্লুনে নংনা। মচা মমা নৈখিত্রে
হায়রম্লুনা মথোইবু লাকচ-খুদুম চনববু
মীনা তোইনবিগনু।" হায়রকই। থম্বনা হায়—
"করি লাকচগদগে ঐ নৈরিদো ইতাওবু।"
শুম্না খুমই থম্বনা। নোংবান অমুক থম্বদা—
"ইতাও ঐনা নঙোন্দা খ্‌াইদৈ লুনা অমগা
শিন্নজগদবা 'মা পাথৌ 'বুংঙো তাবিয়ু।
মাবু ঐনা খুংশিবগী নত্তে, মনাও তোম্বী
কুমাবম নিঙোন অদো, লোইদাম থাবুম স্নুদোবা
তরানিদা মঙাইরে। হৈরাং মপুং ফাথ্রবী
তাউজিং মক্ক পনথ্রবিনি। নচম্না, থোংনাং
কাওবী মনা নিক্লকপা মতমদা মপুরোইবা
নিংশিংলক্কনি ঐবু, চিন্দি থোক্কা থমোইদা।
মিংতা পি তারক্কনি। রাজ-মতম অসিদা
পাথৌ ইবুংঙো নংনা—মুজা করি রাবগে,
নোংবান হায়ববু ঐনি, ঐস্থ নোংবাম্নি হায়না,
রাবা কোক্লো হায়ছুনা নখোং-ছু থাংগৎতুনা,
নচন-কোক্কা শোকপিয়ু। ইতাও 'বুংঙো কাওবিয়ু।
পুক্ক্‌ংদগী মুনিদো থাংজি-চিশাৎনববু,
লোইমোম্‌ ফোগংনববু থোকহনবিগনু নংনা॥
মুপী ওইরো অঙাংদো—ইতাও 'বুংঙো পুককবা।
ইমান-থোংলেন-থোংলেনবীনা, ইতৈমা-ইবেম্মা,

মুজা থম্মু কৌবিবু লুনা তৌবা অহুগুম,
পুয়োক-লাংগোনবিহুনা য়োকপিগনি নহাক্না।
শাংবা-লেপ-ফারবদা নংনা পাম্বা নমাক্তা
থাজৌ য়োনজৌ হৈতাওনা। পাথৌ 'বুংভো নংভোন্দা
শিন্নগেদো নতাওনা। নিপা ওইবা থোক্লগা,
থোংলেন চাওবা অনিনা, হৈতাও নংবু চানবগুম
নচাহুবু চানবিয়ু। পাথৌ নংনা পানব-গুম—
শেম্বিয়ুকো পাম্নবা। মাহু তৌবিদহুনা,—
তাংজ মাগুম ফংগবা মহু চাওবা নোংবানগী
মচানিদি থন্দুনা মপা হাক্তক অহুদা
অস্নুম অস্নুম তৌশিবা হায়না পাথৌ হৈবুংভো!—
করোং থুকুম-মুগন্নু!" হায়না নোংবান মহাক্না
মতাও থম্বা য়েংহুনা চিংগোই মপাও মেল্লকই॥
খুমন মানা—"হৈতাওবু নিংহৈদেনা করিনো!
করি য়ানো হায়হৈদে। ঐ হায়ববু নহাক্নি
নোংবান হায়বস্নু ঐনি করি য়াক্নরিবগে!
মাহু তোকথো মতমসি, পাম্ব-কৈনিংচিং লৈরি।
চংসি হৈতাও হায়হুনা পোক্লে থম্বা নোংবানবু॥

---

# থম্বনা নোংবান পোড়ুনা পন্নুংদগী থোরকপা

লমজা থম্বা মতাওগী প্রেম্-চুনা কনথিবনা
পোদবগুম য়াংনদি থম্বা থোংকাপ য়াম্নরকই ॥
মতম সিদা নিংথৌনা—"কৈনো কুইমনুথরেনা।
মরাক মথোন তাথিত্রে।" ময়াম লাওনৈ অম্মুম্মা ॥
চিংথৈদা সগাই তোংবা কাংবুনা উরে—"লাকয়ে,
পোরে করিনো পোরে। শোকপা তারে পাম্বনা।
থোংনা কনানো অত্নগা নংগম্না কনানো?
থোংনা থম্বনি—নোংবাম্নি, মানি কৈনা শোক্লে।
হায়নরক্লে। তানরে, অডোম শাগৈ, ময়রে—
অমুনবা মরোং কেন-বগুম্ তানথরে সগাইদৈ।
হায়না হায়না থম্বনা মতাও নোংবান পোড়ুনা
সনা মাংদা থুংডরে। মপু সনা য়াথংনা—
"থুমন ইবুংঙো থম্বা থোইরেন তাকী পম্নুংদা
চোইনা তাবা লিক্লাংবু চোইথোম থোম্মা পুরকপা।
লিক-মপুদি ঐ নত্তে। লিক্কী মপু অডোম-নে"
তাকপিরকই মনাইদা। লমজা থম্বা—"ইনিংথৌ!
সনা মাংদা থারগা সনা য়াথংনা কোম্না
থিনবিবনা—! নিংথৌগী শানিনা মাংবা য়াদে
ননাই ঐহাক মপুই সনা মাংদা থাজবনি।
ইনিংথৌগী মনাইনি ননাই ঐস্নু মরুপনি ॥"

স্নয়া মত্তাও নোংবানবু সনা মাংদা থারম্মে।
থোংলেন মপাই মনাক্তা নোংম্নাই অম্না কম্মুরে॥
হৈরাং অনৌবা চারে মকু মবাই মপানে
পোংথাম্নুনা লৈথরে॥ ওম্থোকপগী মিংম্নেংকম
উংলি ভাইবং অসিদা ডসি থোইরেন তাকসিদা।—
অভোম শাগে মথৈনা নোংবান পাম্মুবদগী
থম্নুং খিৎনা নিম্মুং চাক্লা কপই ম্নারি 'সোমদা॥
লিক্লাং চোইনা তারবা নোংবান মশক উবদা,
লিশক পিকডৈ মনাইনি, সনা চোরোন থম্লকপা,
থম্লুম্নুনা নিংথৌগী সনা পুক্লিং লাংথরে।
"পাম্মুই হাই, নোংবান। সিবু থোক্কনি হায়ম্নুনা—
ম্নাদেদো নোংবান নংনা" হায়না শোম্লি নিংথৌনা॥
মতম কুইনা লাংলবা লৈচিন খেৎনা ম্নাংলবা
ফুরা দোলান অভোমগী নমথথরে লৈথাদা।
সনা মনি মুক্তাম্নু পাইখ্রে উফুল ওইম্নুনা॥
"শামা কৈনা শোকপদা হৈবা কনা লৈবগে?
নোংবান কনবা ওম্বদো মকোক সনা ম্নোম্লগে।"
হায়না লাওই নিংথৌনা পাম্মুথরে নিংথৌনা॥
চোংথোকখিত্রে কনাম্নু চংই নিংথৌ মাইবনা।
মিম্নন ম্নেংবা মঙাইরে। "কৈনা শোকপনিনা পুক
ম্নুবনদি কাম্নরোই।" হায়নৈ লৈপাক মীয়ামদো।
"ইপাই ইবুংঙো ইপাদি থংদে ম্নুম্ থোক্কনি
হায়বনেদো ইপানা, ইপাদি মাঙেও নোংবান।

সুম খোকনি কায়বসি থংজরদি ইপানা
ইচাই খুজেং পায়হুনা থামগদনিদো ।—
ইনিংথৌ ! বিফুনিদো ! ইচাই থবাই-সিদদি,
কনবিয়ুকো মপুনা । অতেনববু শাংহনবা,
অশাংববু তেহনবা মপু সনা চোরোম্বি ।"
হায়না অঙোম নিংথৌনা মপু সনা মাংহুদা,
মচাই মশক অমুক-ম্বেং, সনা চোরোন অমুক-ম্বেং
হাঙ্গ্র পুম্বা কায়হুনা হংগংজকই নিংথৌদা ॥
"অঙোম নিংথৌ য়াগথু হরি কৃপা তৌবিনি
মাগী কৃপা মঙাইদো" তাকপি অসুম্বা হায়না ॥
লৈপাক মীয়াম ওইবনা "মাইরেন থোমমু" হায়নথি ।
লাই-মনাই – হামজিগী হাওখুন্দগী মাইরেন-লৌরুই ।
তম্না থোমই, নোংবানগী মশা অতু পোমথংলে ।
ফুংলগা থোমগদবা সুগাইহুনা থোম্বনা ।
ইরোইমুক চাওরে নোংবানগী অশোকপা মশাদো ॥
কায়দে হায়হুনদি মাতু তম্না লৌথোকই ॥
নোংবান পোকপা মপাদো প্রলয় মৈথুম শাথরে ।
থোইরেন তাকনা ইকং ওই—মচাই প্রেম্না থাদ্বী ওই,
থোংনা লাওনা চাক্রবা লমমৈহুনা কোয়সিনখ্রে ॥
হংগংজকই—"ইনিংথৌ ! ননাই ইচাই থবাইবু
কনবি'-তমগদবদি ননাই হৈবাই অথৌবা
থোংলেন-মন্ত্রি মঙাইরে, চোরোম্না অমুক্কদি—।"
নিংথৌনা "চুমইনা-হো ।" হায়না মপু চোরোম্না

লেংথংতুনা কৌরক্লে—"হো ইপু মন্ত্রি,—অজ্ঞা,—
মোমূদ:-মুক্তা-লাওগবা !—সনা য়াথং ভাকপিসি
ননাই ঐদি 'হুদদি চংনিংদরে ইবুংঙো !—
ইপু শাওসু, অশাওবা মৈ-মুৎপিয়ু মন্ত্রিবু।
ঐবু পুক্লিং মুংঙাইত্রে, কল্লো, নোংবান-মথল্লাই,
ঐ নকোক সনা য়োমগে !— মুংঙাইদা ইনিংথোবু !
ননাই খোংলেন ঐহাক্তি—অথংবা থংদে হায়বা,
উরগা উদে হায়বা হায়জরক্তি, ইনিংথৌ।
ঐনা য়েংলবদি মতুংগীদি থংজদরে,
ভরানি মঙানিসি ভয়গনি পোংথাহনবা ।।
সিবু হায়নখিবনা কল্লি হায়নথরেদো
চৈরাওবা ; অসিদস্যু হায়খি—অকোনবা চংবা
সিদা ইচানা লাল্লে মরাল্লা শোকপা থোকলে
মীচাদা থোক্লে ফরে য়েংথররোই হায়তুনা
রাশকথরে ননাই ঐ থাং-চিক্তুনা ইয়াদা ।।
তুরবদা নোংবাল্লা খুমন ইচা অসিবু
ঈনা ইঙাং-ঙাংতুনা মনংগন্দা পোক্তুনা
পুথোরকইবা সিনা লোইরে ঐথোই রোমগীদি।
তুরন্থা খোকও ইচানা, পুথোরকপদি হায়সু,
শিফাংতবা খোক্লবা ভানা খিন্নুনা শোইদে,
হাংলমগদবনিদো। তৌজররোই ননাই ঐ ।।"
হায়রে খোংলেন য়াখিত্রে। "খোংলেনগী রাসি চুমই
তৌবা য়াই নোংবান মাদি।" থৈয়ে মরাম অস্মুয়া ।।

নিংথৌনা—"চুমই ইপু ! অমম্বদা তেন্-কাপ্পা,
ইশিংদা সিন্নুক তম্বা, য়ানি মন্ত্রি মাছুম্ব,
ওইবা ওইদবা অনি ইপ্পা য়ারিবনিদো।
সিবু উরি ঈশ্বর-না। ভুরেদো নোংবান অসে,
আতুর-ওইরবদদি য়েংবিবা হায়বা অসি
হৌনৈ মন্ত্রি চংলকউ।—অত্তা! ভাকপিরগম্ব!
মাংগী লমদাং শাংথরে, হোরেন হয়েং থংদরে॥
অঙাং ওইরিঙৈমক্সু য়াকম হোঙডক্কবদা,
শিরমদায়দা থোংলেপ্পা করম য়াশক কায়সিগে
নৈতনা হানদোকথরে হোরাইনা থাইরবস্থু,
চু-মভাইরে ননাই ঐ।"— "হাই-হাই, সে-অঙোম নিংথৌ।
গুরু থন্দবা নংদে ? মচা য়াররুনবা
হায়রি মপা মমাবু, ওব্বা গুরু হায়রিনা
নচাবু য়ারক্কেদি নিংদরগা নহাক্কা,
নংনা কেগে চৈরাপ্তো ’ডম্বা ওইনা ফম্মগা
নচাই মীচং চংবদো কাওরবরা নহাক্কে!
করি কপই হৌজিক্কে। ক্ষেত্রি নংত্রা করিনো।
শাদা লান্দা কপ্পদি নিপা নংত্রা কপকস্থু।"
হায়না মোইরাং থোংলেনবা পুকচেন কনবা যোম্-শুম্না।
অওইবচু লাওরক্লে। মচাই মৈনা চাক্তনা
মৈতাল-ওইনা লৈরিবা অঙোম নিংথৌ মকোক্তা;
য়োংস্থুক-কুয়া লুম্ববা থোংলেন য়াথং অচুনা
ফুবিরুরে অমুক্তা। নোংবান পোকপা মপাদো,

মোইরাং নৈপাক মমাংদা উকুল ওইনা তোইথরে।
অরাবনে ইকাইবা অসি' পোৎলুম মক্তনা
চংনা শিরে লৈতরে॥ থোংলেন নিংথৌ য়েংহুনা—
"ঐবু লোয়বা ইবুংঙো। ননাই থোংলেন হুংগৎকে,
চিংনহুনা কায়রোই, নোংখান কনবা ওম্মরোই
সিদৈ মিকুপ অমত্তং চোম্ভখিবা থোক্লদি
মরম লৈরি, মত্তমসি হেনথিগদোরে সিনা,
হোৎনহৌসি ওম্-মথৈ।" হায়রে। মোইরাং নিংথৌনা
কনা উত্রে অখোবা, নং নত্রবদি ঐগী,
করম তৌগনি মত্রি।— করি য়ানো ইবুংঙো,
লৈরি ঐবু হেনবা মী।— হিঃ ইপু! কনানোনে?—
পংহৈদকো ইবুংঙো। ঐবু হেনবা মীশক-তি—
আহু, আদা নিম্লিবা চিংথক্তা সেম্মুং মথোন,
তাবিদনা, তাবিত্রা?— তায় ইপু।—মসিনিদো,
সনাং মায়বা কৌবিরু। মঙোন্দগী তম্বনি
ঐদি কৈস্নু খংত্রবা— মাক্তনা ওমগদনি।
ননাই ঐনে সনাংনে, ননাই থম্বা পোকপনি,
ইতাও 'বুংঙো পুরেম্বা ননাই ঐথোই অহুমসে,
গুরু তিন্নজবনি সনাং মানা অহম্নি,
ননাই ঐনা মথংনি। থম্বা হায়বা ননাই-সি
মপা অহুমগী মচানি, থৈম্বে য়া অপুম্বা
লোইনা তাবা সনাংনি। লাক-অম্মি অসাইদম্নু!
মোইরাং হায়বা অসিদা ঐথোই লৈরি হায়বগী

লাকখিদবনি পংনা। ঐথোই লৈত্তরবদি
খম্বা য়োক্লগদৌনি ॥ খুমন অঙাং ইচাবু
যুবরাজ-নোংবান 'নিনা মোইরাং থোরি কৈথেল্দা
হাংতোকপিরম্মবদা খম্বাই মঙা ইচাগী,
কৌক্লহুনা মপানা লৈহৌরবা খম্বাইবু
হান্নী অমুক হিংহনবি, ওসি কাওবা হিংজরি ॥
অওইবনি ইবুংঙো সনাংমাগী মগুন-সে
হংবিয়ু ননাই চাওবদা হৈখ্রবা নিপানি ॥
চুম্ব হায়ক্লবনদি সনাং লাক-ওই কান্নরোই।
খম্ব[illegible]না শোক্লেদি হায়হনবিক্ল হু-দদা
কুম্মক্লনি মাসিদা য়ারোই মীনম-মুবদি
উনি মানা শিং-শিংনা, সিমকপু থোংলেন ঐনা
লাও হায়রকই হায়ক্লরো। শাওনা লাকনি সিদা।
লাক্লগা কোম্না সিদা থেমগে ঐনা থোক-থোকপা।"
হায়রে থোংলেন মন্ত্রিনা। সনা য়াথং পুহুনা
চেনখ্রে দোলাই পাবনা। সনাং নাক্তা য়োবদা
হায়গদৌবু ওমদরে, হাও ময়াম চংলহুনা
মপু মোইরাং নিংথৌদা তৌবা থৌগন হুদগী
তৌরি হেন্না লুনদি, মাহু উক্লবত্তদা ॥
লোক্তা ভাবা হি-য়াই-গুম সনাংগুম্না নিংথিরি ॥
অহল-ওইরে সনাংদো। দোলাই পাবা শিংহুনা
করি হায়না কৌগনি অজ্ঞা হান্নসি হায়-ওমজ্রে।
জ্ঞান মাংলে খুক্ল খুদক কুম্লরে সনাং মাংদা,

মথুং লোয়রে ডকথরে। তুমিন অহুম লৈথোক্লে।
সলাং মানা "কনানো" হংবিরক্লে। "ঐথোইনি,
মোইরাং দোলাই পাবনি—নমাম্ববা নিংথৌগী
মোইরাং নিংথৌ মপুগী সনা য়াথং পুতুনা,—
করিব্রানো হায়রেহেদে, ঐদি করি লৈতবা
হাওনি নিংথৌ মনাই-শা—হায়্র করি মরমগি—?
সলাং নিংথৌ ইবুংঙো, মপু সনা য়াথংতু
অশেংবা মক্তি থোক্তে পাওথাং ওইরে, অথৌবা
নতাও 'বুঙো থোংলেম্না তাকপিরকপা য়াথংনি ॥—
কৈনো করি হায়রকই।— মঙ্গাই-ইবুংঙোনি হায়।
খম্বুই মোপুরা খম্বা, পম্নুং চংবদা শোক্লে,
নচাই মথরাই কল্লো নহাল মুক্সু কনবিরে,
হায়জরকই নতাওনা।—হিঃ করি! করি য়ানো!
ইপাদদি তাক্কানা, মীনমৃই কনা লাইনা
নশক থংগে ডসিদি!" হায়। সলাং মিৎ ভটইসিনখ্রে ॥
সলাং মানা হংবদা—"নচাদি শোকম্মু শোকতে,
অশোকপদি নোংবাননি" হায়না খুমই। সলাংদো
মমিংতম্না পাংথোকই। নোকই। দোলাই পাবদা—
"মোইরাং নিংথৌ মনাইশা ইচাদি শোক্তে, শোক-ওই
করি মতিক শোকনি। শোকইবদি নোংবান্নি।"
হায়রে কিরে মহোয়দো। সলাং নিংথৌ মমৈদা—
"করে অহু মঙাইরে—মৈগে ভসি থোংলেনসি,
তৌবগীদি মামক্তি লাকহল্লিংহুনা ঐবু

তোৱবোইরে পাপী সি মীনম্বনি অসিনা।"
সুম্না থনখি মবুক্তা চৎসি চৎসি হায়রুনা
থোংশাল-লক্লে সলাংদো। থোংলেন মায়কৈ য়েংলুনা
সলাং মাইবা লাওরকই—"ছো ইতাও অথৌববু।
ইচা ঙাইরমথো হায়ু। ইচা থৎলমথো নংনা।"
হায়বা সলাং মথোন্-সি—তারে নৈপাক মীয়াম্না।
তারে থোংলেন মহাক্সু। সলাং থোংলেন ভমলুনা
তাংথক নৈত্তে চংলকই। থোংলেন নিকই কিবনা।
সলাংনা—"থোংলেন হায়বা! ইকাইদবা মীনম্বা
ইচা শোক্লে হায়বদায় ?" থোংলেন মানা—"ইতাওবু!
শাওস্নু নংদি নিংথৌনি ননিং তৌবা নবুক্তি।
ঐদি মীগী মীচেংচা মী-ঙা ফংবা ওইরুনা
নত্তাও থাংবা ভম্মুব্রে—মীনমথরে। করিনা—
ঐনা কৌদরবদি লাক ওইদৌরি হুননি।
শাওস্নু ঐনা য়াকোংগে।।" হায়না থোংলেন কুমথখ্রে।
সলাং মত্তাও মমাংদা খুরুথুদক কুপ্নুরে।
সলাং মানা—"হম্মুবা! মীনম্বদি নহাক্না"
হায়না খুৎতা পায়রকপা থৌর তোরথাং হুনা
মখুৎ অনি থাহুনা হাইগৎ-হাইগৎ মত্তারক
য়াক্লে থোংলেন মনমদা। "দৎ-নাদরদো পাপী।"
হায়না চৈরে থোংলেনবু। হুদৈ অনি কোয়রে।
অঙৌ-মথৈ ওরুখি। নিংথোনা—"করিনোদা"
হায়বদা সলাং মানা—"হবুংঙোবু—ননাইসে,

মীনমমিনে ঐঙোন্দা হুগী য়ারকইবনি।"
নিংথৌ য়াসি তাবদা গংগা ইচেম ওইরবা,
সলাং-থোংলেন অনিগী লাইজ হুনা চোংবদা,
মপু সনা মায়থোংদো চোংথেু লোইনা পুমচোংপু।
মনাই অনি অসিবু চাঙথরে ওয়োক্লা।
সলাং মাবু নিংথৌনা—"ইপু সলাং নিংথৌবু!—
অজ্ঞা!—ঐগী ইমাংদা হেক্ প্রানমক্ মাংব-সিবু
ঐবু ইপু করম্না ইমিংসিনা য়েংসিগে!
ইপু থোংলেন নতাওনা হায়জরু হায় ইপুদা।
হুগী ঐনা কৌবনি। ননিং তৌবা নিংথৌনি,
নমান্নবা ওইরবা ঐনা করম কৌগনি
হুনা য়াথিদবদৈ কৌহনবনি নতাওবু।
চুম্ন-কৌক্লরবদি লাক্লরোইদি থনবগী,
ইপুই থরাই ওইরবা খুমন নচা খম্ববু
পল্লিংদানা পল্লুরে। য়ারৌগম্ম ইপুনা।
মোইরাং ঐগী মস্কুংদা নোংবান কনবা ভম্ববু
নকোক সনা য়োমগেদি থিবে ইপু খংদরে।
নোংবান হায়বা অসি নম্থু ঐগী পাম্বোমনি
ওইথংবনি ইপুবু! নচা খম্বা নৈবদি
সয়েং অনি সুদরে নোংবান অসে কনবিয়ু।
ইপু করি হায়বগে?" হায়রে মোইরাং সলাংদা।
মপু মোইরাং নিংথৌগী তাংনা তাবা থোঞ্জেনদি
মুংশিরবা কোকিনগুম্, কোয়ৌ থক্কা য়াংনদি,

তাংনা শাংপা লৈনমদি শিঙেন মাগুম লুম্মবনে,
মপু কোনগী মপুগী সনা য়াথং অহুবু ;
অহল-ওইবা সলাংনা তাজবদা ইংথরে।
সনা লুপা প্যামদবা সলাং নিংথৌ মহাক্না
লোইনা থংই য়াথংদো—"কজে কজে ইবুংঙো।"
হায়না হাওগী পুক্নিংদা নিংথৌ মাবু থাগৎলি।
"করি য়ানো ইবুংঙো। করি লৈজরবনি
হাওগী জাৎতা পোকপনি। তৌজৌ হায়বিরে লোইরে।
ইমান্নবা নিংথৌনি করি তাকপিরূবগে,
সনা লুপা হেন্নবা সনা চোরোন থৌগন্নি
ইতিক চাদে তৌবনি।" সুন্না খুমজৈ সলাংনা।
নিংথৌ অনি থাগৎনৈ। নিংথৌ খুরুম্-লমতুনা
সলাং মাইবা চংথরে—নোংবান মাবু য়েঙঙক্লে।
নোংবান মাগী মশাদে কৈগী হু-অপুম্বদো,
মন্ত্রতগী পাংগন্না লোইনা পুম্‌থোম থোমজিল্লে।
সবেং মচি থাতুনা লৌথোকথরে হু মথৈ।
হুজম্ হিদাক হাপথরে কৈগী য়াথুন খুদিংদা॥
মায়কৈ নিপান য়েংতুনা নোংবান মাগী লোক-তায়দা
য়াতোন উত্তোন্দা পহেল্লোবা জীব পুম্বা কৌরে।
থুংলবদা মন্ত্রনা য়ানা উন্না থরাইবু
ফারে। সলাং ওংতুনা লরাই কোয়রেন উমতুনা
জীব পুম্বা হাপথরে। শিদ-নাদ-য়াই-তুনা
মশা পুম্বা নানবিরে—মতম তুদা কোংয়ানবা

শোক্করগুম পাম্ব-না মমিং অনি পাংজরে ॥
চোংথোক্লুনা কমথরে সলাং নিংথৌ ॥ নিংথৌনা—
ইপু সলাং নিংথৌবু !—অজ্ঞা সনা মিৎয়েং-তুক
তাবিগনব্রা, ননাইশিং অঙোম মপা মতোন্দা—।—
অঙোম নিংথৌ কমদোই ? সনা য়াথং হংবিরে।
অঙোম নিংথৌ চোংথোকই—"ননাই ইচা শোক্করে
পাম্বা মানা ইনিংথৌ।" সুম্না খুমই। অঙোমগী
চিঙ্খেল হায়না কববু থর করে কা হায়দে।
নিংথৌনা "ইপু সলাং! ঐনা নংবু মৌনিদি
হায়নিংদরে ইপুবু। লাইনি হায়গেকো ইপু!"
হায়। সলাংনা— "ইবুংঙো! সনা চোরোন্ কৃপানি।
হৈজবা নত্তে ঐদি।" হায় নিংথৌনা—"লৌবিয়ু
পাংদবা নিংথৌ ঐনা দান্-থরদং ইপুদা
তৌজগে ?—করি য়ানো চোরোনগী দমক-তবু,"—
হায়রক্লে সলাং নিংথৌদো। মোইরাং নিংথৌ য়াথিদে।
অঙোমদগী কয়ানে নিংথৌদগী কয়ানে,
সনা থাঙেন—লুপানে মৌপোং অমা সলাংদা
পিরে দগি ওইনমক, লৌরে সলাং নিংথৌনা।
হনক্দবা ওইদুনা সনা অহু লৌদুনা,
মতাও থোংলেন মনাক্তা চাওবা কৈরোইজায়নে
থম্বা ময়াম কমইবা চংখ্রে মাহু য়োনবা ॥
সলাং ময়াম য়েক্নুনা—"হাই হাই থোংলেন-চাওবা, তাও!
ঐনা ওসি কংলকপা সনা লুপা পুম্ব-সে,

থোংলেন-চাওবা-খম্বম্ন, নহোই 'মতা লৌকদে।"
হায়। থোংলেম্না—"তুদি ইবো। য়োমগেরা-হাই নকোক্ত,
হাই হনুবা সনা পাম্বা।" হায় সলাংনা—"থোংলেনবা।
ভম্-ওন্ খুংদবা 'ভাওবা। ইমোম ইচা ইবেম্মা।
খম্ব্ লুহোংওবরা হানা-হাইরোং ওক্চাক্ থোক্।"
হায়রকপদা থোংলেন—মাপী মথা জাত্রিভৈ,
হিক্-হিক্ কপথোকথরে "হ্রিঃ" হায়না খন্বা চপ-মায়ৈ।
চাওবা-খম্বা কপ্পকই। ফৈরোইজাম্বা মমায়দো—
নাকল-লোমদা লৈথোকখি। সলাংনা,—ইতাও থোংলেন।
চাওবা!—খম্বা! নচেমদা পারি 'বুংভো পিগেকো।
(হিক-হিক কপই সলাংদো) পুরেম্বা ভাম্ব-রৈমা।
ইচন্-ইতাও অনিনা লৈখিদবা নুমিৎ-তৈ,
নুরা নচেম অতুদি শেংপা চাবা খুদিংদা,
পারি-ইবুংভো খম্বা। মনিং থুংভক্ত্রবিনি।
পারি খম্বা শাওগনু ঐগী শরুক থুংবিদে
ঐবু মীরাই ইপানা ঐদি পিদে—হায়দুনা
খন্গনুকো নবুক্তা নচেমদা ইপা পিগে॥"
হায়। "নোংবান-দখিনা সিদি মত্তিক চারে ইচাগী"
হায়না জগোই শাথরে সলাং মাইবা মপানা॥
উরে লৈপাক্লা—"কৈনো!" হায়নৈ পুম্নিন নিনখরে।
নোংবান হিংবগী জগোই শারিবনি হায়নরে॥
সলাং মাইবা লাওরক্লে—"ওসি কৌবা কোরৌদা
ঐগী ইচা খম্বনা পাম্বা ফারবা তুংদা—

চাক্-থাবগী তোরৈ-থেক, নোংবে-হন্‌বা-উম্না-থেন্,
শিঙেন-থম্বাল-লৈকানা লাইজ থক্তা তাও-গুম্বী,
চিংলাং মৈগী উথম্বান, থোইমু' পাম্বা লৈগুম্বী,
নজাইবেম্মা থোইবীবু,— সনা সংগাই শুংঙাইবা,
ইংগ্রি লৈমায়-তৈরবা, পসোং লৈঙোই তারবা,
সম্থি কাংগ-নান্‌বা-সং, সংগাই স্নুমাং নিংথিবা,—
মপু সংগাই স্নুমাংনি হরি' রাস মণ্ডোম্নি,
বিষ্ণু নংগী সংগাইনি নংগী মন্দির হায়গে,
সিদা মাঙোব চাওন-থন্ লিক্লাই মুখ্রী নিপাম্না
মাঙোব মাগী মথোং-ওই, ফীজং নোংশং লৈনা-থন্,
ভাবোক চোম্না তিনবদা সনাই সেম্পাক থকুপী
থাদোই সনা খুৎতুনা লৈরাং পরেং লোত্তুনা.
ইশৈ শৈদা পুং-লোন্‌গা থোংথাং চানা থাংতুনা,—
থাগী ফরাংজি থক্তা পসোং ফীডো থারবা,
ফানগী নাকন মরিদা লৈনা-লৈতেংনখ্রবা,
চিথেক মরি ফীরাম্না নিংথিজনা লৈতেংবা,
ফান-অসিদা থম্বনা। নুরা মজাই 'বেম্মনা
তরেংলকপু কোয়তুনা লৈরাং অতু হুক্তনি
লুহোংগনি অসুম্না ॥ মজাই বেম্মা থোইবীগা
খুমন ইচা তোমপোকা লুহোংভবা তুং-সিদা,—
লম্নেন কনা হংব-কোন,—'মোইরাং নিংথৌ ইবুংঙো !'
সজুং-নিংথৌ-সদাং-লাংমৈ-লেন্‌বা মাগীদি,
পাম্ফক্-পাম্ফোই লৌ, শিংগা শিন্দম মরোবুকীদি

চিংলাইবক্তা হৌবা উ, মনা-না হেনগবরা
হেন্দ-উ, রাংকবরা মউ-না রাংচদবা ;
তলা মাগী কোলোইদি—নারা-উচান কৌব-উ।
পামেল-লক্তে থোইব-উ, পামেন মাগী মতোগুম,
চূম্ন-নাপুং-ফারবী : মরম লম্নেন-লৈতাং-শোয়,
লম্নেন-লালোই পাওবী তেক, ভাংজ-চৈছল্-লম, হুপ-লৌ
কারন্ পাংতা লাইজ-ইরোন্-মুংদা পোমজরগা,
ইপান-ফাওনা শাংপ-লৈ। থাজ মরূপ ওইবা-লৈ,
শিংঙেন থরো লৈ-গুপ্পী লুনা ফবী ইচাদো
ইমোম থম্নু ইবেম্মা! পলেম-পম্বৌ অনিনা
ছন্দোক্রম্নে পিরুদি—মত্থ নিংথৌ ম্নোকপদা
মমাম্নবা নিঙেঙান্-শিং নূরা লক্তা তিল্লক্লে।
জগোই তান্-স্থ হৈররোই। অডৌবা ফৈরোইজাম্বা
মম্নম নাক্তা ইচাবু লুহোংবদা, ইচানা
ইমাক অঙাং ডক-তুদা লৈরাং পরেং হুকপদা
তাঙ্গা মেঙ্গা থংঙরোই, খুংথেক খুংপু হৈররোই,
সুম্না হায়না তম্বিরু—হায়না ননাই সলাংনা
তাকইবনি ইনিংথৌ ননাই মপা থোংলেন্দা।”
হায়না লাওরকপসি নিংথৌ তারে মীয়ামম্ভ॥
থাগৎনথি লৈপাক্তা অশেংবা জগোই ছুপী
অর্থ থংনথিদরে। সলাং বোর পিরম্মে
থুমন মচা নোংম্নাইবু সলাং তম্না হুনখরে॥
“তৌরি মথৈ ফরনি খুরৌ চেনবা লৈতরে”

হায়বিরমই সলাংনা খুমন মজাই মরমদা ।।
মতাং অসি য়োৌবদা—পান্থা কৈবাও ঙাইবিরী
নুরা অহুম, মোংবানবু শোকপগী নিম্নরকপা
মীথোন অসি তারক্লে ।। কৈরাং কোংবা লৈরিক-চাম্,
মজাইবেম্মা থোইবীনা লমজা খম্ব কৌরকই—
"ইনম্মা ইবেম্মা !"—খম্বনা—"ইবেম্মা !"— "তাত্রা ?
হা ইবুংঙো হায়বস্থু হায়নরিনে ইনম্মা ?—
তাইনে ।— নোৌপুরাবুরা ? শোক-পনবরনে ইনম্মা ? —
ইবেম্মা থংদরনে !— কম্‌দোৌসিগে ইনম্মা !
অতৈ অমা শোকপদি কপ্লগনি নিংদেদো
নহু নিংথৌ মাদবু শুংশিনৈদো খ্বাইসিনা !
য়ারেদকো করম্নো থোরি হোৎলু ইনম্মা
লাংনা পাদম্‌বিয়ুবা ।" হায়না থোইবী য়ারকলে ।।
খম্ব, থোইবী সেম্নুস্থু সিনা য়াৎলি হায়বসি
হায়নিংঙাইবু লৈতরে চপ-মান্নৈ য়ানথরে ।
খম্ব লাংনা পাদম্‌লে—থোরি থোৎলে, চং তারে
লাংনা কাংথন তারকই—কোকই অরাবা খম্ব
"ইপুরাদি কৈদোৌদে, পাম্বোম চোংদে ইবেম্মা
মিৎ চিংদেদো অতুগা থোরি চং,—লাংনা কাংথন্
তারি মজা ইবেম্মা । শুংশাথিবিরুগন্নু,
ইহু নিংথৌ কৈদোৌদে !— শুংঙাইরেদা ইনম্মা"
হরাওজরে থোইবীদো । মমৈ হুদা খম্বনা—
"পন্নিংদরে মমিংদি অহুমকপু মহায়গে,—

নোংবান মাল্লি হাগন্থু।"  স্থম্না ভাংনৈ লৈরকই ॥
মজাই 'বেম্মা থোইবীদি মুন্না মাগী মথুৎ-শূ
হৈজ্রাং মপ্রাম শোইন থাং, চম্প্রা মথোই লেম্ন-থ্যাং
পিথ্রাই য়াংগু লৈবা-থাং থাংলেন মাগী ময়াদা
সম্না অমা থম্মগা সোরনা হেক কাম্বদা
শম্নাং মাবু তংলবা, থোজরবা ছোরিদো
সুকথা থাদে থোইবীনা। থোইবীদো ক্রং-ক্রং চোংলমই।
ইয়্যাং-য়াংই মবুক-তো।  "ভসি কৌবা কোয়ৌদা,
পাম্ব-মথুবাক-তুদা থংলেন্-য়াইবী-মাংথরে
হায়বা হেক তাব-মক্তা নূরা ছোরি ইখুৎ-শূ,
থাংলেন সিনা থোইবী ঐ, ইমু ফীরাক থাইহুনা,
খম্নুং-সোন্না তানজগে থংলেন হৈনা ইনথিগে॥"
লৈরকপনি ভাইহুনা।  থোইরেন তাকী মীথোম্না
অমুক অমুক লাকপদা—থংগোন মানা পুহুনা।
তপ্ন-চাকপা মৈ-তুদা মালংবনা য়েবদা
মৈনা থংহৌ হৌবগুম, থমোই মৈচাক অহুবু
কোরোং কোরোং হৌবদো।  মজাই 'বেম্মা থোইবীবু
মালেম মাগুম হানবী নূরা খুমন চন্থুনা
নোংদোন লীক্লা ওইহুনা ফাথহুনা থমকই।—
"হৌনদেকো ইবেম্মা!  লাইনিং পন্নৈ চেৎপিয়ু
পুক্লিং তপথো নিংহৈদে!  ইপাগী মনাই লৈরি,
পন্থৌ মাবু য়াওথরি ইমান্-চাওবা লোইনখি,
ফৈরোইজাম্বা চৎখিদো ইতু নিংথৌ খম্ববু

স্থম্মা তৌরে হায়বদো পাও লাক্কনি য়াথিম্মু।”
স্থম্মা থম্মি থামজুনা মম্মা ওইবী য়াহৈনা॥
চিংস্থুং-চাদি নোংগোবী চেক্লা মানা থৌরাংনা
নোংদোন লাইজ্জ ঙাইবগুম—থোইরেন তাক্কী কৈবাওবু
লমহাং লমদম অসিদা ঙাইহৌরি স্থম-তৌনা॥



# পন্নুং মৈ থারকপা খম্বা অমুক চংলকপা

ব্লারি লীবা অতুগা লাইরিক ইবা হায়বনা,
মতম অমত্তদদি থোক্লককইবা থবকপু,
মতম অতুগীদি চপ-চানা উৎপা হায়বসি,
ওইবা ম্লাদে মহৌশা—দৃশ-কাব্যদগুনি ॥
অশকপনা শক্লিবা পুংম্লৈবনা ম্লৈরকপা
বাশী বিনা থোংবনে তান্-থালনে পুন্নমক,
তাঙ্জা মতম অমদা চপ-মান্নবা থোকপগী,
মহৈ মহৈ থোক্লকপা ফজবদি অপুম্বা,
তাবা থংবা য়েংবস্মু ওমই ঐথোইসিনা—
মত্তৌ অতুগুমত্নুনা ব্লারি লিবা, ইবদি
ইননবা পাংগনস্মু তাননবা থুদোংস্মু
চানা পিদে ঐথোইবু থোকতে মরম অসিনা ॥
মজাই বেস্মা থোইবীথোই মরোল অমা অস্নুম্না
ব্লারী ওাইরি কৈবাওব্ মতমসিদা অমরোম
থোইরেন তাক্কী লমদমদা চাভব-থোংলেন অমিনা
মপু সনা চোরোন্দা হংগংলক্রে—"ইবুংঙো !
ইমু-চিংথোং লম্পাই-ওম্বা ইনিংথৌ ননাই। থোই—
নিংবদি, হৌখিবদি হৌথরে—। অনিদি
চংলিডৈদদি 'মনা শোইরে অমনা পোরে
সুম্না ভোনা পুরকই। হৌজিক 'মতা মঙাইরে।

মদোম চংবা ভারিদো পাম্বা মাদি নোংবানগী
ঈদি থকথরবগী হেংগৎলে ময়াই কাবা।
অরুবা মতাং থোক্লে।" অনি' রাসি তাবদা
নিংথৌনা—"চুদি করি করম তৌসি হায়বগে ?—
করম তৌবা হায়ববু, কৈস্থু লৈতে ইনিংথৌ।
চংদ-য়াদে চংগনি। ননাই ঐথোই পাম্বদি—
পম্মুং মৈ থাজনিংঙে। কোক্লবদা কৈ অসি
থেংনসন্থু খম্বনা। কৈনা ঙম্মে নংত্রেগা
খম্বনা ঙমই হায়বা উরসন্থু লৈপাকস্থু॥
নংত্তদনা উন্নুংদা নারক সিদা থোক্লবা,
তুমিন কনা থংদনা থম্বা মানা ফাজরো
পাম্বা মাবু মাচুদি থোরকনি অসিদা
পাম্বা মাবু পুহুনা। কৈনা ঙম্বা থোকথরো,
পাও হন্দোকপিনবা লৈত্রবনি। মাসিদি—
লাইজ মুংদা থাদবা লৈপাক্সা লৈত্রনি।
অকোকপদা তুরবদি ইচাবু ঐথোইনা
ঙমজগনি লোথোকপা লৈপাক চংনা কৈ অসি
ফাগনিদো পুরিক্লাই।" অনি' মরা তাবদা
মোইরাং নিংথৌ মপুনা—"করে ইপু অনিমক
য়াম্না চুমই 'তুমকপু লৈপাক প্রজা কম্-দৌই—?
—ননাই ঐথোই য়াজরে পাম্মে পাম্মে।" লাওরকই
পম্মুং থাম্বী মৈ-থারো—হায়না মৈবু থারক্লে।
মৈনা ঙং-না চাক্লকই। কোয়সিনথরে মৈ অদো

কৈনা নৈবা মায়কৈদা। উপসিনখরে লাং-গুম্না ।।
থাম্বী মতা উবদা পাম্বা খুরুপ মাম্বল লামখরে,
হৌ হৌ লাওনা চোংলকই—"বৈষ্ণব মাগী মথুংতা
থরাই থাগে খনবদি মৈনা চাকুনা ঐবু
মাংবা তারে।" হায়তুনা পাম্বা তুর্গা খুরমমে।—
"মৈদা সিহনুবিগনু।" হায়না ভং ভুং ভংতকই ।।
"ভুং-ভুং-হৌ-হৌ" হায়রকপা পাম্বা কৈখোন অতুনা
থাংজিং চিংজাও নিংথাইরে, লাই-মনাই হামজি লম্দম্,
লৈপাক ফোং-ফোং কিন্থরে স্নং-উ 'পূম্বা নিংথাইরে
তেকলে। চিং থক্ থক নিকখ্রে। সগাই হাইরে। মীতোংবা
য়াদ্রে খুবম চোইনরে।। নাকোং মেম্না থাংনরে।
মৈখোন কৈখোন অসিনা স্বর্গ নিংথাইগদৌরে।
প্রলয় গুম্না ভণ্ডকপা থমোই ফুকথিগদৌরে।।
নিংথৌনা—"ইপু থোংলেন! চাওবা ইপু নোংথোম্বা!
মী শোক্লনি করম্নো মৈমাঙ-শেংডো।" হায়রকই।
নুরা অতুম ভকথরে "হি করিনো!" হায়তুনা
য়েঙভকপদা মমথরে। থোম্বী মরৈ তাবগুম
মৈথুনা নোংদোন ফুনখ্রে। থোবোম্ য়াংগেন সতু-স্নু
চাক্লকপগী মৈথুনা থোইরেন তাক্নী মায়কৈদো।।
মৈ-থোম্না ফুবালা, থিনুংগৈ, মোইরাং তাথরে।।
মৈখোন-কৈখোন অনিনা ভমমক্তরে থাংনবা।
লোক্তাক ইশা মাপলগী তাওথংথরে-ভা-মথৈ।
শিরে অপিকপা লোইনা। জীবপুম্বা মমুনরে।

নোংদোন্দা পাইবা উচেক মশা থম্না কাওনরে।
মায়কৈ-সলাই খংদরে-তোইনা,শুন্দা লৈনম্লে।
উচেক মথন কয়াদি নোংদোন থকতা,পায়নবা
থাম্বী মানা চাকপদা,পাইখোরকপা জীববু,
চানবনি ফাত্নুনা। মাত্নু ফাওবা পাইখিদ্রে॥
চিংদা তোংবা উচেকসু পাৎতা তাবা পুম্নমক,
মৈথোন কৈথোন কিবনা পাইথ্রে 'মতা লৈতরে॥
শক্তি লৈবা পাম্ব-দো মফম সিদা খুপকনি
হায়বা লৌশিং মাংলক্লে। মৈনা শক্তি অমনি।
শক্তি অনি তান্নরে। পাম্বা মাংদা থারকই,
পাম্বা মমৈ ব্রাই-ব্রাইনা তান্নরক্লে থাম্বৗনা।
মায়কৈ নিপান থুং-মথৈ চেন্লে কৈত্নু কোয়-কোয়না॥
থাংজিং তুর্গা অনিনা থম্বা-পাম্বা অনিগী
কুমৈ য়েংসি হায়তুনা মৈরকতুদা চংলকই।
পাম্ব মমৈ পায়গেদি তিংথোরকপা থাম্বৗগী
মরৈ অত্নু তুর্গানা—তুবৎ তুবৎ থাংশাংনা
ককথৎলকই। থাংজিংনা অচোৎপা উনা পায়রে,
উনা ইশিং লুপ্তুনা ককথৎলম্বা মৈরৗদো,
মুৎলি কোয়চেন-চেন্দুনা॥ মৈগী মরৈ তরেৎতো
মকক্-মকক্ ককথরে রন-চণ্ডী ইমানা॥
লৈপাক মীয়াম অত্নুনা উবদদি মৈ অদো—
পাম্বা মমৈ অত্নুনা খিংজিল্লগা ময়াদা,
মমৈ চোৎলি মতিম্না— মদা ফুই-দম-দম্না হেক।

মুংলি মুংলি তোই শ্রু শ্রু-নোই—মথুংনা হেক-'মুক।
শুম্মা তৌনা তৌনমক্ মহেল্লকই মৈত্নুনা।
তুংগী মৈচাক-থাক মৈরিগী তুংদা লৈহৌবা লমদম,
মায়কৈ অত্থু য়েংহুনা পাম্বা শাহুন ভমথরে।
মৈরি মরক অসিদা নোংথাংদগী হেন্ন-থুই,
মৈগী তুংদা পাম্বনা সৎ-চোংথিবা হন্দুনা,
সামিন অসি ফংবদা ভাম্নরকই পাইহুনা,
চপ-লেপই মৈরি-অত্থু, হন্না য়েংই কৈহুবু।
মৈদো গতি লৈতরে হন্না ভানবা য়াদরে
তাংগোই ভাক্তা ওইহুনা মন্নাম চাকসিন্নরকপা
ফুজিন্নরে মৈ মথৈ, ভুরুং ভুরুং লাওথরে।
কৈদি মৈ-তুং তাহৌরে। মৈনা লৈরিবদগী
লম্নি লম্-হুম্ লাপ্পনা তাংগোই লক্তা তাররে।
পাম্ব-সজ্জাং তিংথোকই। পোৎথাহুনা লৈথরে॥
মৈদো অত্থুম্ মুংথরে। মৈশা থাংবা ভমদ-বৈ,
লৈপাক হন্দোক্লক্লরে, ভংভাইফদব-হুদা
শাংনরমই, হৌজিকতি—মুংথ্রবদা মৈ-হুনা
ভেংগোন হজিন্নরক্লে। কোংয়ানবস্থু অভোমগী
লৈখ্রে সগাই থক্লুদা। হায়জহুনা মপাদা—
"পম্বৌ। ঐবু ইতাওনা, পাম্বা ফাবা য়েংজগে।"
মাগী কৈনা শোকপগী লৈথিদরে মৈচাক্তি।
নোংবান মানা মপাদা—"ইপাই-বুংভো ঐসিবু
পাম্বা-মথুবাক্তগী কল্লকপগে কনানা?"

হৃংই। অডোম নিংথৌনা—"ইপাই 'বুংডো নতাওনা।—
ইতাও বুংডো মুংঙাইদা, লান্দবা নংগী কুপা।
ইপাই বুংডো ইতাওবু পম্বৌ কৌসিনবিয়ুবা।"
হায়রদুনা খম্ববু নোংবান্না কৌসিনখরে॥
নোংবান্না—"ইতাও 'বুংডো। চংডকৃউগবা খম্বা।
খুমন নংগী নপান্দগী অসি য়ৌরে ঐনা।
ইতাও নংগী নকমদা লানখ্রেদকো মরুপ-লোই।
নংদি ঐবু—পোকপদগী মরুপনি খল্লকই।—
ওম্বোকপনি হে বিধি! নোংবান হায়বা ঐসিবু
করম্‌দৌনা শেমখ্রবা অস্থুকপুদি ফংতনা।—
ইতাও নংগী লমন-সে শিংলসিগে করম্না
নোংবান কোবা নতাওনা। হিংলরোইদো ঐদিনে।
হিংস্থ হিংজনিংদরে। মাংখ্রগদৌ নোংবান্নি,
পল্লুংদনে মরুপ্লোই! অসি য়ৌহল্লবকো!
করম শিংসিবা ঐনা নংগী লমন অসিবো!
মপোক কয়া পোকলগা নংগী নকম অসিদা॥
নংগী বৈরী ওইরবা নোংবান কোবা অত্থুদি,
মাংখ্রে ঙসি পল্লুংদা পাম্বা কৈথা থাত্থুনা!
তিন্ফা কাকফৈ মরক্তা শাগী চিঙ্গাক ওইত্থুনা॥
মরুপ লোইদি লান্দবা। ঐদি নোংবান অমনি
নংনা অমুক পোকপিবা খনবিয়োবা নহাক্কা।
রাহৈ অমত্তদি হায়বিয়ুগবা ইতাও।
ঐবু লমন কোকপিরো। লাঞ্জদনা মরুপ্লোই।

নিংথিজবা অহংবা বোনগী লমদম অহুদি,
ইমুং-শোইদি চংশ্রগা কোয়ৌ মানা থোকপদা।
নিংথিজবা পুম্বদো খ্‌াইনা উনৈ মুংঙাইনৈ ॥
জীব পুম্বা হিংনৈদো লমদম মপান তাংহুনা।
লৈঙোই লমদম ওইরবা লৈহাও য়াওদ' লমদমা
নোংবান মাগী থমোইনি, অমম্বদা ইংহৈবা
অঙানবদা শারবা। ফংচদবা মশাগী
মপাপ-তনা চাকইবা মৈচাক অসি কোকপিয়ু,
নোংদোন লাইজ ওইরবা ইতাও নম্বা হৈ-হুনা ॥
ইংহনবিয়ু নংনা ঐগী শারবা থমোইসে ॥"
হায়জরকই খম্বদা ॥ খম্বা মপি তারকই,
নোংবান মতাও য়েংহুনা। খুমন্‌-মানা—"ইতাওবু।
করি পংথন্‌-খনবগে। নহাক্‌ লৈতরবদি
ঐদি করি ওইরনি। ইতাও ইবুংঙো নংগী
লমন্‌ তোনবা থম্বনি ঐদি নংনা শেম্বিবা
লমজা খম্বা ঐহাক্লি—খনবিয়ুদো ইতাওনা।—
নংনা চিংথোকপিহুনা মীরক তিল্লি খম্বনা ॥
ইপা ইমা ওইহুনা ঐগী কৈরাক থারিবা
মরূপ নংনি। করিগী খম্বা ঐগী ইক্ষমদা
তোনগদগে লমন্দি নংগীহুম্‌ তোল্লি ঐনা।
অসিমকপু ইতাওনা লমন তোয়ৈ হায়নদি
নিংলবস্থ মরূপ্নোই কোক্রসি, থল্লমু ॥"
হায়হুনা নাক্লে মতাও নোংবান্দা। থক্বনা-হেক

নানব-মক্তা নোংবান্দো পুমকোক কোকই অন্নাবা।
নোংবান, মপা য়েংহুনা—"ঐ কময়গে" হায়। মপানা—
"ভাইখো ভাইখো নতাওনা হোৱেন পন্নুং চংলগা,
হৌগৎসি।— ঐগী খুজি নচিংবদি ?" হংই নোংবান।
মপানা—"নতাওনা পুরকই ইপায় খুৎতদি
লোইনা লৈদো কোংয়ানবা।" হায়না খুমই। নোংবান্না—
"পুবিরকউ কদায়নো।" হায়না নোংবান মখুৎনা,
মাগী নিংথম শমজিন্নে সনা খুজিনচিংবা
পুন্নমক-তু পায়হুনা খুমন মতাও থম্বদা
পিরে, নোংবান হায়রকই,—"খুমন্-ইতাও-ইবুংঙো!
ঐদি কৈস্থু নঙোন্দা লৈজদেদো পিনিংঙাই,
ঐ-দি ঙসি লোইরেদো, কান্নদরে ঐঙোন্দা,
নং লৌরো, অতৈ লমন্ শিংবদি ঙমজদরে।
সিনা ঐগী লমন-দো কোকপিন্নকো নহাক্না॥"
লৈচিন-থেৎনা ৱাংলবা পামেন মানা লৈমায়-থক
শাংনা মপান মরাবু কক্লহুনা তুব-গুম্,
খুরমহুনা থম্ববু, মপি তান্নে নোংবান্না
কৎলে। নোংবান পোকপা মপা থাভ্রাকপস্থ কপ্লে।
খুকমজরে থম্বদা॥ থম্বনা "ওকএ-ওকএ
ইতাও লৌসিন্‌বিরোসে।" হায়হুনা পিরে অমুক।
নোংবান্না—"খুমন ইতাও লৌবিয়ুগবা নংনা।
নোংবান ঐগী ঈ তৈবা নিংথম্-শমজিন্নচিংবা
হংগোইবরা অসিবো ? সুদোকহল্লু কৈদোগে।

ছুগা শেৎনৌনে ইতাও কংলো হুংগৎছন্দা কাবা।
ঐনা লাইরৈপাক-তগী য়েংজগেবা মরূপ-লোই।"
হায়না নোংবান কপথরে। নোংবান ময়াত্রবদা
খুরু খুদক কুন্দুনা নোংবান মপা মচাগী
মথুৎতগী খম্বনা—সনা খুজি নচিংবা
নোংবান মাগী পোৎলোইদো লৌরে। নোংবান্না—"ইতাও।
নতাও ঐবু লাকচবা থোইরেন-তাকী পাম্ব-সে,
নংনা করোংখুকুম-মু। ঐনা কুম্মৈ য়েংগেকো।"
হায়জহৌই। খম্বদো থোংলেন মপাই মনাক্তা
লাকএ। থোংলেন্না—"খম্বা!—ইপা ইবুংঙো!—করিনো?
ইতাওনা পিরকপনি!—করিগী লৌই?—য়াদে!"
হায়রে। চাওবা-থোংলেন্না ঙাংবিরে। থাত্রাকপবু
য়েংঙে থোংলেন্না—"হাই-হাই! থাদারাকপা করিনো।
মশিরনি হায়ববু খংবগে হাই করম্না?—
ইবাইবু মাহ্ নত্তে, মতাওনা পিনিংঙুনা।—
ফরে ফরে।" হায়নরে। নোংবান মতাও অতুগী
চরৈ অদো খম্বনা লুনা তৌজৈ থমথরে
চেৎনা য়োমসিনজদনা॥ চাওবা-থোংলেন অনিনা
হায়রকই—"ইনিংথৌবু! লৈবাক মীয়াম রারনি।
মতম অসি থেংলক্লে। পম্নুং চংহল্লসিরা?—
'থোইদি অসাইনা পাম্মে।" হায়না লৈপাক রা লাওই।
মতম অসিদা চাওবা, কৈরোইজাম্বা য়েংলকই—
ঈজিং তৌরকই—"চৎলু সনাংগী পমপ্যাক লোমদা।

হুইখোল্লা চৎখিছুনা নসেনগী তাবাংখিরুরো।"
হায়ছুনা তুমিন চৎখ্রে। সন্নাংনা—"কনানো" হায়
কৈরোইজাম্বা উবদা হংলকই—"ননাই ঐনি—
করিগীনো অস্তাংদে?—আসোমদৈ চংলবদি
ইমান-থোংলেম্বা উনি—চৈরক্কনি, অসোম-দৈ
চংগে খুমন ইসেনগী তা-বাংগে।—ফরে চংউ,
সেম্বা শোইর-পাই-য়োক, পাইনা শোইর-সেম্বা-য়োক্
পুয়োক-লাংগোম্লবা, হৌনৈ চংউ ইকু-লৈ,"
হায়না মখৌ শংখিরে। কৈরোইজাম্বা মসেনগী
তাজা ভাইছুনা লৈরে॥ সোমদা খুমন মচানা
মপা মকু অনিগী য়াথং ফংবা মতুদা,
পম্ভৌ খুৎসু তা-হুনা নোংয়াই য়েংতা পায়জরে।
যুবরাজগী তা-হুনা তোলেন ওইদা পায়থরে।
নিংথৌ যুবরাজবু—মপা-মকু-অণ্ডম্বা
অণ্ডোম-নিংথৌনচিংবা, লৈপাক প্রজা পুম্নমক,
খুরমজরে লাওছুনা। "জয় ওইয় ইবুংঙো"
লাওখিরকই ময়াম্বা। শুম্বা বোর পিখিরে।
মপু মোইরাং নিংথৌনা—থরাই য়াওনা মনাইবু
"লেম্বা মঙ্গল ওইয়ুকো" হায়না বোর পিখিরে।
হোয়-মাই-ইহায়-হায়দনা চিংখুবদি লৈথরে,
নোংবান শোইখিবতুদা মাঙ্গীদমক হাবনা
মুংবং-নরি, চিংখুবা খম্বা—খুরমজবদো
ওক্তে য়েংদে তুমিল-লৈ॥ মসি থোংলেন-চাওবসু

লৈপাক প্রজা পুম্নমক নিংথৌ কাওবা উরক্লে।
প্রজা পুম্নবা—"অচ্চা। কজদেদা মাসিদে।
মপু মোইরাং নিংথৌগা পোকমিন্নজে হায়বদা,
থাজদেদা তোঙ্গিদা অস্তুক য়াম্বা পুম্নসে
থোকহনবনি মানা-ভাক, মানা নোংবান হাংতোক্লে,
নোংবান মাবুম্ব ক্ষুংশিবা কৌধা য়াবরসে।
মূর্খ সিনা হাংপনি। পাপ্ পুইনা হায়হৈবা,
হায়হৈদবা, করিনো। হায় চৈয়ু পাপী সে।
মপা মপু অপূম্বা নোরোক য়েংন-পোকপনি।
মোইরাং হায়বা অসিদা অকন্‌বা অনি স্নুবা,
মানা অমা মাংহল্লে পাবোং সন্দি কায়রেদো।
মানা ভাক্কি পাপীসে; থম্বন-বু মঙোন্দা
করি লাঞ্জকবগে, মজাই বেম্মা থোইবীবু,
মচিন-মক্কা পিবনি। অতুগবু মহাক্না—
মচিন্দনা অমা-ভাং, মবুক্তনা অমা-ফুম্,
ময়াম্ববুম্ব হাংপা মহা মূর্খনি মাসে,
করিগুম্বা মাসিনা নিংথৌ ওইবা থোক্লবা,
পানবা য়ারোই লৈপাক-সে। ময়াম্বনা শিবগা
য়েংউ মানা তোরকপা—নিংথৌ অমা ঐথোইনা
থিহৌসি হৌজিকতগী লৈপাক ঐথোই মান্নসি।
পৃথি লুম্না-পোকপনি, পাপী ধর্ম্ম লৈত্তবা।
রাজঋষি ওইম্বনা স্নুম্বা লিচং চংপলিদি।
হৌনম্বরা পাপী-সে।" চৈনরকই অস্নুম্না॥

মনিং মমাং পল্লনা—"মানা পিনিংদবদো
নম্না লৌবা মতিক-চায়—ইবুংঙো। লেপ্পা ফাজৌ।
তুবুম 'মত্তা তেঙ্কত্নু। লাই-য়াম পুন্না নখোইনা
লমজাই জয়-বু পিনৌকো। লৈপাক-'খোইনা লাওজরি।"
হায়না চপ-মান্নবা লাওরকপগী থোঞ্জেন-অত্নু,
পৃথি নিকই শুং-লাওই। তানি তারোই হায়বা-ফাও
অকি অথং-থংথিত্রে। যুব্রাজগী মনাকোং
মনাক অত্নু মক্তদা "পাপী চিংখুবা নংনি"
হায়বা অসি সং-সং-না তারে যুবরাজদো॥
তাজে হায়বত্নু মঙায়। ব্রাবৈ-মথক্তা ব্রাবা—
চিংনা-ননূবা পাংথকনি যুবরাজ লৈথরে।
খন্না খন্না চিংখুবা—"নোংবান হায়বা নিপাসে
অমুক হন্না পন্নংদা চংবা য়াবরুরোইকো।"
হায়বা ব্রাথন অসিবু হেক ফংবদা যুব্রাজ—
মাগী মবুক মত্নুংদা লৈত্তাত্নুনা লৈরম্না
"সনি" হায়বা লাই-অদো, সং-চোংথোকখ্রে, থাগুনা
চিংখুবগী সগাইদা লৈরে ইরেন তোংত্নুনা॥
চিংখুবগী মবুক্তো নিংজিং মাংজিংনরকই।
সনি অমুক চোংথোকখ্রে, উম্নুং পাম্বী অমদা
তোংখ্রে সনি মহাক্না—চৎলগে হায়না নিংবদা
মমাংদৈ নোংবান কৌবদা হাপ্লুবা প্রেম্-অদো
সং-হাইদোরক্কনা চংথরে খম্বদা পুমচং।
পাপ্-পুইনা অনি সিনা কায়নরকপা অসিদা

স্বাই লাওই যুবরাজ।—হাইপংলক্লে মমাম্বদো ॥
খম্বা মথক উবদা লৈবা ভমক্লে যুব্রাজ।
চুম্মিংবনা লোইরক্লে। চাপদোবগুম য়েংলকই।
“হরি হরি! ফজেদা! হে পুক্লিং নংনা সিবু,
করম্-তাংখিক্করিবা! লৈত্তে সুম্বা মী সিদি!
ইমোম-থোইবী থাংবদি, কবো লোই-দা য়ৌবদি
য়ৌনিংঙাইনি চুম্ইনা, য়াম্বু য়ামদে ফজেদা
মুংশিদা অঙাং সিদে।” খক্লে চিংখুবা—লেপখরে।
যুব্রাজগী মতৌসি থোংলেন-চাওবা উরকই।
অনি ইংগিৎ তৌনরে। “পারি খম্বা চংঙনা”
থোংলেন য়াথং পিরক্লে। লম্ মরি মঙা খম্বা
চংলকপদা থোংলেন্না—“ইতাও চাওবা থামগন্নু
ঐ তৌগে থবক অমা কৈ অসি ফারবদি,
মচা পিরগদৌরি। মুংঙাইনদবসিদি
হাম্না কোকথোকনহৌগে।—করম হায়না থোংলেনবা ?—
ঙাইখো য়েংদা ময়েংউ!—ফরে তৌরো।” অস্নুম্না
চাওবা থোংলেন তানরে। থোংলেন খুমন মচাবু
লৈপাক প্রজা তাইহল্লি কৌরক্লে—“পারি-’বুংঙো!
খম্বা তাবরা, ’ছুটৈ নংবু পোকপা নপানা,
কৈ ফাবদি তৌর্ব্বুংদা ঙা-অমত্তা পায়ত্তুনা
তাম্নরম্নদগী ঙা-ছন্দোক্তুনা কৈমঙা
নমত্তুনা ফায়—মখুৎনা, খুত্নুমদনা থাত্নুনা।
নওং নত্তৌ য়েংবদি নপা মাল্লি অহুবু

লিন্দা নপাংগন্দদি নপা ইপাও ফংজ্রবোই।
নং'দি কৈস্নু অমত্তা পিকস্নু পিশক পিকহৈদো
কৈজেং-লাংনি কৈ অদো, নপা' ফাখি কৈছুদি
অম-মন্না চাওবনা নংগী অহু-ওন্নদি
তরেং তরেং চাওইদো, স্নুম্বা কৈসি ফাবদা
তা পাম্নরিবরা থম্বা। নপা নমা অনিদি
'ইচানা কৈ ফাদৌরি' হায়বা শার-ছনদি
কোমৌ নোংখোং হাংছনা য়েংভিগনি ইবুংঙো।
ইপা-শিরগা তমমুগে থম্বা তা পায়গনু
তা থনম্নু নখুংনা নোংয়াই ফা-ও নমত্নুনা।"
হায়না থোংলেন-লাওরকই। রা অসি হেক তাবদা
যুবরাজ পাথংলে—"মচা হাংকদোরেনা
থোংলেন অসি ঙাওরক্লে—অহল-ওইনা তৌবনি।
কনবা থোকই ঐহাক্না" স্নুম্না থক্লে চিংখুবা।।
থম্বা য়েংনা লাওরকই—"হো তম্নুম অদোন-থম্বা।
নংবু পোকপা পল্হৌদো পাম্বা ফাবা মতমদা
তা-পায়থি নংগু পায়ু। মীনা হায়বা লৌরুনু।"
থোংলেন্না—"পারি-'বুংঙো লৌরুনু ঙাংইবসে।
যুব্রাজদি মতমদো অঙাং ওইরি উহৌদে।
পায়দে নংস্নু পায়গনু।—কৈদগী মাহু হায়নু!
থাজরুগনু ঐদি চাওরে মতমদো ঐ উই পায়ু।—
পায়দে।—পায়।—পায়দে" হায়না থোংলেন যুব্রাজ অনি
লাওনথরে। কুম্মৈ ওইরে। "যুবরাজ অসি

মমাংদৈগী নত্তরে খম্বদা প্রেম্ লৈরেদো”
হায়বা লৈপাক চপ-মান্নে বা লাওনা নিল্লখরে ॥
থোংলেল্লা অমুক হল্লা “পায়দু” হায়না লাওবদা
খম্বা ভাসি থমদোরে। খম্বা নিংজিং মাংজিংনৈ—
“হোরেন ভাসি য়াওরগা লাকচহুনা পাম্বনা
নোক্করল্লা লৈপাক্কা।” খল্লি। মাহু উবদা
পাখংতুনা যুবরাজ—“হো অঙাং ত্তা পায়ু।”
অঙাং হায়বা তাবদা নাকোই সিংপা সুংশিংকুম
থোংলেল্লা—“অঙাং মচা নদোনা অঙাং হায়ে,
পায়ু ওসি পায়র'দি য়ৈনি।” পায়দু হায়রকই।
মপা শাওরে হায়দুনা খম্বা ত্তা-দু সুংশিল্লে
থোংলেন মপাই মমাংদা, মশা ভাক্কা চংখরে ॥
মতম অসি মক্তদা থাংজিং লাইগী খুজিল্লা
নোংলৈ অচৌবা অমা পল্লুংদা থুংওরে।
মৈগী ভাংগোই অপুম্বা লোইনা পুম্-হুম হুমদোকখ্রে।
পুমকোক কোক্লে পল্লুংদো। খম্বা ত্তা পায়দনদি
চংলকপদু উনরে। “হিঃ ত্তা পায়খিদরেনা।”
হায়ন-খরে লৈপাক মীয়াম—“তুমিল-লৈয়ু ওসিদি
থোংলেনগী থাং চাজনি।” হায়না মহৈ মহৈদি
থাম্লরকই লৈপাক্কো। যুবরাজ পাখংখরে—
“মতুং কৌশু কৌবনি পেল্লা কৌজহৌয়গে—
হো ইমাক ইবুংঙোবু! ত্তা পায়ু ইমাক ইমাক।”
হায়না লাওরকপা লেপ্তে সোর-ককা শংথিল্লে।

ইমাক ইবুংঙোদগী থুমন্থিবা অতুনা,
"ইমা ইবুংঙো" তারে। "ইমা ইবুংঙো তা পায়ু"
যুবরাজ লাওখরে। চিংথু-মতৌ উবদা
খোংলেন-চাওবা পেনখরে মোইরাং নিংথৌ মুংঙাইরে ॥
তিন্-কাং উচেক রায়া-কাও লোইনা পুমুহা-হরাওরে।
থুমন মানা পাম্ব-বু ফাবা মতম অতুদা,
চাইথগনি হায়দুনা পায়নরম্বা পারিজাং
মতাং সিদা চাইথরে। প্রজা পুম্বা হরাওরে ॥
থৌদৌ অসি উবদা মোইরাং খোংলেন অথৌবা—
মখোং উনা নৈরক্লে—থুমন মচা কৌদুনা,—
"পারি-ইবুংঙো-খম্বা! করিনে! তা পায়দানা
কৈ ফায়-হায়বদি, মচিন থিবা কনানা হায়?
পারি-খম্বা তা পায়ু।" হায়না লাওরে খোংলেন্না।
মপায় রাহু তাবদা খম্বা অমুক চংদুনা
তা অনি শংখরে। চাওবনা -"ইতাও খোংলেন
শিংইদকো নং অসে" হায়না খোংলেন থাগৎলে।
নিংথৌনা—"ইনাওদি ইমাক হায়না কৌথরেকো
ঐদি কৌহৌদরে তৌঙমদবা খোংলেন-অসে
শোইদে কৌনি ঐহাকপু ইশেন অহন হায়দুনা।"
থল্লি। থল্লিঙৈ মক্তা নমহায় ওইনা খোংলেন্না—
"মিং চুম্থোকনহৌরসে" হায়না নিংথৌ কৌরকই।
নিংথৌনা—"ঐদি ঙম্মোই, নিংঙোন পোকপা মপাগা"
সনা য়াথং থুম্মকই। "ফরে ফরে অহৃদি"

হায়না থোংলেন কৌরকই—"ইসেন্ যুবরাজবু।
নমাক্কী অত-ভায়নি, ইসেন ইবাই ঐখোইবু,
য়েক্লবা মলোম কোক্লরসে।—ইবাই মন্ত্রিবু
কোক্লরসি" হেক খুমই। কিবোই থংবোই যুবরাজ।
"কেগে থংদবা থংঙো মোইরাং ভাদ-তাহৌরো
ঐখোই মলোম কোক্লরে" হায়না থোংলেন লাওথরে।
থোংলেন চুম্না লাওথিদে সিদ্ধ ইরোইনরবা
থোক্ষম 'মগা লোইননা থোইরেন-তাক্তা লাওথরে।।
মুরা অহুম তারকই—মুংশাথিব মাকোংনা
মরোন ইশেং শেংঙমদে। "করিনো লাওনথরে
লাই নিংউ" হায়তুনা লাই-দা পংনিং নিংনখ্রে।
সোমদা থোংলেন, খম্ববু হুইগোইশিং—এংলোই-নাক্লে।
ময়াদা শায়বা পান্ন চিন্না ফংনা ইনথরে,
থাংনা তানা চংদবা কৈপী হু-মু কাত্রবা
মন্ত্রগদি লোইননা।। "পারি ইবুংঙো চঙেঙা!
তারোন-তা-দো থনম্মো! হাকথং তা-তা মপায়রো—
করি কান্নগবনো।" হায়রে। থুমন মচাদো
হাকথংতা-দা পায়তুনা পুরেম্বগী খুংসু-তা,
পন্নুং চংখ্রে থম্বদো। থোংলেন তম্না লাওরকই—
"হান্দক থম্বা চংবদা কনা 'মতা চংগমু,
তাবাংবনি হায়তুনা।" সুম্না তৌনা থিংলকই।
ময়ুংদা লৌথাই অম্না চংখ্রবদা খম্বনা।
চাওবা ফীরান হাইতুনা ফৈরোইজাম্বা মচাদা

চঙেঙা হায়না তাক্লকই। ফৈরোইজাম্বা চংলক্লে।
থোংলেন্না উরে—"হাই হাই! লমাই মচা কনানো?
খুমন ইচা থম্বগী মনা য়েন্নগে হায়না
চংইবরা থোরকউ।" হায়না থোংলেন লাওরকই।
মুবনা—"ওম্নম্বশিং তুক থোক্লগদি ওসি,
লগাইদগীনে থোক-হেক ইম্বরমগদবনি।—
করি মুবা!—ইবুংঙো! নমাক ইবুংঙো।" হায়।
"হো ফৈরোইজাম্বা!—ইমান ইবুংঙো! ঐদি
চংজনিংবা নৎচদে! হোরেন খুমন মচেম্না
'কনা লৈজদববু ইন্‌বিদবোইরেদকো'
হায়না থন্‌থিগবরা- কনাগুম্বা অমনা
তম্মু থোৎলুরগদি মুজা পুক্লিং মুংশিনি
'কুম্মৈ য়েংনা লৈবোইরে' হায়থিগনি হায়বগী
নমোম মমায় য়েংবগী চংজবনি নমাই ঐ।
ইমান করি নৎতবা থনবিবগে ঐহাকপু!
হৌজিক মক্তি চংথিরোই। অসোই-অভাম লাকপদা
চংজগনি নমাক্লা।" হায়, ফৈরোইজাম্বনা॥
মমাক্কী রা তাবদা থোংলেন পুমপেন পেন্‌থিথি,
খুমন চনু লাইরবী মাবু কাওরমদবহু
মন্ত্রি মানা উবদা। থোংলেন্না—"চুমই চুমই
ইবুংঙো অহুমকপু, অঙোম হায়বা নহোয়-সি
মক্তবু কিদি কিদে থরদি মখোইই।" হায়॥
চাওবনা—"তানিংদে-হাই! ছিঃ ছিঃ অঙোম লৈবোইনা।"

সুম্মা হায়নৈ মুংঙাইনৈ। খুমন লমজা খম্বনা
তাম্মরক্লে পাম্বদো। হৌ হৌ হৌ। হায়না চেল্লি।
ইচা মীনৌ থোম্বাংনৈ, মতৌ অমা ওইরক্লে।
মুকথ্রবী নোংথাং-পাইগুমই, থোইরেন মশা খপ্প—
মতম গুম্মা তাম্লরে। পাম্ব-মানা খম্ববু
হম্মা হম্মা য়েংওকই "বৈষ্ণব নংদি লাক্লবোই"
হায়না কৌ কৌহুনা চেল্লি। লৈপাক পূম্বা উরে॥
"হাইমাই পেমা চাওরেদা, খুজিন সিনা শাংইবা,
মথা সিনা পাকইবা," ভাংনরকই লৈপাক্লা॥
তাংথক-লৈতে খম্বদো তাম্লরকই কৈ-হুবু॥
লৌ-সওম্ অমগী লমদা মঙাইরক্লবদা
চপ-লেপই ঙ্রুং-ঙ্রুং ঙংই, পাম্বা চোংসিন-গদৌবা
মভৌমক হেক মাহুলল্লি। "ইপা মচা নোংথাইগে"
হায়না খম্বা লৈপাক্কা, দম্-হেক ফুবগা, তাজিল
হাইগৎলকপগা কৈদো চেনখ্রে অমুক হন্দুনা॥
পাম্বা মানা চেনবসি কৈগী মতুং ইন্দরে।
কোইনা কোইনা খম্বনা থৎলক্লে পাম্বা মাংদা॥
কৈনা য়ানা শাং-মথৈ চেল্লি খম্বনা তপ্না
লম্বী শম্মা হেক থৎলি। মমৈহুদা কৈ অদো—
সগাই মথোং কোয়হুনা চেল্লকই লৈনা লৈনা॥
খম্বা—চৎপ-চৎপদা মবাই ফৈরোইজাম্বসু
মসেন-মতুং ইল্লকই। লৈনা লৈনা তানবদা
ফৈরোইজাম্বনা মাংদা অমুক হেক তারকপম্বু

য়াওই স্নুম্মা তাম্নরি। নোংয়াই মবাই য়েংহুনা—
"ইবাই-ইবুংঙো মাংদা চেনবিগন্নু" হায়রকই।
কৈনা মাংদা থম্বগা মসেন মবাই অনিনা
ভুং থংনা তাম্নরকই। পন্ অসিনা চাওবদি
চিংনা কোয়বা লোক্তুংনি, তম্পাক মচা অমনি॥
থম্বনা কৈ তাম্নরকপা, কৈ ফংগদবসি,
পরি য়াংথৈদগীনা পরি নিফু মণ্ডাইরে,
নিকুদগী কুনথরা; কুম্থরাদগী কুম্নি,
কুনদগী তরা স্নুম্মা, তরাদগী মণ্ডাতা,
মণ্ডাদগী মরিতা, মরিদগী অহুম্নি,
অহুমদগী অনি-নি, অনিদগী অমদা,
অমদগী লৌরাকতা, লৌরাকতগী সংওমনি॥
মতম অসিদা কৈনা নিংথৌগী পম্মাং য়ৌরে॥
কৈনা—অসিরাইদা প্রান্-থারগে-হায়না নিংখ্রে।
পাম্বা ফুজিল্লকই কৈরোইজাম্বদি কৈ অতুগা
লৌরাক অমা লাপ্পরি। নিংথৌগী সগাই তমখ্রে॥
পাম্বা থুংচাও অনিনা সগাই রাচেং পায়থরে॥
কৈনা প্র প্রপ কাখৎলি। "মাংঙে করম্নো কৈসি
নিংথৌ তমখ্রে করম্নো! পারি ইবুংঙো! মাংঙে
লাইরেক্কন্নু শাজোবা!" হায়না মচা কৌহুনা
থোংলেন-চাওবা অনিদো হৌগৎখ্রে সগাই-থক্তা॥
ফুজিল্লহুনা থম্বা, কাখৎলিবা কৈহুগী
মমৈ পাক পায়হুনা চিংথবগদি, কৈ অহুনা

লৈমায় থক্তা ভাবনা, নোংথাংগুম্না থম্বনা;
থুংকা খোংগা শিন্নবা, পাম্বা মমৈ অছুম্ব
নোংম্নাই-খোংনা লেংপগা, কৈ মঙক্তা মখুংকা
লোইনতুনা লৈরকপা চিকে হায়না কৈ-তুনা
মতুংলোমদা চন্নকপা,—পাম্বা সপ্ত সোরাবা
কৈরেন খুংনা শোইরগা পাম্বা ম্না-না হৈরবা
পাম্বা ম্নানা শোইরগা কৈরেন খুংনা হৈরবা
চামা-লাকএ চামাগী অমা লাকএ অমগী
অহৌবদা পাম-নি নোংথাংদগী হেন্নদি
থুথরবা কৈতুনা থম্বা মানা হানথরে ॥—
থম্বা উমগে হায়তুনা কৈনা ময়া কাতুনা
সং-লৈশিল্লকপমক্তা নোংম্নাই খোংকম লৈ-দা-থিল্,
থুবম-চেং-নপ-সিন্দুনা কাথোরকপা মম্নাদা,—
থাংগ-খোকতি করাং-থোক, পম্বো মাগী মখুং-স্ম—
নোংম্নাই খুংস্ম-তা-তুনা থুম্না থিল্লে কৈ-অদো ॥
কৈগী মখুং অনিনা থুমন্ তাথোক—ভাপ-পান্ন।
মবাই ফুজিল্লতুনা মসেনগী-তা পাংথরে ॥
থেক্কৎলকপা পাম্বগী মঙক-শমদা মবাইগী
অথৌবদি তুইতুনা অকিবাইবা লৈতনা
চোংসিন্দুনা লাকউরে। ফৈরোইজাম্বা—ভাম্বোকই।
থাম্বী মানা চাক্লবা মমৈ কাক্লম্ কাক্লম্বা
কৈগী 'তুদা অমুক্তা লাকএ তুইদো ভাম্বোকই।
তুইতু কমতুনা লৈরে। মতম থর অসিদা

চিংশা নাপোম গুম্বা খুমন পাংগন চাওবা
মাগী তাগী চৈথানা পাম্বা লেপ্প য়াদরে।
কৈদো মমিং উয়রক্রে। খম্বনা—"ইবাইবু!
থাদোকও" হায়তুনা তা অনিমক থাদোক্লখরে।
কৈ থরাই থাক্রিডৈদা—পাম্বা মথোং মরিদা,
স্থপ্লাই-পায়সিল্লতুনা থাংগৎলকই খম্বনা।
মবুথৌ থাংজিং লাইদা কৈরেন অতু কৎখরে॥
কৈতু লৈপাক্তা খম্বা খম্বগা পাম্বা অদো
মথরাই অতুম থারে॥ মপা থোংলেন সগাইদৈ—
"কৈ চৎনা ফারে ইচাস্থ" হায়না মোইরাং লৈপাকপু
সেগাক তানা লাওখরে। মোইরাং নিংথৌশ্ম য়ারে।
ছুইরোই লম্বোং চৎলক্রে। পাম্বা তেংথা না-রাইরে।
উনা থাংবম্ থেৎখরে—ময়া কবাক থনখরে।
মমৈ ফীরান শানদি পুল্লে-পাম্বা অতুবু,
সগাই থক্তা হাপখরে। কৈরোইনা পুথোরক্রে।
শারাও-লা-লাওথোন লাওরে, কৈ থারে সনা মাংদা॥
নোংয়াই মসেন মবাইগা লোইনতুনদি—ময়ুম,
কেগে লৈপাক পুম্নমক লাওরে "জয়" ধনিবু॥
তেংগোন তকসিন থিতুনা পৈরে সনা মাংদদি।
লৈপাক মীয়াম অপুম্বা পাম্বা মাবু য়েংনখ্রে।
"মাংলম-চৎতা মপানা 'থোবা মহাক থক-তুদা
অমুক থোকখি অতুগা হান্দক মচা হাক্তক্তা
থোক্লবসি মঙাইরি মতুংদদি উররোই"
থাগৎনরে অম্ভুম্মা লমজা খম্বা মহাকপু॥

# ফুবালাগী কৈবাও পুরকপা হনুবা

থম্বনা কৈ হেক ফাবা মীয়াম চাইথ্রিথৈগিদা
ফুবালাদৈ অশোনবা অহন মতম ওইরবা,
অমা ফুগৎলকই "ঐ পাংগন শোল্লবা মীনি,
ময়াম সিগা হোরেন্দি থুদোং চারোই। অচৌবা
নিপা অমদি হোৎলে, কৈনা, শিবা তারেসে।
অচৌবা অমনা ফারে।" লাকই ত্তাংন-ত্তাংনা।
থোইরেনতাক-তনা থোংলেন-চাওবা অনি চংহুনা,
কামু-কাইথেং-উচুং-সোজুং য়ুবরা হায়রুনা,
নোংয়াই মাবু য়েংনরি। কৈরোইজাম্বা মমাকপু
মকু থোংলেন-মন্ত্রিনা – "মাকলৌরেল ও সেলুংবা!
ইমোম থম্বু কৌবিবু য়োনজহুনা নংত্তোন্দা
পিজবদি মতিক চাই।" থাগৎপিরে মুংত্তাইনৈ।
থোংলেন-চাওবা-সনাংনে তিল্লে মথোই অপুম্বা।
পাম্না-তপ্তাই ইন্নরি; উনৃবী কচক্ হৌহুনা
থোংলেনবনা—"ইবুংত্তো! ইমোম থম্বু কৌবিনে
নুরাশিংদি থরবু ফুবালাগী লোকোক্তা
পাম্বা কৈবাও তারি-হায়। রারম্নগনি নং তুক্
লাংগোই অমা তোংথো কৈবাও অসি হায়রিক"
হায়না মমাক ইবুংত্তো কৈরোইজাম্বদা থৌদায়।
মকুই রাসি তাবদা কৈরোইজাম্বদো ফিংই,—

অতুক অঙল ওইরবা চহি মশিং থংরবা।
খোক্ষম অহু লিবনা পাইজ ময়া তারবা
থোংজেন কৌবা মকুন্না খোজেন খোন থোক অহুম্
ওসি মিকুপ সিদদি কেরোজাদ্রই মনাদা—
বসন্তগী মপাওদা পুজরবা কোকিলগী
মতা সুবা খোম্থাংদে হেন্না নোংনা খোকথরে॥
কৈরোইজাম্বা হৈনিংদে অহন য়াথং ওইবগী
ইন্দ্র-য়াদ-ইন্নবগুম—লাংগোই থৌরাং তৌথরে॥
অসোয়দদি ইবেম্মা নিংথৌ মচা থোইবীদো,
লোংবোন মান তুখিবা—পাম্বা অমুক কায়কপা,
য়া য়া-লাওবা অসিদা—"করি ওইররিগবা"
হায়বা সিগী শন্‌বদা য়াথিবনা চোংইবা,
তেন্না মকোন ওইহনা পুময়াং য়াংনা লৈরকই।
নোংয়াই শকথংঙৈদগী লোইন-রকপা অপূম্বা
মথং মথং নিংশিঙেঙ—মায়থোং থাজ মানবীদো
পিনা কংবা লৈরকতে। চিন্দি থোক্তে থোইবীদো
খুমন মাবু কৌরকই—"মাঙেওদকো ইবুংঙো!
ওসি কৌবা হুমিংতা পাম্ব-মথুবাকুদা
য়াইবী মাংবা থোক্লদি ননাও করি ওইগনি।
থংনক্কুরমন্নবদি ননাও য়ারোইদনিকো!
ননাও করি থজনা পম্বৌ লৈরাং লৈকোন-থুং
ইদোম শাংচয়মবগী কোয়ৌ মৈশা থাহনা
ইদোম কেক্কয়ম্মদি নম্মু য়ারোইদবনি।

পাথং ওইরা নহাকম্থু থংলেন কল্লা বারবা ॥
নুরা ইন্নুংলাংলিমি লাইবী মাংগলোবমা
মাঙ্গ কয়া ওইরবা ! ইপাই মাজোন লাংহুনা
ননাও করি থংদানা লৈজরবা সুমিংজো—
পাথং ওইবা নহাক্না লমজা শিন্নংথনিদি
খুমন-নংনা লাকপিদো— ননাও থমোই অকায়দা
চুজহোবা সুমিংনি, মঙ্দা খুনবা মনিঙ্গম
নিঙোন ইরল্ ওইজকই। লাইর-থাংপোক শংহুনা
মাঙ্গ ইরেন হনথরে ॥ পাথং নপাও থোন-ক্রবু
ননাও ভাথিত্রবদা চহি কয়া কয়ানি,
ননাও ঐনা ভাওরবা ॥ খুমন চহু নচেয়া
মোইরাং থোরি কৈথেন্দা নুরা মপা চাদানা
শিংজা য়োম্ন-লৈরম্মে। ননাও ঐনা নমূহুনা
নুরা ইতা শাম্নরে। নোংয়াই চহু নচেয়া
লংলা লংজিন ওইহুনা পাথং শকপু উজেদো
অমুক হয়া থোইবীনা, নিঙ্ঙোল-লাকপৈ কাংশংদা ॥
কেগে লোক্তাক লমদমদা সরি নাম্মুং শোম্নজে ॥
মোইরাং কাংজৈবুংহুদা লৈপাক বাকোং শকপিরে।
পাবুং পানা পাম্নোম-ওই, মাঙ্গ চোংথোকপিরনি।
নোংয়াই মতম নংতানা কাক্লে লাংডে মোইরাংদা।
থাংজিং লাইগী সুমাংদা থংলেন নাক্তা চংহুনা
জগোই শাজে ননাওনা। অপু মোইরাং মিংথৌনে
ঐবু পোকপা ইপানে—লাইদা লৈরোং কৎপঙ্গম

থরাই থক্তা লৈহাপ্লে, পিনবনি ননাওবু
মাঙ্গ নংগী কা-হুদা ।। ননাও ইস্নুং লাংগীদি
কাক্তা লমজেন চেনবনি। মুক্না যাত্রা থারেদো।
অহুদস্থু পিবনি। থংলেন কাদা অহু কাও
ননাও য়াইথুংজদরে। ইকোপপুংদা কাও কারে
লাইমল্-লাংদা তেমশিঙে ননাও ইস্নুং লাংগিদি,
য়াইবী থুবাক হাপ্পুনা ।। পিনবিরে হুদস্থু
মাঙ্গ নংগী কাদদি থুংখিদরে ইবুংঙো ।।
উকাই ফালেন কাপ্পদি থংলেন য়াইবী মাংফবা
থুমন নংগী দোশানি। হৈজিং পুরে, হুদগী—
তোর্ব্বুং শাদানবহুদি থংলেন করি হায়সিগে,
অচৌবদি লাংফমনি—ননাও ইস্নুং লাংগিনি ।।
মোইরাং খোরি কৈথেল্দা ইস্নুং মমৈ ওইবদা
শামু খোংদা য়েংপবু য়াইবী মাংউবহুবু,
কনাই মস্নুং লাংগীনো—ননাও ঐগী দমকনি।
থুমন নংগী কাহুদা লাল্লুবগী ইপাবু
কৈস্নুম সংদা থম্বদা শাওরহুনা ইপানা
ননাও ঐবু থাবিরে—কবো লোইদা চংহল্লে।
খোয়ুম মাগী নোংদমদি সেম্বি লোইদৈ লাকচরে।
থংলেন নংগী কাহুদা থুংলগরা নিংববু,
অঙোম মচা ফংতবা পাপী নোংবান মহাক্না
পায়মা থাবা ইপাগা অনিমক্না য়েংলেদো ।।
মাঙ্গ কাদা ননাওবু থুঙঙরোইক্ত্রা ইবুঙো।

লৈপাক ৱায়েন তৌবদা তাইবং-মীনা ভমদরে
ননাও ঐগী বিচার অরোইবদি হৌজিক্তি
খোয়ুম মখুবাক-তুদা লৈখরেদো লোইনবা ॥"
ৱাখল অসি তৌবদা থোইবী পুমডাও ভাওথরে।
নুরা মাগী ৱাখনদো স্বর্গ পাতাল অনিদা
মিকুপ অমৈ মনুংদা চামরক হুন্না কোয়রে।
সোরি খুৎতা পায়দুনা ৱাখন সুন্দা লৈরকই।
মুরা মনিং-খম্নুনা চিংগুম লুন্না থাম্মকই,—
"হাখিগম্বু ইবেম্মা পাম্বা কৈবাও তারগা
শিরে নত্তে নথস্তা শিগদনি খম্নুসু,
নিংহৈদেদো থনখিম্বু" হায়না থোইবী মহাকপু ॥
সুম্না ৱানা লৈরিঙৈ ফুবালাগী লৌকোক্তি
নুরা শিংনা লৈরিবা লমদম তুদা হন্নুবা,
ফুবালাগী নিপাদো ফোং-লাওনা ফক ফাওরক্লে।
নুরা অহুম্না উরে মজাই বেম্মা থোইবীনা—
"ইনম্মা।—ইবেম্মা।—হংসিদো হন্নুব-সিদা।—
হংসি মজা ইবেম্মা।" হায়নৈ। নুরা থোইবীনা—
হা ইপু।—কনানো হায়। লৈপাক নিংথৌ কুম্মৈনা।
শাগী লানগী মতমদা করিদোরি অদুদা
সিনা ভাক্তি মোইরাংসে লৈপাক ৱাথোক ওইরিবা
কুমথি কুমগাংভিবনে কনা কনাই মচানো?
হায়বিরক্লে চৈরক্লে। নুরা মসুং লাংবীদি
মোইরাং ৱাথোক ওইবনে হন্নুববু শাওজদে,

নূরা মখোম ইকাইরে। বিধি-মাবু নিংশিংই।
মজাইবেম্মা থোইবীনা—"হা ইপু শাওখিথিগনো।
ঐথোইনিনে ইপু-ও। পেরুক পেদায় থিজবা
লাইয়' মচা ওইবগী চাদ-য়াদবদগী
লাকুবনি ঐথোইসে। কৈবু কনা ফাবগে ?—
চাওয়ে-কৈদো ?— অহুবু কনানবু ফাবগে ?—
চাওখরেদা ইচু-শা অমা কৈনা শোকহৌরে,
অমনা মুক-কাহৌরে।" হায়, হনুবা চংখরে।
মতম অসি ফাওবসি মজাইবেম্মা থোইবীগী
মখুং পায়না-থংবসি থাদোকতরি থম্মূমা॥
থোইবীনা—"ইনম্মা। পাওদম অসি মুংঙাইতে,
থাদোকপিয়ু অমুক্তা।— করিগীনো ইবেম্মা ?—
হনুবসি থাম্মুগে।"— হায়রহুনা থোইবীনা
প্রপ্রেপ চেনসিনথিহুনা মতুংলোমদৈ তাল্লকপা
নূরা থোইবী মখুংনা অহন হুগী লুশমদা
তাপ-পায়বদা অহন্দো শোল্লবদি ওইবনা
থুরু থুদক কুনথরে তুথোকথরে অহন্দো॥
অহন্দুনা থংথিবা হায়নিংঙাইদি লৈথিত্রে।
নোংবান কৈনা শোকথিবা থুমন মানা পাম্ববু
তাল্লথিবা, ফানবা, মজৌ অহু উরকপা,
হুগী মিহুন অহুনে—অথংবগা লোয়ননা—
"সোনোগী মচা কনানো হাই ?—ঐনি ইপু।—
ঐ-য়াইব-দে ?—ঐনিনে, কৈ কনানা ফাবগে ?—

নংদি কৈদৌনগেগে ?—থংনিংঙদনা—ইপু ।—
খুমন্-ইবুংঙো খম্বা অঙাং সিজ মরানা,
কারে কৈদো, নোংবান্দি পাম্বা কৈথা থাথরে,
নোংবান শোকলে হাই অতো—ধর্ম্ম হায়বসে লৈ-হাই ।—
শোইত্রবরা ইপু ?  কারে ।—ইপু পাম্না চাও-সে"
হায়না মজাইবেম্মনা পাম্না খুদপ পিরুরে ।
"ইবেম্মা ইপুদিনে শোইত্রবদি ঙমদরে ।—
তুদি ইপু শোইগেকো ।"  হায়না শোইরে পাম্নাদো
থোইবী সনা খুৎ-মক্লা ।  পিজরে ।  "বারোৌগম্বু
নুংঙাইরে, ইপু ! সেসে কৈবাও-পুবিরক-পৈনি"
হায়না সনা খুৎমক্লা অহনবা পোনদেন অমা,
অহন তুগী মথ্‌ংদা ইরেন পুনশিনবিরে ।।
"নিংথম কৈজুপ ওইয়ুকো নুংঙাইরে ইপু চৎলো"—
হায়রে থোইবীনা ।  অমুক—"ইপু ঐবুদি, ম্বেঙেঙা ।
ইপুদি থংবরা ?—নংবু কনানা থংউনি ।—
ঐনে থোইবী হায়বিদো, ইপু মমিং ঙাদরা ?—
হীঃ ননাই ইপুদি থংউদরেনা ইবেম্মা !"
হায়না ইবেম্মবু খুরুম্মে ।  "ইবেম্মা বারোৌম্বু,
অপরাধ ভোবিম্নু !  ইপু লোইশং কাদরে,
অহল ওইরে হায়চুনা ইথৌ কোকপিরে থ্‌াইনা ।
লৈপাক মীরক তিন্দরে—কোরৌ খক্তা খোক্লবা
থাজগুম্বী ইবেম্মা !  নূরা নংগী শক-তুবু
থংউদরে—অসিনা ।  তোম্নবনি ইপুদি ;

ফুংভাই-য়াইবী মরাং-কাই, থুমন নাক্তা রাইথংউ
ইপুই পুন্সি ফংহুনা নপু ননাই পাম্লুকো।
ইপু বোর পিগেকো।।" হায়রে অহল অহুনা
থরাই মঙা য়াওনমক বোর পিরে থোইবীবু।।
পাম্না মতপ অনি 'মা অমুক সোইরে থাদোইনা
মতপ অমা ইনবীরে মতপ অমা লমথাদো
'ইপু চাথো' হায়হুনা কিশিনবিরে ফিজিদা।
হান্না মানা য়েংলকপা খুদৈ অহু লৌথোক্লে।
হৈনম্ লৈনম্ চুরবা সনা খুংনা পায়রকপা
খুদৈ অমা য়েংপিরে। ফুবালাগী অহন্দো
মম্লুম লোমদা চংথরে। থর চংলি অহন্দো
হম্না হেক হেক ময়েংই। হম্না য়েংব মক্তদা
মঙক অহু পৈদোরে। "করি মনিং-থিজনো
নিংথৌ মচা ইবেম্মা, মাসিনা ফজবসি
মাংলম চংত্তা উথিন্ত্রি ফজৈ ফজৈ নিংথিজে।"
অহল অদো মতোমদা মুরুম্ মুরুম্ হেক-শোল্লি।
মপাম্বোম্ হেক্ তিংথোকই মতোমদা য়েংই ভাংই—
"নহা ওইরিবৈশিং তুক থোক্-অম্মৈদি ঐথোইস্তু,
লাইবক য়েংগনি-হাই। থেংনবা য়াইনা কৈনো।"
সুম্না থনথি অহন্দো। মতম কুইনা কংলবা
উক্রোং উরাং ওইব দৈ বসন্তনা লাকপদা
পামেন এননিং চোংবগুম অহন রাথন পোকচথি।।
"ঙসিদি ঐগী গুপী হনুবীদো থোইবী মুক

হেক-ফজত্রি ফাওবদি য়ৈংগে লৈরমথিসনু"
খন্না খন্না লাকপনা ময়ুম কোন্থোং য়ৌরক্লে।
থোংগান্দগী— "হো নুপী! হনুবী নং ঙসিদি
লৈরম্মুদো থংগানি।" হায়না ভোম্বনা লাওরকই॥
চাক থোংলমবা হনুবী ভারে মাংগোন থোরকই।
হনুবীতুনা লেপ্লা মাংগোন দারি অতুদা,
উরে হনুবতুনা—মানা নিংঙকপ-তুগা,
মজাইবেম্মা থোইবীগা, হনুবীগা য়েংবদা,
অহন মতম ওইরবী লাইররবী ওইবগী
পোমক্রী হাওদি শেৎপনে চাথুমদৈগা থোরক্লে,
হনুবগী মমিৎতা শক-তু খর থেনরে॥
"হায়রিডৈ মক্তা তোরে" হায়না অহল অতুনা
চৈস্থু থাংগৎলতুনা চেনসিল্লক্লে কোন্থোংদৈ।
মতম কুইনা মহাক্কী মনাই ওইজরকলবী
নুপী অহল অদো ঙসি ঙমিৎ অসিদি
করিগুম্বা অমতং তোরে হায়বা হনুবী
থংডে উরে তশেংনা। হোরেন মপাম-বোম অদো,
কোক হাইগৎচত্লনা ভাকপা ভমজৌত্রবদি
মকোক কাইনি হায়তুনা হাইগৎলকপা থোংগান্দা
চৈতু, হনুবী তুনা ভাকপা হোরে মাংগোন্দা॥
অমনা চৈ হাইগৎলে অমা' মখুৎ থাংগৎলে,
হনুবা হনুবী 'নি মাংগোন-তুদা লৈনরে॥
হনুবাতুনা হায়—"নিংবরা নং?—নিংতুনবু,

নমাই ঙাইরিমল'-ঐ ।— ভং। অহল-ওইরক্লবা
মতম সিদা করম্না ভংনগনি হন্নুবা ।—
ফজগে হায়ু নহাই ? হায়ু থিল্লে হায়ুনে ?—
ফজরগে ।— নৈম সিজন্নী পান্নদি খুদোল্,
খুদল ফংবা হায়ু-হাই ।" তুস্থ হন্নবীহুনা,
হায়ু হায়ু হায়রিবা হন্নুবগী য়াথংদো,
লোইনা পুম্‌-ইন ইজরে । সুম্না নৈন নৈমনা
হন্নবীদো ইমুংদ' চাখুম্ন লোমদা চংলকই ।।
হন্নবাহুস্থ চংখ্রে । তেংকোং নৈজদবগী
চাকখুম্ নৈমায় 'কুংপদা থাংগরা থাজহুনা
ইনশাং হৈদোকচরমই হন্নবদো মাহুদা
লুথম য়ৈনা নাম্বু্‌রে । ইনসাংস্থু পান্ থোংডমই
মূর্ত্তি থিরে অহন্দো মঙৌ ময়া কাথরে ।
হন্নবা ভিংদম শিরে—মুজা ডমদাই ওইবীনা
থংলেন নাক্তা ফমথরে—লরাই কোইরেন থক্তুদা
লাইজ চাইজরহুনা হোংলথরে মদোমদা ।।
নিংথৌ মজা ইবেম্মা থাদোই মাগী মডাম্না
কেগে নৈকু নৈরাই-ওই, সুকুম মম্বা মফম-কাও,
নূরা মঙান চংথরে- অহন দোশা ওইরকই ।।
সোমদা সুম্না য়ানরি অমরোমদা—কোনা—
চুদাই হেনবা লাংগোইবু, ফৈরোইজাম্বা তোংহুনা,
মুজা থম্ব লাইরবী নূমা-ঙাইবা মরম্‌দম্,
ফুবালাগী লৌকোক-লোম থোইরেন-তাকডগী লাকই,

মহু নিংখৌ খম্বনা পাম্বা ফারে হায়বগী
কৈবাও হনগে হায়রুনা খোংলেন চাওবৈ য়াখং-পু ।।
কোয়ৌ মৈনা শারবা ইখৌয়াংবা জীবনা
ফংখিত্রবা লাইজবু ফংলবদা মথুংতা,
থল্লপনি হায়বদি উরবদা য়মিংতা,
থক্তি্রু ভৈগী পুক্রিংগুম্ খুরা অহুম অতুদি,
হন্নবগী পাওদগী ডংথাই অমা ইংঙম্মে।
অহল অদো খোইবীবু মশক খংদবত্রুদা,
খম্বা নোংবান অনিবু ওন্নবরা হায়বগী,
য়ারত্তদা ভাইরম্মে। অশেংবদি খংনিংনো,
লৈজরমই অহুমদো ।। কৈরোইজাম্বা লাকপসি
থাদোই মানা উরকই—"ইনম্মা ইবেম্মা আদা
লাংগোই তোংবা অমথক লাকইবসি কনানো ?—
খংদে 'বেম্মা কনানো ?" হায়নরকই অহুম্মা।
হায়নরিভে অসিদা মবাই কৈরোইজাম্বা-দো,
চৎনা চৎনা থল্লকই—"ঐনা মুপী অমবু,
উজরকতরি 'মিংতা। হৌজিক্তি ইসেম-'বুংঙো,
ঈমান খোইনা নিংবদো খুংবা য়ারে ইবেম্মা ।।"
শুম্মা থল্লকপসিদা চায়নমক ইশৈ-হু
মশকলগে হায়বস্থ খোইনা কম্মা থম্লুদে
শকতোকথরে—"কেগে চেংগৈ পাং-তুগী
অয়াং ভাঙৌ থা-থংবা, মায়কৈ সিগী সুংদায়দা
সুংদায় পাকন-লম্মদমদি, ইংখোন্ চাওরোই তারিবা,

ইমান-'বুংঙো পুরেম্বা ; পুরেন-পুখ্রি লাইজ-থক্,
ইংনা লৈরাং শাৎচবি। ইমান-দি ভাঞ্চরৈমা
য়ুরেন-তোম্পোকপি 'বেম্মা, মাগী লোইদাম্-গর্ভ-মুং
থাক্লৌ ফীয়ান্-কম্, খোয়জী থাগা মিহুন-কম্,
লৈরাং ভাংজ ইহুন-তম্বা লৈ। শিঙেন নংনদি,
নহু নিংথৌ য়োকপদা লৈরাং ভাংজেংনরবী।
ঙসি নহু নিংথৌদো লাবা পাংগন চাওরেদো।
য়োকচ-মন্দো ফংঙনি ; লৈরাং লৈকা কনজবা
শিঙেন ননিং তৌজবা, নঙান থোকপা মতমবু
লৈরাং নংগী ওইরেদো। সুম্বা মতম অসিদা
অঙোম চিংদা তোংবা-খোই লৈরাং পাম্বা ঐসিনা
লৈরাং নংবু ফুকুনা পম্লৌ পরিকোর-দা
থাজগেদি নিংঙকপা লোইদাম কুইরে ইবেম্মা।
ঙসিদগী হয়েংবু ইমুং অসি তৈরগা
কেগে উন্‌গুম্ ইংগনি। মোইরাং য়াথোকপু লোইরে।
চিংখু-য়াংগোন পুখ্রিদা শাৎচরবী লৈরাংদো
খুমন ইংথোন-মুংহুদা লৈরাং হোংজিল্লগনি
ইমুং থাংমৈ নদৌগুম ভাল্লগনি খুমন্দা।।
থাংমৈ মৈরি য়েৎলম্বা তমখিরবা মালংবা,
থিংখ্রে ঙসি মথোংবু। সেল্লৌরেল-খম্বা মাম্বু
ইমান্-ইবুংঙোগী মোংবা-মরান-য়াই ভাল্লনি,
অনিম্বুবা কামগুম্না তাইবং মিসৌ চংঙরোই।।
পু-য়াংকোকুম ওন্-থোইনা, পাল্লগনি—লৈরাং-ও

তরেং শেম্ম শেংবগুম শেংলগনি হান্দক্তি ॥
পিক্ত উম্লেন নংলবী নংবু অঙোম শাগৈদা
শাংলগদৌ কোয়ৌবু কয়া নিদি ম্নাংলিবা,
হাবু বিধি নোংদম্বা ॥" হায়না ফৈরোইজাম্বনা
পাথং মদোম শকতোকখ্রে। নুরাশিংনা শক-থঙেও।
থাজ মায়থোং শিংদুদা নোংদোন লৈচিন থাওওম্বা,
ফৈরোইজাম্বা মপাওথোন মালংবনা হুমদোকখ্রে ॥
থাদোই মানা—"ইনম্মা। তাদৈ 'বুংঙো সেলুংবা
নংতরনে অসিবো। ঐথোই সিদা লৈ হায়বা
থংবা তারে তাদ-না ভাবম্মু মুংঙাইনা-উই।
কুম্মৈ তোসি লোংলুদো ?— ইনম্মা লোংলু হায়নি
কৈ কান্নগবনোদা ইকাইজৈদা !—কৈদোগে,
হেরা 'নমা লোংলু-আইনি ?—করি ম্নানো ইবেম্মা !
ইকোক কোকপা অসিদা কদায়-লোংলুদগেনে ?—
লোংপদা লোংপিয়ুবা, উপ্রাকননা হিপ্লিয়ু।"
হায়রে মচাই 'বেম্মনা। নুরা থমু কোবিনা
লম্-মরি মঙা রোমদং হন্দোকতুনা লোকোক্কী
লবুক লৈরী' লম্-মেংবী, নুরা পাংথক্ ওইনদি
মুংশিরবী লৈরাংনা পুক্কিং হুনা শাংলিবা
মালেম লৈদা শিন্দুনা, অতুই মথক অদুদা
হিপ্লে থমু উপ্রাক্লা। লাংঙ্রা ফীবুম অমনা
থোইবী হবেন কুপসিল্লে। মুরা অহুম লৈবসি
ফৈরোইজাম্বা অতুদি আদগীনা উরক্লে।

কৈরোইজাম্বা"লপোন্দো থৌজিল্লকই অদোম্দা ॥
থোইবীনা—"হো তাদ কৈবু, কদা ফাম্ববগে ?—
ইবেম্মা ! মাচু লাইরি ।—করি নিনা শুরি'-দে ?—
হৌজিক্তা অসি ম্রাইদা নূরা অহুম স্তুরমই ।
অমদি ?—হাইম্না ঐথোক্ত অনিদনিনে তাদ !—
কোক অহুম উখিদা ?— হোয়—চুমই তাদা সেলুংবা,
হৌইনে লৈশাবী গিদি-অথাম্লদৈ য়েঙওগা
মকোক লোংনা উবনি ।— আদৈ সিদি করিনো ?—
ঐনা কৌ থমজবনি !— কৈনো ফীসি শাংইদা !—
ঐনা হনাথবহুদা শাংনা তাক-খিবনি ।—
মী মাল্লিদা মসিবো ।" মতাং অসি য়োবদা
থম্নুনা খল্লি— "ওসি হাইদোক্নুনা য়েংঙদি
চোম্লরনি শোইদেকো" নিংউবদগী থম্নুদো
খজিকতংদা লেংউরে । মবাই কৈরোইজাম্বনা—
"বেম্মা ফীসি লেংইনা ।—লেংজসনু করিনো !
লেংদবদে ফীবুদে হুংশিংননি কৈদোগে !—
হাংদোক্কেদো অহুদে ?—অমাংবা ফীনি তাদ !—
কম্নিদগী মাংইবা ? – য়োং সেন্নু অঙাওবীসে,
মমিৎ ওনজখিদরে, ঐথোইনা স্নুম্ লাকপদা
ঙাংখলম্বাইদা চাইথ-শং 'মদা তাক্লরেনে সে,
অমুক তোইনা লোইরবনি শোকউবকা য়াম্রে ।
শোক্লে ঐস্ব কৈ 'শিবা, মাংজে, চৈনা কোংথোক্কে ।
য়েংগে শোকপা য়াগনি ।" কৈরোইজাম্বে বা সিদা

থুম্ফম লৈত্রে থোইবীদো "পেৎ-কাক্তুনা থিরবু
ইনম্মনিবে কৈদোম্মিগেদো। ইনম্মা সে,
হোৌগৎলু মৈহক্লোলাও।—করি হানে ইবেম্মা।
ঐনা মৈগে হায়বরা ?—" ফৈরোইজাম্বা শাওলিবৈ।
"ইনম্মা হোৌগৎলু" হায়বদা থমু হোৌগৎলে।
মোমোন-মোমোন্-নোক্তুনা মাত্থু উবদা মবাই
নোকই ফৈরোইজাখসু থোয়রুম্ তৌই থমু্দা॥
ডাংবদি থোইবী রোমদা মিৎতি থমু্দা থমই।
ফৈরোইজাম্বা মবাইদো—অনি নোক্নখিবসি
উরকপদা থোইবীনে সেমু কোবী মনাইনে
মুরা অনি মমিৎতা চেল্লি পিশী ইরাবু॥
"লোৎ-লাকতুনা তৌববু করিগীনো ?—লোৎচদে
কোক-ডাওতুনা হিপ্পনি" গায়নৈ, অনি অম্মুম্মা॥
থোইবী সেমু অনিদি হাথন অমা রোমদদি,
লৈরুতুনা ডাহৌত্রে, চৎখ্রে নাসোর ওইনা॥
ফৈরোইজাম্বনা য়েংথোরকপদা ইবেম্মবু
মিৎতা পিবু ডাবদো উরে মুংশা থিরুরে,
শাওরবোইনা থঞ্জকই। থাদোই মাপ্পি ফৈথোকই—
থোইবীনা "ডাদ ওসি কৈবু কমদোরবগে ?—
কমদোবা হায়বা লৈতে পাম্বা ফারে সনাহল।—
করম হায়না ফাবগে ?— ডারতুনা থিন্দুনা
ফাবনিদনা 'বেম্মা!— ডাদ উবিবরনে ?—
করিনো উবাইবো, ডাবাংইবনি ঐনা॥—

য়েংনিংইদা অতুদে। নসেন্না পাম্বা ফাবা,
তাদ-মুক্তা তম্বিয়ুবা ?—ইকাইদা ইবেম্মা।—
কনাবু ইকাইবগেনে ?— ননম্মা ইকাইনে।—
সেম্ব ফী থঙ্জিল্লু হাই, ইনম্মাবু।" হায়দুনা
ফী থঙ্জিল্লে। থোইবীগী, সনা ময়ুং কারবা,
লুপা মফেল ওইরবা, ইন্নফীদু, থোইবীনা,
কুপসিন্নরে চয়োৎকী হাবুং অমদা, শিংনাং
থর শাংবা অমথক্ পিরে ফৈরোইজাম্বদা॥
"তাদ! সিনা তা ওইয়ু থিনবিয়ু ফী অসিদা,
নচন-ম্নেংজগেকে" হায়। ফৈরোইজাম্বা শিংনাঙদো
পায়রে চরৈ তাথৎলে। - "পুরেম্বগী মস্থদে,
পুরেম্বগী মস্থদে, পলেম-ভাক্সৈরেমগী
মপারিদে নহাদে! থুমন্ চন্থ থয়্নগী,
মৌপুন্নাদে থম্বদে, ফৈরোইজাম্বৈ মসেন্দে,
থোংলেন-মন্ত্রি মচাদে— নোংথোম্বগী-মমাক্কে,
সলাং মাইবৈ মপারি, কেগে মোইরাং নিংথোগী
মদাই-রেমদে থম্বদে, যুবরাজৈ পানাদে,
লৈরাং মকুম নগ্তানা ক্বাক্লে-মেলৈ লাংবদে,
লম্‌দম্‌দানা লম-থোইবা এন্দম্‌দানা থাবদে,
ইকোপ-পুংদা ভেম্-শিংবা লাইসা-লাংদা খোশাবা,
ভাংবা-শনবু-ফাবদে, থাংমায় কৈথেন মচিদা
নিপা কুম্থ্া থেংনবা, মায়-ওন্দবা নহাদে,
কেগে খোরি কৈথেন্দা তম্‌বা নিফু মভাগা

লান থেংনবা মতমদা তাঙজ্ঞ লৈরক্লবদে
য়াইশ-থোংদা পুন্দুনা কথেন-সোম্ম কারন্-থা
চিংথ্রবদা হিংলকপা, মোইরাং ন্নাংগোন লাইজ থক
শাৎচরবী অঙোবী কবো তাবি মতৈদৈ
নহাদে লাঙ্গদবা খুমন্ মচা খম্বদে”—
হায়না ফৈরোইজাম্বনা চোংসিন্দুনা শিংনাঙ-না
খিন্দৎলুরে ফী অদো। থবৎ-ভংলে ফী অদো ॥
মুংঙাইমনখরত্নুনা মজাইবেম্মা থোইবীনা,
“হাহা য়ো” হায়ত্নুনা নোকই খুবাক খুরত্নুনা।
চরোৎ লাংনা অত্নুদা পুন্নিবদি সংগোন্দো
খংভে বৎ-খদৎত্নুনা চেন্থখরে থারোমদা ॥
থোইবী কৈস্নু থৌওইদে। খিনদৎলবা ফী অদো,
লৌশিল্লুরে অমুক্তা খুদোম্বীনা লৌশিল্লে,
অহোয়ননা সেগাইরে, হুকচিনবিরে ফী অদো,
খম্নুই মঙক-শম-ত্নুদা—“বিচার তৌননি য়াদে,
হুমাং সোই হায়ত্নুনা ফৌজরগা ফি অসে,
খিন্দৎপিরে তাদনা, ‘নম্মা য়ারোই শিংবিয়্ন।—
করিগীনো ইবেম্মা ?— করি হায়দি করিনো ?
তাদনা তৌবিবনি। নোপ্‌ানা তোরবদি
শিংগদনি ঐহাক্তা।— অত্নুবুদে। ইনম্মদি
অত্নুদি করি শিঙেওাই ?—হোয় শিংগনি ইবেম্মা।”
হায়না লৌরে চরৈদো। খম্নু মমায় লৈথোকখি।
ফিত্নু মারি শাজিল্লে। হান্নগীবু হেন্নদি

ইক-কনা পুন্সোকলে। থোইবী মানা "ইনম্মা
শিংবিরম্মু" হায়দুনা চৈরে অতু লৌরগা
"লৌজরো সেম্মু" হায়না পিথোকখরে সেম্মুদা ॥
ওগাক হরাওনরগা—"মনা পিবা য়াওক্নগে"
হায়না কৈরোইজাম্বদো হুনখ্রে থোইরেম্ভাক লোমদা ॥
থোইবীনা ইনম্মদি শারম্মু ঐ শাজগে,
"ইনম্মা লাই শাবিরো ; সেম্মু নং পেনা থোংউ"
হায়দুনা থোইবীনদি শিল্লে, খম্বু লৈপুংদা
ফম্‌হল্লে লাই শাহল্লে। পেনা লৈতে হায়দুনা
সেম্মুনা হুই থোংখরে। জগোই অসি হৌরক্লে।
সেম্মুনা হুই থোংডে, খম্বুনা লাই-শারে, ওসি
থোইবী' শাবা জগোইসি ভাবোক প্রকৃতিনি।
লাই হরাওবগী অমুক, খুমন-মপা থোংলেম্মা
জগোই তঙীরকপদা পুং য়াওই, পুংথোল অদো,
সেম্মু থোইবী অনিনা য়াংগোন পুখ্রি রোমদদি
থোরকপদা ইক্লবা, তারে জগোই পুংথোল্দো ॥
অনি হংনেরকপদা খঙ্গা মাবু থোংলেম্মা
জগোই ওম্বি হায়বসি তারে মতম অতুদা।
"ঐগা তায়রগনি জগোই ওরাইরগেদি"
হায়না নুরা মহাক্না ওরাইথিবা জগোইদো
ওসি শারে অমুক্না। ওসি জগোই অঙ্গিদি
খাঙজিং লাইগী খুমাংদো শাথিদবা জগোইনি
জগোই অসি ঊবদি, ঊথি সেম্মু মতোমদা,

লাইবক-কবী থম্ব্‌দো ওন্দি উরে জগোইসে।
স্বর্গ লাইরৈবাক-ত্তগী লাইগী জগোই লেপ্পুনা
থোইবী জগোই য়েংনখ্রে। খুমন মচা খম্বনা
পাম্বা ফাবা মতমদা কুমৈ য়েংবা লাই-য়াম্বা
থোইবী জগোই য়েংতুনা পল্লে অমুক লমথাংদো।
সুম্বা ডাহাক শারগা হনখ্রে সুবা অহুমদো।
মাংওইননা চংতুনা মোংবা মরান খাই-ছুন্দা
খম্বা হল্লকপগীদি লাংখ্রে অহুম অতুনা॥

---

# কৈগী মনা পিবা

খোইরেন তাক্কী লমদমদা প্রজা চোন্না তিনবদা,
য়েংতা চংপা থোংলেন্নি ওইদা মপা চাওবনি
খোইগী শাগল অনি-ওই। তুংদা চংপা মবাইনা
খোইমু মমৈ ওইহনা খোইরা ওইবা য়াইদা-থং,
চিংজাও খোইমু থম্বনি; মপা মবাই মকুনে
অহুম সিনা য়োমহনা চংলকপনা নিংথিবা
পান্দম লৈতে য়েংবদা। ওক-লেন তোমচং শাগুম,
লাংগোই সামু য়াপন্‌বা নোম্‌-নোম্‌-নোম্‌দি-লাকপদি
পেনবা লৈতে উবগী য়েংজবদা প্রজানা॥
সনা মাংদা চংলক্লে—খুমন অঙাং থম্বদো।
"মারোই-চিংগী খোইরাবা—তয়ুম থম্বা চংলকউ।
ইপু অনি ফজেদা, ফৈরোইজাখা সেলুংবা।—
তংত মুহি থ্যাংনোবা, খোইরা মানা তোবগুম্‌,
পুংথিন চুপ্পা খোই মানা লৈরাং কৈদা লৈবগে,
থিক্লবদৈ লুমদাংরাই শিভেন মকম থংহনা
খোইমু মানা লাকপগুম নিংথিজৈদা ইবুংঙো॥
ফমজরিবা ঐহাক্কী ইতিক চাদে সিমকপু,
লৈরাং থম্বান ওইজগে। অঙাং নংগী নগুম্না
মহেন্‌বনি চংঙকউ।" হায়না নিংথৌ কৌরকই॥
সনা মাংদা থম্বনা খুরুখুদক লৈদা কুল—

ননাই ঐদি লমজানি, ইপা হাক্তকতগীনা
পঙ্গৌ মাবু শেম্বিবা, শেম্বিরকপা মপুনি,
নাৱা ইহাক থক্তুস্থ শেম্থিরিবা মপুনি।
কৃপা বিন্দু অমতং ফংজনবা আশাদা
মপু সনা চোয়োন্দা চংজরকই ননাই ঐ।—
তম্মুম খম্বা নঙোন্দা পিনিংবগী ঙমথৈদো
থিবা ফংদে ইবুংঙো। অপিবন মৱাংপা
নংগী শুম্না মহেনবা থোক্লে থম্বা ঐঙোন্দা॥
তোল্লবা নিংথৌ ঐনা ৱারোগম্মু চংলকউ।
ইল্লকইবা নখোইস্থু ৱারোবিম্মু ঐহাকপু।
হোরেন বৈষ্ণব অসিনা মনিং থুংঙকত্রবদা
মেনবিম্মুকো থাই-তুনা। লা-না ৱাংলে, লৈনা-শিল;
লেনা ৱাংলে, লা-না শিল, শিনবিম্মুকো থাইসিনা।"
তাকপি সনা য়াংথংদো॥ সনাই-সনা ওইরবা
মপুই য়াথং তাবদা পি তানরে মিং মিংতা॥
"মীয়োক-মাচান ফজবা নিংথোরেন্দি" হায়তুনা
থমোই য়াথং অমৃত- থোইগী মশক ওইরবা
থকই ময়াম অসিনা। চুপচৈ মঙৌ অসুম্না॥
খুমন্ মানা খুমজরে- "কেগে নিংথৌ পুরিক্লাই,
কেগে-শিংথোং-লমগাহ-ঙম্বা-ইনিংথৌবু। ননাই
লমজা ওইরবনি সনা মনি মুক্তাগী
শুন্দি সারা থংজদে। সনা য়াথং অমৃত
থকচবনা ঐগীদি লমজা থমোই ইংজরে।

মাসিতগী লমলনি” খুমজৈ নোংমাই অশুমা ।
খোংলেন-চাওবা অতৈমগ্‌ খুমজৈ মমা লোইনবা ॥
“হুংডাইদা ‘চানবা মরিমক, সিমকপু ঐনা পিনিংবা
পিজগে থর-দংনি ;” হায়রবি মোইরাং নিংথৌনা ॥
সনা ময়াখং হেক ভাবা মতম অছু মকতদা
মকু মপা মমাই খম্বা নিপা মরি অসি
কীগাও মাজৈ ।—“ডসিগী কোরৌ সিদগী খম্বা—
নপা-পাখাং কংবা, নপু-পুরেপ, নমা-মাথাং
নবেন-পেমাং ইমা কংবা ওইজরোকো খম্বা ।
ডসিদগী হোৎনা, মোইরাং কমথোন মাপন-দো
সিমজগে মানিমু ।— পুম্রমবা, নোংথোনব-সু,
কমবোং হনবা, ডাডৌমাকপা, ওকচিমাকপা, হুপা
থাথ-হন্‌বা, লাইথ-মাকপা, চেংনৈ হনবা, ডাডৌ-
লাকপ, ওইরোকো কম-সে । অসি মতুং ইনবদা
অকাবদা দোলাই তোং—অকুম্বসু, অচানবা ।
কায়গনুকো । অসিগী মতুংইমবা পে-দি
তোরে-নারেকপা পেনি অডৌবনা নারেকপা ।
নোংমাই মাংদা অরংগী অলবার থানবসু কায়গু ।
পেঙ্গগেকো ঐহাক্না ঐনা নৈরিঙৈসিদা ।
অচেং অকোম্‌ রাফম-তু হায়নিংবদা ঐডোন্দা,
ঐগী দারি কাওবদা চংলকপদা নহাক্না
কায়বিগনু থারিমু—নাক য়েংতা থাং অনি ’মা,
মাংদা ফীরান থনবিবা ; খুদন ইতাও নিংথৌনা,

পেনবিদমু তাবদা। ইকোপ পুংদা অত্তৈ
শন-কাবদা হাপখ্রবা নিংথৌনিদো ইবুংঙো ॥
নিংথৌ খুবমদো ঐশু পিজরবনি খর
ঙমজ মথৌ ঐগীশু। ঙসিদগী হোত্নুনা
মাক্লোরেন্দি কৌরগে। ইমোম খোইবী ঙসিদৈ
মাথৈ শেংজরবনি। মাক্লোরেন্দি ইবুংঙো।
খুমন অঙাং অতোমপোক—ঐগী কোক্তা হাপলিবা
সনা মপুং ওইরবা সনাই লুহুপ অসিবু
লৌরো। নাইন্ সনাগী লৌজরোকো শিমন্থু।"
পিনবিরে খম্বদা। মতাং অসি য়োবদা—
মবাই কৈরোইজাম্বনা, খৈই শমজিল লৌখোকই ॥
সনাই কোকথোন্ লুহুপ, সনাই খাংচেৎ নমথাং পিরে।
সনা কাম্-তোরবা ফুরিং লিংলে খম্বা। সনাই-
চিংলাই শাবা কুন্দোর নাইন্ পিরে মনাইদা।
সনাই চোমায়-খাকতরে। দোলাই থৌগল-লাংগল
ফংজরে লোইনা স্থরে। অমুক হুমদাং-মাই চামা,
শন-চামা অম পিরে। হুগী নাই চামা-অমা
মচা মন্থু লোইননা পিনবিরে হুমন্থু ॥
মপুই খুদাংদা শিবা সমজোকঙমবা খুজি-দি
মীরাইবনা ফংঙম-দা পোংলাইবনা উঙমদা
সনা খুজি পিবিরে—সেম্বক সেংগা সনাগী,
কাগোক লুপা সনাগী পিনবিরে। নিংথৌনা—
"খুদোং সনা য়োম্বদি ইনাওগী থাককে হুপা

মানা পিত্রে পিগনি ঐনা খম্বা।" হায়খিরে।
"লুপাই ভাম্বক থকউ সমাই খিজুর মরিস্থু
তোংজৈ থবুং শাবা থকচৌ" হায়ত্তুনা তাকপিরে॥
"অচা-চাদ-মরোং লৌ, লৌদি সঙ্গাই-কোম্বী-রৌ,
মকু হুইসোল-লৌ, তেকপী ওকফারৌ, খুম্ব-পাম্ফেল
লৌ, কেগে মোইরাং খম্বান-নোংশারৌ. অসিদগী,
পরি চামা চাজরো। ইচাগী মতুং ইনবা
পরি চামা অমনে চারো পরি চনিসি।
ইনবা সিগী মতুংনি শনস্থু চামরি লৌজো।
খুমন অভাং ফংজরো—ইপু চাওবা কমদোই?—
ননাই মপা ইতাওদা।— ইপু থোংলেন কমদোই?
ননাইনা নিংবা থুংত্রি।—নিংশিংউনে অচানবা!—
তোর্ব্বুং খুমগোং।— চুমইহো, * খুমগোং মাপন—চাজরো,
ইপু চাওবা কমদোই।— ননাই মপা ইতাওদা।—
ইপু মন্ত্রি হায়ুদা।— নিংবা য়োদে ইনিংথৌ।—
হি কৈনো, করি ব্রাংলি?— ননাই মপা' চারম্বা—
কবুই লোইশাং মাপম্নি কনা পুনি দোলাইদে?—
চুমই খম্বা চাজরো। চাওবা করম?—মপাদা।—
ইপু করি—? য়োদরি।— নিংশিংঙকউ।— ইনিংথৌ
ভাংবল্-লোইদি?— চুমই হো, চাজখরো।
চাওবা?— ননাই মপাদা।— মন্ত্রি ইপু কমদোই?—
ননাই নিংবা থুংজরে।— হুদি ইমোম্ম পোকপদা

* খুমগোং মাপন ইকুং মাপন কাওবা হায়বনি।

চংলো—" হায়রুনা খম্বা চংজরকলে মরিদো।
কোরৌ মঙান লাকপদা কোকখিবগুম অমম্বা
তাকখিবগুম লৈচিনবু, চিংখু মবুক নিংতুদা,
মলোম পূবা কোকথরে লৈতরে মুংঙাইতবা।
নোংম্নাই মশক উবদা মুংশিবনা চিংখুবা
নিকই মরোন ফাইথরে। খম্ববু শংত্রিক য়েংই
ঙাইহুনা লৈরমই। "চংলকউ ইবুংঙো খম্বা।
ইকু পমগে মাক্লোরেল। চিংউ মিনম্বনরা,
মুংঙাইরুদে ইকুনা মুংঙাইতবা কোক্কে লাও।—
ননাই ঐ সুম্মা।—কৈনো পাম্নি ইবুংঙো নংবো।
মচা পম্বা মপানা লৈতে দোষ করিস্নু।
কেগে লৈপাক তাহোরো উদবস্নু উহোরো।"
হায়না চিংখু চোংথরে। খুমন খুজেং পাল্লোইনৈ।—
"নংনা ঐগী ইচানি থোইবী মাদি ইমৌনি।
ইপাই কর্ম্ম নংনা তৌ। নত্তে ঐতগীস্নুনে,
য়াম্বুং-ইবুংঙোগীস্নু পুম্নমক্ অসিগীনি।"
হায়না খম্বা পমহুনা হুইগোই সিং লাংগোই নাম্লে।
খুমন মাবু চুপ্লকই, থাগৎনরে লৈপাক্না।
নিংথৌ প্রজা পুম্নমক "জয় ওইরে" হায়রুনা
লাওরে মীয়াম হোহুনা। পুক্নিং মকা লাম্নরে।।
ইকু পিগে ইবুংঙো—নাই চামা, তওৎ-চামা,
তমং চামা, শন্-চামা—পিগে সিনা ইচাগী।
নাইয়াথৈ শন্-য়াথৈ লৌ-য়থৈ-সি তোম্বা লোরো,

মাসি কৈফা মননি কো। পকইবা ইকুগীদি
হকচাংদগী পুম্নমক—দোলাই পেগা কোম্না
পিরবনি পুম্নমক। সনা য়োম্বা ইকুগী
হিদাক ফুসে—য়াম্বুংনা থাক্লক মাল্লে, মাসিশু
লোজখরো ইবুংঙো!!" হায়না লোইনা পিথরে॥
যুব্রাজৈ মনা লোইরে॥ খুমন মাদি যুব্রাজৈ
ফমই মাংদা; লৈপাক্কী অঙম্-মথৈ চংনরে,—
মানা মানা ওম্লবা মনা পিরে। কনানা—
নাই ছুম্ফু পিরকই। য়াথৈ নিফু অম্বুম্না
অমা পিবা য়াওরকই॥ অঙম্বগী লোইবদা
সনাং মপা নিংথৌনা কবুই লোইশাং, নাই-অত্থু
চামা চামা পিনরে পিরে মনা অম্বুম্না॥

---

# কোনুংদা হল্লকপা

কেগে নিংথৌ মপুনা—"প্রজা পুম্বা কময়দৌই।—
অজ্ঞা লেংবা য়ারনি" হায়রনে। হয়াওনরক্লে,
পুংয়ৈ সেঙগোংনরক্লে।—শারাও-লাল্লাও থোন্-হুনা
লাওরকই কুইনা কুইনা লৈপাক তক্লা কারক্লে॥
পুংয়ৈবা বাশী থোংবা মাংদা,—অহুই মথংদা—
মাংদা নিংথৌ, ময়াইদা যুব্রাজ চৎলি, হুগী
মথংদা প্রজা পরেং চৎলকই। অঙোম মথৈ
য়োমহুনা চৎলি অঙোম নোংবাম্না॥ থম্বা মাদি
লৈহৌরে। থম্বা চরৈ হোংলে পম্নু চংথরে॥
নুরা কুঞ্জমালাগী মশা অহু থিরক্লে।
নুরা মাগী মশাদি থাম্বী মৈশা কংহুনা
তাসিল্লম্মে তুম্পক্লা। লাইবক থিবী মহাক্কী
মবুং মৌপুরা শন্না লমজা মাগী মবুক্তি
লমজা দনা থংবনা, কুঞ্জমালাই মশাদো
পুরোং মথৌ য়াংগেন্থরে—লমজা মথৌ ওইনা॥
মমৈ তাবা হাওশিংনা সিদোকহৌরে সগাইদো।
মশা তন্না শেংদোকই সনা থৌগন নংনবা,
অমুক দোলাই তোংহুনা ফুগৎলক্লে থম্বদো॥
কুঞ্জমালাই থনবদা হুংঙাইনদে ময়ামদো।
মনাই ময়াম য়োমহুনা কৈনা মাংদা থাহুনা

খুমন মচা কায়কই শারাও থোনবু লাওরকই,
লাল্লাও থোনবু লাওরকই। শা-দা ইশৈ শক্লকই
লান্দা ইশৈ শক্লকই॥ মাংদা নিংথৌ লেংথিবা
অহুমগী ধনিনে তুংদা লাক্লপা খম্বগী
অমরোমগী ধনিনে ধনি পুম্না চৎলকই।
ইথক হৌরে লোক্তাক্ল পৃথি থক্ থক্ নিকথরে॥
ধনি অসি তাবদা তাথরিবা খুন-শাংদি—
ওাংখ-লরাই, উয়ুং লরাই খুল্লক মীয়াম-সিনা
মীনা ফীভৌ ফোথরে থোক্লুনা য়েংনবনা॥
রাত্তোন উত্তোন ফাওবস্থু উরোক সংগু তোংব-শুম
কবোক লৈরাং শাংপগুম শাংলে লরাই মশাংদো॥
"হাই হাই! ফজৈ, ফজৈদা মোইরাং নিংথৌ য়াইফবা।
যুবরাজ ইবুংঙো। ধর্ম্মগী মচা খম্বা।
নিংথিদকো ফজৈদা। উথিত্রি মাংলম-চৎতা,
মতুংদস্থ উররোই। লাওনরক্লে ময়াম্না॥
কেগে খুনজেন্দি নিপান—মোইরাং লৈকাইদি মাপল্,
খা-রাং, নোংপোক-নোংচুপ ভাবা কাংবু থনমদরে,
খুমঙাক কৈঙাক পুম্নমক চেম্নরকপা কুমৈগী,
তিংথং লাংথং য়েংনত্রে, ইশিং কংফান থংদরে।
মোইরাং কৈথেন্‌দগীনা পুম্নোম-নোম্মে মীতনা।
অথেম পোংনা লেংখরে। য়াওরে ঘোট থাংমৈ'চিংবা
মতম সিদা অঙোমগী নোংবান তালোই অহুম্নি,
মপুরোইবগী পাওসি তারে, অহুম থোরকই।

অমোংপা ফী অমমম্—ইপ্পতুনা লেপখরে,
ডান্ধ কৈথেন মচিদা। হৈরান লৈরান-নখরে,
নিংথৌ চৈরাপ চংখরে। যুব্রাজ অঙম-অথৌ,
চংখ্রে প্রজা খো-খোংপা॥ কৈনা মাংদা, খম্বনা—
তুংদা পুম্নং লংতুনা উনরক্লে লাকপদো।
কুম্মে য়েংবা মীয়াম্না—"ফজেদা—সোরারেন্না
খুংগুম্বগুম ইবুংঙো নিংথিজৈদা ফজেদা"
হায়না কৌনৈ থাগৎলে। খুমন মানা—"পঙ্গোশিং,
ইমা ইবেন থিবিকপু—" শুম্না ভক্তি ইরোইনৈ,
নোঙ্গবদি য়াহৈনা খুমজরকই। ময়াম্না—
"মঙ্গোল ওয়্ ইবুংঙো।" হায়না বোর পিবিরে॥
ওস্তোকপনি অরাবা মপুরোইবৈ মৈতুবু
জীব কনা থাংগনি। পৃথি তুম্না চাকপদি
থাগ্বী মৈচাক অতুবু শাবা থাংবা ইলাই-লাই।
মপুরোইবৈ মৈশাদা থাংগদবা মুপীদি
মুপী থমোই লকুদি য়াওদে মুপী কনাস্ু॥
অতুগুম্বা মৈ অদো কোলোমদনা ইদোবা
কনাই মতিক লৈবগে। পোইরৈ ইশৈ হায়তুনা
লৈরে হাম্না চৎতুনা থাকো লিশিং অমদা
থম্বিরম্মে হাপ্তুনা। পেনা খুৎতা পায়তুনা
পেনাতুগী সুরনে; মীরোইবগী মপোক্তা
পুইনা তৌবা নিপাগী লাইনা থাবা খৌনাওগী,
খোনথোক মরিক্ মফোন্নে, পেনা-তুগী শরিকনে;

মীওইবগী পুক্নিংগী অৱা মুংশি, ভেংথাবা,
অকন-অথৌ, অকিবা, তুক্কচবা হংগোইবা,
অচাল-অরাই হায়রুনা-লৈনরিবা ৱাগীনী,
মথল লখা কয়াদা শৈদাতুগা পান্সিল্লে।
সিনা পুময়োম য়োম্লবা শুরগী ইপাক অতুদা
ৱাকৈয় মাবু ওইহনা শ্রুতাশিংনা তাওহনা
তানগী ইথক অতুনা ইপোম নাইনা পুরকই।
মৈতৈ ইশৈ শকপগী থমোই য়াওবা "কলা"গী
খুৎহাই-ওকপু শাথেক্লে পুম্নমকতু উবদা,
পেনা ইশৈ হায়রুনা কাওরি মৈতৈ লৈপাক্না॥
"খম্বা-থোইবী-শৈরেং" বু কাওবা ওমদে কনাস্মু॥
মৈতৈ ঐগী নাকোংদা তারি ওসি ফাওবদা
পেনা ইশৈ শৈশকপু -থমোই লুপ্পা মুংশিনা॥
ৱাহৈ পরেং থরবু রাগ-সুর পান্দুনা
ইশৈ ওইনা শকপা য়াই, হায়রুবগী মাতুবু,
"শৈরেং" হায়রুবদনি। ৱাহৈ পরেং অতুবু
পারুবদা ইশৈগুম্—ওইরোই-মুংঙাইবহুদি॥
সিগী অমুক মথক্তা, লাইরিক সিদা ইরিবা
শৈরেং সিনা লেপ্লদি—থোনুথোক তরেৎ তরেৎনা
মতুপ অমা ওইবনি, সোর হোনকম অমদা
মশিং অমা লৌরগা তাংকক্ নিপ্পান নিপান্দা
পরেং শাবা শৈরেংনি, থাইদৈ লাইবা মওংনি।
শৈরেং শিংগী মমুংদা রাগ-ৱাগিনী হুগী,

মথন মথন, কোটানি। খম্বা থোইবী শৈশকপু
শরুবগী মতম্দা স্মরিবনি ময়াম্সি॥
লাইরিক সিবু ইবনা—শৈরেং শাজৎ অমতা॥
অতুনদি করম্না পেনা ইশৈ তাবদা
ফংবা শরুক মুংভাইবা তুবু করম্ ফংগনি।
লাইরিক অসি পাব-না ওইরোই মাতু ফংভরোই॥
রাহৈ অমা অনিদং লৈগী লৈশক থংদবা
অপংবা—"অভাং" ঐনা, লৈরাং ওইনা থম্মুনা,
নাচোম-নি তুক-নিংবা-শা, নাচোম ওইনা পুন্‌বনি॥
জাতি জাতি খুদিংগী মাগী মাগী ওইববু,
মতিক চাবা মন্দির শান-ত্নুনা লৈনরে।
নোংথাং থাংমৈ থান্দুনা মমা পূজা তৌনরি॥
লৈজদবা অপংবা ঐগী ইপা চাবদি,
য়েংদো মপান ওইসনু, শিংউৎ চরোৎ ওইসনু,
মোংকে মথৈ মোংসনু খিৎতংদবু ওইর'স্নু
ইমাই চারোন্-উনবা মৈরা 'মতং পায়বদি,
অপংবগী আশানি॥ থাওগী থাংমৈ অত্তুবু
থাংমৈ-থাওমৈ হায়নরি—কালি কাগে কাসনু
ঐদি উচান-চম্‌গনি। ভাগ্য-ফবা নহারা
নোংথাং থাংমৈ কৎলকউ। নিংথিরবী ইমাগী
তুথোং, মায়থোং খুদিংদা লাইররবা মচানা
মোংহল্লম্বা অপূম্বা, চরু উচান মৈনিনা,
উরমদরে ঐহাক্তি। মুংশিজবা ইমাগী

প্রেমতুনা কনবদগী থিরবস্থু ইমানি,
ফজরে ইমানিদি থনথিবনা ঐগীদি,
ইমায় চেংলৌ অসিবু ফজবোইদা নিংথরে ॥
অমম্বদা ইমানা অমৈ খুংতা মচেং 'মা
নমথাংনা মফম 'মদা, কোক্কী লুহুপ্পা 'মদা,
মচোই মচোই লৈরকপা, মফম অমতদদি
ইমাই চোরোন উজগে থংথিলবা অহুদা,
ইমাই শাওং অমতং লিংথংপনি ঐহাক্না,
তুংদা লাকপা ইনাওনা পলেম মশক থংনবা ॥
ইনাওশিংনা "ঐখোইবু ইমা লৈত-মচারা"
চিংনগনি হায়বগী "ইয়াম্বা ইপি লৈথি"
কাওদনবা হায়দুনা—ইমায় শাগৈ য়েকপনি।
লৌশিং চাওবা নখোইনা নয়াম্বগী অপংবা
চাওরাকপসি য়েংলগা ইমায় চেংলৌ শেম্মকউ।
থাওগী থাংমৈ থাল্লকউ অচৌবদি ইমাগী
গুন ময়াম ওইবদগী লাইরজবা ওইবনা
ইনিং থুংবা ওম্মমত্রে। নহোয় ননিং থুডওরোই ॥

*   *   *

*   *   *

ময়েক পরেং ব্রাহৈবু স্থর-তাল-কোয়না
হায়ববু ইশৈ কৌই। ব্রাহৈবু মতম চুদা
কয়া মুংশিবগে, গুন কয়া ওইবা, লৈবা।
মাহু হায়ব্রবস্থু থংহ থাইনদগীনি ॥
খম্বা থোইবীগী ব্রারি অসি মৈতৈ পেনা-না

করি ওইহনবগে হায়রবা অহুদি অওকপনি—
স্বর-তানগী ইপাক্তা—থম্বা থম্বাল হৌরবা,
থরো, থারিকথা শাংপা, থাবম ফবা অহিংগী
অয়িংবদা, অস্থুকপা চিংগী লোক্তা, অরাংবা
অতিয়া, অকনবা লান, অমম্বা অহিং মঙান,
অয়াকপা রাকচিং, কালেন ফুংশাদা, বসন্তগী
লৈরাং মরক্তা পুবা, শ্রুতা চিংবসি—ঙমই।
মপুরোইবা কাইনবা মৈগা, যজ্ঞগী মৈগা,
অনিনে, শিরবদি নিপা, শিজিবা মুপী,
পোংশক মরি অসিগী মরক্তা থম্বা ঙমই—
অস্থুক ফজবা মৈতৈ পেনা সিগী শৈশক্তি॥
মুম্বা শৈশক অসিনা ঙসি অঙোম নোংবানগী
মপুরোইবা তুরবা তালোই অহুম অসিবু,
মোইরাং ঙাংথা কৈথেনগী মচিদগী পুথোকপা
অরাবগী মূর্ত্তি অহু ইরুগনি কনানা।
ইরুবগী য়োবদা ঙম্নদবৈ তৌবনি।
অরাবগী স্বরদা শৈশক পাম্ন শকপদি
থমোই কায়ন-মশকনি। মুপী অহুম অসিবু
থম্বা মানা উবদা থমোই পুবা য়াদরে।
যজ্ঞ কুণ্ড মমুংদা হুম্বরবা লৈরাংগুম
অরাবগী মৈহুনা পুম্কা কানা উথরে॥
মুজা অহুম অহুনা মপুরোইবৈ মতাওদি,
মবুং থম্বা য়েংহুনা—"ইবুং-'বুংঙো-য়াইফবা।
নতাও শোকপা কৈহুবু—মুজা তেম্মাং-ইখুং-স্

ননাও-খুৎতা পায়দুনা য়ানজহৌগে ঐখোইনা।
নতাও লাইবক খিবগী করোং-খুৎকুম্-জহৌগে,
ঙাইখোং-ত্তোন্‌বা-ইনাগে, তাকপিয়ুকো ইবুং-ও।"
চোংখোকচরক্লে—কপই॥ লমজা মপুক ফবনা—
"ইচন থগ্বান-মানবীশা। থগ্বান মানবী অন্থম-মক
ইতাও শোকপা পাম্ব-দো, ময়া কবাক্ থন্দুনা
মমৈ ফীরান শাদুনা লম-লেন খোইরেন-তাক-তগী
পুরক্লবা অসিনি। হায়নরিবা পাম্ব-দো,
ইতাও মাগী লম্মন্দো নবুং ঐনা শিংঙক্লে।
পাম্ব-অসে হৌজিকত্তি—ওইখরে খোয়ুম মাগী।
হায়হৈদরে ইচন্-শা! খারুরমু হৌজিক্তি—
ইত্তাওনমু নত্তেদো – নত্তে পাম্বা মান-মু।
বিধি ব্রহ্মা কোব-লাই, চিংউ মাগী নোংদম্নি॥
শাওহৈদরে শাওক্লনু—তুংগী শরুক ওইনবা
নিজহৌকো বোর-দুম!—হা-তাদ, ইবুঙেঙা-ও
পাম্বা মাগী মকমদা নতাও লমন শিংঙকপা
মুংঙাইজরে পেঞ্জরে। য়াইফবগী মথক্তা
য়াইফবদি ওইবিয়ু—খুরমজগে পাম্ব-দো
ইবুং-য়াথং ইন্দুনা।" হায়না মুপী অন্থমদো
খুরমজরে পাম্ব-বু।—"ইবু-ধৌ মুজা 'খোইদি
লুখ্রা ওইরে মাংঙেদো" হায়না কপই মুজাশিং॥
মুজা অন্থম হুজিনখ্রে। চৈরাপ হোজ্ঞং খোবদা
পাম্বা মাবু থারে। থম্বা চৈরাপ্তা চংলক্লে।

নিংথৌ মচিন্-মনাওনা—"হা-ইবুংঙো পুখ্রম্বা।"
হায়না কৌরে খম্ববু। নোংমাই চংলে ফমথরে।
ভাহাক অম্সুম লৈনরে। মপু সনা চোরোন্দা
মথুং লোম্নে খম্বনা।—"হায়সি পুখ্রম্বা" তাকপি
মোইরাং নিংথৌনা। "ঐবু লোয়বা ইনিংথৌ!
ননাই ইচেম লাইরবী য়াজরক্লে, ঐহাকপু
য়োকপিরকপা, ইচেমদা—ফম-অমতা ননাই-ঐ
উনজম্লিংই ইনিংথৌ?— হায়ু হায়ু অচানবা?—
পুখ্রম্বী পুখ্রম্বা হায়বা অনি অসি ননাই—?
য়াম্না ফরে উঙ্গরো।" হায়বিথরে নিংথৌনা॥
থুমন মসেন মবাইনা থুরমজখ্রে নিংথৌবু॥
কেগে চৈরাপ অতুদা ফৈরোইজাম্বনা য়েংতা,
মথং মসেন খম্বনা য়েংকা ওইগা অনিদো,
নুমিৎ থাগুম ভান্দুনা ফমখ্রে নুমিৎ-তুদগী॥
নিংথৌনা খম্বদা হায়—"ভাভোরাকপা।— ইনিংথৌ।—
কৈয়াং থেকও।" খম্বা "অজ্ঞা" হায়হুনা কৈ-কৈয়াং
থেকপদা, ভমখ্রে খম্বদো। মপা থোংলেন চোংথোক্লে—
"ইচা ভমদরবদি মপা 'পোকপা লৈরিদো।
ঐনা থেক্কে" হায়হুনা থেক্লে থোংলেন মন্ত্রিনা॥
খম্বনা হুইরিল্ থংলে। ইন্নুং থোংকাপ য়ায়রক্লে,
তাইবং পুন্সি শাদোং-ওই, কোরৌ নিংথৌ মহাক্না
নোংচুপ থংবা মায়কৈদা লেংসিন্থরে তাথরে॥
লৈপাক চাইথ-য়াকুমমে, খম্বা কুমথজরক্লে॥

মমা সকপি মচেমুনে থাদোই মনেম মচানে,
মনাই সেমু কৌবিনে—মুরা কাংবু অসিনা
খুমন মাগী হোজংদা লৈরাং খম্বান শিংহুনা
কোরৌ মায়কৈ য়েংবগুম—লৈজরমই ভাইহুনা ॥
খুমন মচেম উবদা কুমথজরে দোলাই-দৈ।
মচেম চোয়োন শোক্তুনা খুরমজরে থম্বদো ॥
নোংয়াই মচেম য়েংহুনা—"ইচেম কৌগে ইমানি।
পলেম পম্বৌ অনিগী থরাই মাগী কায়দোংকম
পামুজবা হকচাংনা তিনখিবগী মকমদো
তাকপিয়ুবা" হায়জরে। নোংয়াই-মচেম'—তাকপিরে।
থম্বু থোইবী থম্বনে—অহুম অসি চংথরে,
য়েং-ওইননা তরেং-লক কোইরে খুরমজরুরে ॥
লুপা সনা কয়াদি খুজোক থম্বা থম্বা লৌ
চাইরে মপা মমাগী—সোসান্ লমদম অহুদা ॥
খুরুম্মে অহুদৈ মোংবা সংগাই মুংনান্-চান
হক্তিম্মরে পোংথারে। মুরা মনেম্মচানা
খুমন চোয়োন শেংজরে। মনাই সেমু কৌবিনা,
চাকশং য়াংগোই নোমথরে, থোইবী মপু মনাইনা
সিনি তুনি হায়নজৈ—তরা মথেল্-লুকোয়-লাং,
তরা লুকপু হাথরে। হরাওনরে ময়ামদো ॥
থম্বু জগোই শাথরে—ইতুনিংথৌ কা-দদি
য়েংলগদোবা মীদি উজদরে মোইয়াংদা
থঙ্গথরে মচেম্মা। ইনুং শোয়বু লেনথরে ॥

# খম্বা থোইবী লুহোংবা

ইমুং সোরা থৈরক্লে, চিংথৈ লংলা-চিন্না চিক্,
কাইরৈ এঙথোং-নেম্বনা ইমুং চিংখোং-য়াকৈরে।
লোক্তাক-উথুম্-থুম্বী চানা, ফুমদোঙ মত্তা কবা
কায়দোংহুনা য়াকৈরে। লোইবী হেন্দাং অমুবা,
চেক্লা পাওহন্-চেকশিংনা, ক্বাকী পাওজেন-জরক্লে।
তাইবং চিঞ্জাক থিনবা—লোইমু-মরন্-থান্‌ববু
চংনরক্লে তাইবংনা ।। তিন্ কাংদগী চিংবম্বু
উচেক রাম্বা অপূম্বা চিঞ্জাক থিবা পাইনরে ।।
নুরাই 'বেম্মা লেংথংলে, মনাইশিংসু হৌগংলে ॥
মনেম শকপী লাইরবী নুরা থম্বু হৌগংলে ।।
ওরাং খুমন্ মহাক্তি, পাম্ব তাম্নরুবগী
থর্ম্ব রারে অহুনা মিংতি পাংঙে খম্বদো,
হৌগংতরি। মচেম্মা—"ইহুনিংথৌ হৌগংলো।
কোরৌ মানা নম্‌গনি" হায়না মমা ওইবীনা—
নান্না মচা য়াকৈবা অতুগুম্মা হৌদোকচৈ।
নুরা মজাই 'বেম্মনা সেবা লাংবা তৌজরে,
মচিন মৌপুর্‌না 'নিগী। খুমন মাংগোন খেঞ্জং-লাং
মাবু পোকপা মপাগী ফমফম হুদি শোক্তানা
নোংমাই মাদি ফমজরে। মমা ওইবী মচেম্মা
ভাম্ভরৈমা মমাগী শোক্তে ফম্ফম মতুদি

ঙম্মে অনি স্নুমদোনা ;—অল্লাবদি লোইদরে,
ওম্ফোকপনি হা বিধি ॥ থগ্লান হায়বী লৈরাংনা
কোরৌ মঙান থোংলিঙৈ অমুকতদা শাংকাইজে।
থরো কোৌবী লৈরাংস্নু—ইংবা লাইজ থক-তদা
ইংবা স্নুমদাং থাবন্দা, মালং ইচিক ত্তাবদা,
ইংবা থাজ মক্লপ-ওই, ইংবা থাজ মায়থোংবু
স্নুম্মা লৈরাংশিং য়েংজত্নুনা শাংনজবনি ॥
থম্ম্ কৌবী লৈরাংসি হান্দক মোইরাং লৈপাক্তা
শাংলরিবা অসিদি ওম্ফোকপগী নোংদম্মি ॥
থোয়ুম মানা শিনবদা—পুকচেন কনূবা যোগী,
ব্রত কয়া অমনা খাংবা রারগদৌবা,
অত্নুগুম্বা মৈরক্তা শাংহনবিরে লৈরাং-সে ॥
থম্ম্ পোকপী মমাদি থোয়ুম লাইগী মচানি,
ঙাস্খরৈমা হায়বিদি থোয়ুম লাইগী নিঙ্ঙোম্মি।
মমা মপা লৈথিদে, রামগী সীতা কোৌরবী,
রঘু শাগৈগী মৌগী মপোক অত্নুগুমত্নুনা
সম্বোং থোইবা চংপদা ঙাস্খরাকপা কৌজবা
মোইরাং নিপা অমনা হেক পোকপদা ঙাইরিবা
অঙাং অমা ওইনদি খুল্লকপনি লবুক-তৈ ॥
মাবু য়োকপা নিপাগী মিংবু লৌত্নুনা "ঙাস্খ-
রৈমা-খুরেল তোম্পোকপি" কোলোই স্নুম্মা কৌবনি
লাই-নিংঙোন অসিগীবু থোইখা স্নুংদা পুত্নুনা,
নিংথৌ সনা ঈ-চুবু, পোকপিরম্মা থম্মুনি ॥

থোইবী পোকপী মমাদি খম্বু মমা ফংজদে।
মপা রোমদা হায়রগা ফম্বান মচা হাম্বব-মক
থোকচদবী থোইবীনি। মাগী যুগনা ওইবনা
থোইবী থোইবী কায়হুনা কোরৌ দোক্তম ভান্‌বনি।
মাগী মতম নংত-বৈ নুরা খম্বু কৌবিনা
অচিকপা ইন্নুং মমৈ নিন্দুং থোকপা থাজগুম্
ইংনা লৈথিবদনি॥ সাগন তুফাং পানবনি,
কোরৌ থক্তা কোয়বনি, কোয়না পাইবা অঙ্কানি,
থোইমু মানা তোংবদা থাংবা ভমই হায়হুনা
লৈরাং ওইবী শিংহুদা তোংভুহুনা টচেক্তা
থাংনা ভম্ম-হৌনদে। শন্নাং কোয়কক্করিবী,
নুরা লৈরাং ওইরিবী ঝাথরেদা খম্বুদো॥
ইচন-ইনিং হায়হুনা করি থংজদহুনা
লৈজগদৌ' খম্বুনা—মমায় ফম্ফম লাংদা-ফম্
অসি পুম্বা খল্লগা—"ইমা হপা লৈরৈদি,
ঐনা ভাডোইদনিকো হা ইমা" হায়রহুন:
চিন্দি খোক্তে মমিংতা পিগী ইরা হৌরকই।
মহুনিংথৌ য়েংহুনা—"ইহু নিংথৌ ইবুংভো!"
হায়না খম্বা কৌরকই। "ইমা শকপী ইচেম-হল,
করিনোনে ইমাবো! করি দৌরবগেনে?
'চেম্‌গী অরাবসিবু কোক্লগত্রা হায়ববু,
পুক্লিং করি লাংবগে?" খম্বা চোংথৈ ফম্ফম-দে।
মচে মাংদা কুন্দুনা হংজরকই মচেমদা॥

মতম অসি থোইবীদি লৈতে মাংগোল-লাংছুদা।
মনাই মথৈ উবগা ইংক ঙকই "করিনো!
নুমিৎ চুপ্পা অনিসে, নুংঙাইববু হৈত্রবোই!
মতম কুইনা ঝারকপা তুনা সিঞ্জাং ওইহনা
কপ্ল-নুংঙাইরবোইরে নুংঙাইবগী হায়রুবা,
ঐথোইদি নিংথৌ কাদি ওয়ু হায়বস্ু পামজ্রে,
খম্বা ওইজনিংঙেদো নিংথৌনবু কৈদৌনি
খম্বা হায়বা নিপাসে। সিদা নুংঙাইতরিবা,
অনিসিগী মবুকসে মতা অমা হায়হুনি!!"
খম্বা ঙাংলৈ। কনানা—"খিত্তি হাকমনথরে হাই।"
হায়না শাওনরকপস্ু, য়াওই, নুংশি কনানা।।
মমাই থল্লবহুদা—খম্বু চিম্বান্দা লেংই,
ঝাঙাং থোকপ ঙমজদে মমায় চেংলৌ অদো
স'সং সংসং—উরকই মহু নিংথৌ উবদা
মপাই মৃত্তি ওইথবে। খম্বা সংত্রিক য়েংঙগা—
থুমল ইবুংঙো!— 'চেম-হল!—পলেম-পম্থৌ লৈরৈদি
ঙাঙোহদনি হচেম্মা!— ইচেহবেম্মা তাকপিয়ু!
সেৎনিং চানি' অপুম্বা নিংবা থুংবিবক্তবা,
নহু নিংথৌ য়োকপদা ভীক্ষা সিথা তৌরকপা,
এনা ওম্বা মথৈদং নংগী সেবা তৌজগে,
হমা শকপী তাকপিরো!— ইচেম কেস্থ ঝাংজরে,
মাহু নত্তে ইবুংঙো নোংয়াই নংগীদমক্কি!!
হচল-লেমা 'বেম্মনা লেংবিরক্লে ঐগীদা!

মাসি থংই, অসিবু, তালোই তুখি তম্বাইবা,
লংমাই ভেংনা য়ুমগাবা অসুম্ হায়নৈ ইবুংঙো।
শাগৈ নাতৈ তিনবদা—লৈপাক ফম্বা কাল 'মদা
হৈনাউ-মুং-নাইদবাইবা হায়নৈ রাক্ষস অসিমা।
লুহোংবা হায়বা অসি ইচেম পামই ইবুংঙো।
মমাংগৈঙদা হৈজিং পুরে ;— নং করি হায়বগে ?—
ইচেম ইবেম্মা এৈনা ইচেগী য়াকা য়েংবা
মতাং চানা হায়জবা নত্তে নহু নিংথৌনা।
তাকপিরিবা য়াথংদো য়াম্মা পামজরে এৈনা।—
তুদি ইপাই 'বুংঙোইদা চংলে ইচেম। ( থোইবীদা )—
"হা ইবেম্মা। ইবেম্মা। য়াংগোন চম্থু য়াইফবী।—
খুমন-চম্থু-খৈয়োইরোম নোংমাই চম্থু পোন্জেম্বী
ইমম্মা ইবেম্মা।— চান-থক্র-পুয়মক-তো,
সেম্থু নপু ননাইনা তৌরম্মুকো ইবেম্মা।
ইনম্মদি পম্মৌগী সংগাই ঙাহাক য়োক্লগে।—
ফনি 'নম্মা ইবেম্মা।" হায়রে থোইবী সেম্নুনা
সোমদা অতুম নোমহোরে। খম্বু থোংলেন—তমথরে।
কেনা মোনা চংচদে মনাই অমা লোয়নদে।
হায়ৈ লমজা অতাক্কে মরু লৈদা লুকথজে।
লৈচিল-লকী থাজগুম লাকই ইমোং মোংনা-তুম।।
থোংলেন থোংলেনবী অনি হৌই ঙম্বা অনিদা
খুমন মাইদা চংনবা ঙাংনরমই য়াংগোন্দা।
অহল-অনি উবদা খম্বু থোইদোঁ ফুকথরে।

মমাই মপাই শুন-ছুব্ মচাশিংগী মকমদা
অস্থম্ কুইর-কুইরগা শুন্-হেংগৎলকই হায়বা,
ধর্ম্ম লৈবা মচাদি খম্ব খম্বা অনিদা,
থোকএ খম্ব কপথরে। কোরৌ নোংগাখরবা
পলেম-পঙ্খৌ নিংশিংই। শুমাং চিথেক য়োবদা
খম্ব মপি তৈথোকই মচা লাকপা উবদা
থোংলেনবীনা কোন্দুনা পুসিনবিরে খম্ববু।
"ইমোম 'বেম্মা কপ্পবো—করিদোরে ইচাবো"
হায়না চেংলৌ চুপথরে। মপা মমা অনিদা
খম্বা লুহোংনবগী য়ারম অতু ভমজরে॥
"ইপা খোইশু খল্লমই—ইমোম লাকপনা হাল্লে—
য়োং নমা য়াহৌথেংসে, ভম্ভ চৎলু হায়রগা
মাননিনে ইপাদি, ভরাংনা চৎলো হায়বা।
থংঙে ইপা নমানগা তানরক্কে লাক্লগে,
নমানচা য়োরম্মো। অরৈমথৈ পুখরো।
নংগী ভাক্তি ইপায়দি থাদোক্লনি য়ুম অসি,
ননাইশিংসি য়ারকপা ভমদ্রে নহোয় য়ারক-ও॥
—হাই হাই য়ুবা।—ইবুংঙো। চৎলো 'তাওগা ইচনগা
মবাই কৈরোইজাম্বস্থ থিল্লে কৌক্ল য়োৗত্রিব্রা?—
য়োরে অঙ্গা" হায়দুনা নোংথোন য়ুমদা থুংখরে।
নোংথোনবী নোংথোনবা তানরমই খম্বগী য়া।—
"খুমন মোপুরাগীদি লোইরে বেরা লৈজরে।
ইমৌ 'বেম্মা খম্ববু লুগোংনবা তৌবনি।"—

ঙাংনরিবৈ অসিদা মুবা চর চংহুনা,
থোংলেনগী পাও তম্মুরে। থোংলেনগীদা নোংথোনবা
লাকএ নোংথোম্বনস্থু। মকু থুংঙক্রিবৈদা,
মনাই মশন থরগা থম্ম মমুম য়োথরে।
থোংলেনবীদি লৈহৌরে। থোংলেন-চাওবা অনিনে
তালোই অনি, মরিনে, ফৈরোইজাম্বা মচানে,
মরি য়াত্তানরকই। থোংলেনবীনা—"ইচানা,
পলেম পম্বৌ অনিবু 'নিঙ্ঙোন এনা হৌদোকই
ঙায়না য়ারৌবিগনু' হায়না ঙাংঙমবদবু,
করম কাওনি নুংশিখ্রে" 'সিনচিংবা য়াদগী
ঙাংনরকই য়াফমসি।। থোংলেনগীদা দরবার,
ওইনা ফম্বা কাংবুসি মথল মথল ওইরকই।
কাংবু কাংবু ফমহুনা থুমন মগুন ঙাংনবা,
অসিদদা নংতরে মোইরাং য়ুমথোং খুদিংনি।
থম্বা থম্বা হায়বনা উচেক য়ায়া ফাওবসি
নাম্বু ওইনা সোমখ্রে থোংলেন-চাওবা তালোই-শিং,
সিনা নুংঙাইনখিবা পান্দম অমা লৈতরে।।
চাওবনা —"ইতাও মন্ত্রি! করি য়াবা লৈরিবা?—
নোংথোন থর থরদি য়ারি ইতাও, করিনা,—
কপ্পা নোকপ হায়বসি মচিন মনাওনিদো হা! —
মানি ইতাও অহুবু—অনি য়োকপা ঙম্মরোই।
মনাওহুদা ময়োকও—কপ্প হায়বা অহনদো.
তাম্থোকথরো মন্ত্রিবু।" হায়নৈ ফাগি তৌনরে।

অনি ফাগি তৌনরা রাঙাং অসি তারগা।
তান্নোই অহল-ওইরবী নোকচৈ অনি অচুম্ব ॥
মরি সিনা চান্নবা পান্দম লৈতে। থমোইদি
অমতনি হান্নবা য়াই। থোংলেন্না—"তাওনে ইতাও।
মনাও য়োকউ "কপ্লিংবা" ময়াম্বা থাদোকথো হায়।
মচেম হান্না পোকপনা হোংদানা করি হান্ননা—
থম্বা লুহোংগদগে অসিবু হান্দকীসে
মত্তা অমা হায়ডুনি—নোংমা নিনি থম্ববু
হানখিবনা চুম্মোইদ্রা ? থল্লু থল্লু নোংথোম্বা।
হায়রে। রাসি তাবদা। নোংথোন্‌বা নোংথোনবী 'নি—
"শুংভাইরেদা ইত্তাওবু—তাদৈ 'বুংভো শুংভাইরে।"
জগোই শারে অনিদো ॥ জগোই শারে হায়বসি,
লাইরিক সিগী রাহৈনি, জগোই থেকপা তৌরুদে।
য়াম্না হরাওজখরে হায়রুবগী রাতানি ॥
"ঐথোইস্ব 'তুনা পাম্মে থোইদোক্লা" শুম্ হায়নরে।
থুয়োন্ পাঞ্জি, ভাম্বরাকপা পাঞ্জি, কেগ্রেহনবা,
অচুম অসি কৌরুরে। অঙম্বগী শুন-তুনে
থম্বা শুংশিবগীনে লাকই হরাও হরাওনা ॥
পক্ল রায়না য়েংবদা হোদে শুম্না অমতা।
কালেন থাগী শিংদোবা মঙানি লৈরিভৈদা,
কবো লোইদৈ-লাকপনি। তুম্নি কংলা বিচার,
নিনিদা কৈ ফাবনি। "পাংথংলকপা ইরাইদা
ফরে" হায়না শুমিৎ পিনথরে পাঞ্জিশিংনা ॥

"থম্বৈ-দৈ ঝার্তোন হৌরে" হায়রে। চাওবা-খোংলেন্না,
মনাই মশনন অরৈবা লোইনা লোয়নরম্বুনা
থম্বলদা লৈথরে। থোরাং পুম্বা তোথরে।
অহনবা সং মথন্নি অন্নিবদৈ শেম্বশু
থোরাং পুম্মোই লোইথরে। পম্বৌ হাক্তক-তন্নাদি
শরুক কয়া হেনথরে। নিন্‌থোংবা অসি লেপ্তে
অহিং মুংথিল নাইথিদ্রে। খোংলেন-চাওবা-কাথরে।
সনা চোরোন খুরমখ্রে। নিংথোনা হেন্না পামই।
যুবরাজ ম্মৌথরে। "তোল্লি যুব্রাজ ঐদি—
তরা পোকপ-নংতবা ইমোম ইচা ইবেম্মা!
লোইদা থারুই ঐসিনা। লাঙ্গদবা নোংয়াইবু,
সমুখোংদা য়েৎলুইকো।" হায়না যুবরাজদো—
মবুক নোবা অঙাংগুম কপ্লে নিংশিং নিংশিংনা॥
খোংলেন চাওব অনিদা—"ইপু অনি তাবিয়ু—
নিংথৌ ইচিন ইনাওগী, ওইহৌনশু লাকইবা,
ওইবিরিবা তৌজিকস্থ তুং-স্থ অহু মঙাইদো
পাংগল সয়েং ওইবিনি। ঐদি হায়বা থাকপিয়ু।
য়াম্মুং-ইপু অনিনা ফরে হায়র-লোইরেদো।
খুমন মাদি ইচানি থোইবী হুনা ইমোনি।
নিংথৌ ইচিন ইনাওনা অমন-থরৈ কুমখ্রবা,
মতম তুদা ইমাক্না ইথৌ তৌগদবনি॥"
হায়না যুবরাজনা মিংতা পি তাব-মথৌ
থমোই শোক্ন লাওথরে। "শনি কৌবা লাইহুপী

চক্রি "মনা তৌবোইরে" থল্লে ময়াম অদুস্ম ॥
যুব্রাজনা নিংথৌদা—হুংগংলক্লে—"চোরোন্দা ?—
হায়্ ইনাও করিনো ?—চোরোন কৃপা তৌবিয়্ !—
ইপু থোইস্ম তাবিয়ু। ইমোম থোইবী মহাক্না
য়েংঙমদরে ঐথোইবু। সিস্ম ইরম-চৎননি,
ইচানত্তে। অসিবু থুমন ময়ুম নাক্তদি
লৈনা লুহোংবা হায়বা মাসি মতং ঐহাকপু।
অপংবা যুবরাজ সনা চোরোন—ঐথোইদি
নিজগেনে খ্‌ৱাইদগী।" হায়। নিংথৌনা—"ইপু-থোই!
শানৌ তোম্না নিরিবা।— অজ্ঞা! ননাই ঐথোইনা
থোইনা পাম্‌ই ইনিংথৌ।— ইনাও ফরে! ফরেদা,
মঙ্গ্লান ভরা মরিগা লোইনদনা ইচাবু,
থুমন থুমদে লৌক্লরো।" হায়না য়াথং তাওথরে।
সনক্লপ্না দোলাইনে—চোং-সেকপিন—থোইবীগীদি
পোংলোই সুনা পুতুনা—নিংথৌ ভালোই মঙ্গ্লান-শিং,
তম্প্যাক থুমগী নিপাননে—ফৈদা চৈগা লোইননা
কোন্নুং কাংবু থুংথরে। থুমন মরান য়াইহুদা ॥
মীওই-পোকপা হায়বসি বিশ্ব পিতাগী থোজান,
প্রকৃতি শিক্ষা নৎতানা কৈশু ওইবা নত্তে ‼
বিশ্বপিতাগী কৃপানা মীওইবা ঐথোইদা
তাবা উবা হায়বদি—য়েংননবা ইমিৎনে,
থম্ননবা য়াথন্নে অমম্-অঙান অনিগী,
পাম্বৈ অনি পিবিরি—সিনা থোরজৈ কোর্ব্বাক্লি।

পাণ্থে অনি সিজনা জীব ময়াম সিদগী,
মকোক ওইবা হায়রুনা সান্ন-শঙ্করিবনি ॥
অন্নাবা, খুংডাইবা, পোকপা, শিবা হায়ররুনা
শিক্ষা পিরি ঐখোইদা লাইরিক অনি অসিদা ॥
লাইরিক হায়বা অসিদি প্রকৃতিগীনা লীলানি,
মীওইবগী মপোকনি। মীগা লাইগা অনিনা
সাহিত্য হায়বা য়াহৈসে পোৎচং ওইরুনা থোকই।
প্রকৃতিগী লীলাদা ভাবোক ওইজরুরগা,
লীলা ছুগী মতাংদা অন্নাবা খুংডাইবা তাঙ্গা
উজ-তাজরুবদা ভাবোক ছুগী মমিংতা
তাবা মপি অরুনা সাহিত্যগী মরুনি ॥
লাইগী, মমিং ফাওরবা কুংববগী লংগৈদা,
লাইগী নিংথৌ ওইববা সোরারেনগী কোন্নুংদা,—
সংসারগী মপানি নারান্ লখী অনিগী
গোলুক্ হায়বা অরুদা, লন্গী মপু ওইরবী
লখী মাগী পুক্কৈদা "সাহিত্য-মনি" ফংদে ॥
পাংগন, মিংয়েং শোল্লবা মীওইবদি তোল্লবা
মাগী থাংপোক শংরুগী, য়াগী কাংথক-চক্র-লক্,
হিপ্পঙ্কমগী ফম্-থাদা, সাহিত্য মান মহাক্তি—
ফংই খুজোক খুজোকপু !! লাইববা মীগী ইংথোন
চাওগোই মুংগী লেকোন্দা সাহিত্য কৌবী লৈরাং,
শাংলি ফুগাই ফুগাইনা !! অম্ব্রাপুর কোন্নুংদা,
নন্দোন্ কানোন্ লৈকোন্দা ফংদে "সাহিত্য" লৈরাং ॥

"সাহিত্য হায়বা লৈ-বু—করি মচু মানবগে,
মনা কয়া পানবগে, মপান্ কয়া চাওবগে?"
হংলবদা তাকনবা চপ-চাবমক্ প্রমাণ্দি—
মখিং সিমা হায়রগা খংননবা পোংশকতো,
মীনা শেম্বা ওইবনা য়াওদে লাইগী খুৎসেমদা॥
থোকইবা লীলা তুগা য়েংঙিবা ভাবোক তুগা,
চৈরক লমদম অতুদা, অনি অসি শমনা,
ভাবোকতুগী থমোইগী লোক্লংদগী হৌরকপা,
লাইজ-তুনা থুম্বা; ইঙোপ-তোপ্প নহাক্না
য়েংখিবদা উবিবা–ইপাক সিদা শাংলিবা
থরো থম্বানশিং অদো, অতুনি, সাহিত্যগী—
লৈরাং লৈরাং হায়রিবা শিঙেল লৈশক শিং-অদো॥
মতম কুইনা ইরিবা পম্না ইকোয়-কোয়রবা,
লমদম তুগী ঙাশিংনা ইনৌ খোরাং ঙকপদি
লাংতকনবা থরাইনি। খোম্থম মাগী নোংদমা
কুমগী ইনৌ তারক্লে। পল্ অতুবু নমথাইরে।
তোরৈ তুখুল-ইন্দুনা হাদোরক্লে ঙাশিংদো;
ইনৌ মতুং ইন্দুনা 'নোবা তুপ্পা লক-তুদা,
লাইজ ইনৌ অতুদা—অথেল অক্ক খংদানা,
চৎনরকপা অতুদি মিৎতানরে য়েংবদা;
অয়েংবনা সুংঙাইরিবা, অচৎপনা পেনবা,
মতৌ তুগুম ঙসিদি—মোইরাং ঙাঙৌ-লমদমদা
কোন্থুং-ইবেম্মশিংনা—খোরাংবদো থোইবীবু

কোরুথরে উন্নরে। অয়েংবনা পেন্নরে।
লাইজ ইনৌ ওইবীনি মজাই বেম্মা থোইবীনা।
মমাশিংনা লেপ্লে ওই, হুরাওনবা লোইনরে ॥
হুরাওনরে কপ্লে নোক্লে পুম-য়ান ওইনা য়াম্নরে।
য়ারমসি হায়নথরে। থোংলেন চাওবা অনিনা
হায়রে য়াসি থোইবীদা—"য়াম্না ফরে।
ঐবু পোকপা ইপানা হায়বা য়া অতুবুদি,
ইকুই য়াথং অসিনা অরুবনি।" হায়জখি ॥
মমা নিপান অতুগা মক্লান ভরা মরিদা
থৌগল লাংগন পুন্থগা সনারুপ-দোলাইদা
কাপ্রে মপাম কোন্নুংদা সনা চোরোন য়োথরে ॥
থোইবী লৌথৎলুবদা মক্লান মহারাণীনে।
মাবু পোকপী মমানে এংথুরাংবী কৌবিদি,
য়াওদে অনি অসিদা। মচাই চেংলৌ উদবা
লোইদাম মশিং য়াম্লবা মহারাণী মক্লাম্না
থোইবী কোম্না কপথরে। হুইগোই-শিং এনগোই নাম্না
মচাই-মায়থোং চুপথরে। নিংথৌ সনা পুক্লিংদা—
"অমোনবা লৈরাং শিংগুম্—নোজরবী ইচাবু,
কবো চেল্লবাক-লক্তা থারুইদকো ইচাবু,
নোজরবী মথোংনা করম চৎলুরিগবা,"
থল্লুবদা কপথরে মমোম থোইবী কোন্দুনা ॥
মুরা থোইবী মচাবু নিংথৌ মহারাণীনা
লাম্ন লাম্ন চুপপিরে। গৌথিববু থম্লগা

কপই। ত্থগা ঙসিগী খল্লরগা হরাওনৈ।
অমুক কপই অমুক নোক—ঙসি মোইরাং লীলাদি
লীলাসিগী মথক্তা লীলা অমা ওইরকই॥
নূরা মাগী মরান য়াই—ন্নাংগোন-সংদা থিল্লক্লে।
মচা লাকএ হায়বগী পাও অত্থ তাজবদা,—
এংথুরাংবী মমানে চিংথুবদি মপাগা,
চেম্থোরক্লে অনিদো—সনজেনবুং য়াংবী ফাওবা।
মমা মপা অনিদো উকথু উকথু তুরকই,
মচা উনিংবদগী ফিংনা চেঞ্জরকপদা॥
"ইচাবু ঐনা, করি লাইনা ইন্সিনবিবনো,
কবো লোইদা থারুবা ইমোম 'বেম্মা ইপাবু—"
হায়না চিংথু কপ্লকই। এংথুরাংবীনা—" 'চাবু
ইথা হুংদৈ শেংতনা থোয়ুম কনায় থূজিন্না—
ইমাই 'বেম্মা হা থোইবী লমদম কৈদা লৈরুবা।"
হায়না কপ-কপ্পুনা চেনসিল্লক্লে থোইবী তম্মা॥
মমা মপা উবদা ইবেম্মম্ভ ঙাওথরে।
মরিক মকোন থংথিন্রে—দোলাই থক-তৈ চোংথরে॥
সনাই-লৈতেং অপুম্বা লোইনা পুম-চাই চাইহৌরে।
নূরা চেন্সিনথিত্থনা মপায় থোংদা তুরূরে॥
সমু-থোংগী মুমিংতা ইমুং চিংথৈ মমাংদা,
নূরা ছোরি মথুংস্ত পায়ত্থনা থোকথিবা,
মুমিংত্থদৈ থোইবীদি তমপাক য়ুমদা লৈথিন্রে।
কংলাদগী অত্থম্বা থম্বা মাগী মম্নমদা,

থাথিবনি বিচারদা খম্বা লাইকল্লবা ॥
খম্বা ময়ুম নাক্তগী ইশুং অমা লেন্দানা
কৌথংলগা চিংখুবা, মচা লোইদা থাবনি ॥
কবোদগী কারক্লে মপায় নাক্তা লাক্তুরে।
কুম্বী লৈশোক পুংদগী লাংগোই মাবু তোংহুনা
য়েৌখ্রে খুমন নাক-তুদা—লোইদাম কুইরে উদবা ॥
অছুম অসি উনবা ভসি কোয়ৌ অসিদা
কপ্পথিবা অসিদি - উচেক রায়া ফাওবনি—
কপ্লে মখোই মতৌহু উরকপদা ময়ামস্তু ॥
মপা মমা অনিনা য়েংকা ওইগা কোন্দুনা
মনাই ময়াম—য়োমহুনা চিংথু সংগাই য়েৌথরে ॥
মপায় হোজং অহুদা থাদোই মথোং নাম্মনা
হেক থাংজিল্লপদা—ইংখোন তুদা হৌরিবা,
সংগাই হৈকোন লৈকোনগী—মরৈ তম্ন-লৈরম্বা
মপুং-ফাদবা লাতোল ; লৈরাং শিগংনরম্বা,
সনাও মথৈ মমাগী মথোম থক্করমদবা,
উনাশিংনা অপুম্বা, পামেল কুচু থোকতবা
মিকুপ অসি' মলুংদা লৈরাং ফোং-ফোং শাংকাইরে।
সনাও শিংনা চংহুনা মমায় মথোম থকথরে,
ইমা ইচা হায়জুনা কাওরেল, লাংগোই অপুম্বা,
খোংনরক্লে খোং খোংপা। পামেন নাপুং ফাথরে।
উচেক রায়া অপুম্বা পোম্বী মতু খিংথরে,
থরাই য়াওদ-হকচাংদো মমুক থরাই হাপথরে ॥

সেম্ম মপু মনাইদো নুরা নিংঙোন কাহুদা
মমা মম্নাম কোয়হুনা পোৎথাখরে অম্মুমা ॥
খম্বগীরোমদা থোংলেন-চাওবা কৈরোইজাম্বনা
মপামপী ওক্কথরে। নোংথোনবী থোংলেনবীনা
মোইরাং কৈথেন মাপন্দ মনাই নিকু য়াংথৈগা
কোরৌ কয়ানিদগী হৌখ্রে পোৎ-চৈ লৈবদি।
কোন্নুং লোমগী মরোল 'মা অয়োনবা মীশিংবুদি
অরৈবনা হেন্নক্রে। থোইবা থপ্পে লুহোংবা
থৌগী মক্কম অমত্তা থৌকাংনবা মত্তাগুম্
পোৎলৈবীশিং অহুবু তাম্নরকই ময়ামসি ॥
নুপীরোমগী নিপাইস্ম নুমিৎ কয়াই মাংদগী
বার্ত্তোন্ তৌবা তৌথরে। কৈরোইজাম্বা সেলুংবা
মকু সলাং নিংথৌগী বার্ত্তোন্ পুদনদি,
কবুই থেম্বুং য়ৌথরে। বার্ত্তোন্ অসি ফংবদা
মন্নুই মপা ওইরবা সিদ্ধই মপু থোক্লবা
সলাং নিংথৌ মুংডাইরে- সলাং মাইবী হরাওরে।
কৈরোইজাম্বনা "খুমন্ ইসেন খম্বগী হান্দক
কুজ পোৎসি ইনেম্বু য়াহনগনি শোইদনা
লেংঙকতনা য়াংদদি হায়রকই" হায়না তমই।
রারম খসি তাবদা সলাং মাইবী হরাওরে ॥
মুংডাইবনা অনিদো সলাং মাইবা মাইবীনা,
পুরেন-ডাম্ফরৈমবু কোরে কপই—"ইবুংঙো!
হা ইচন ইবেম্মা নূজা পুন্সি তেনখিবী।

নংহোয় অনি লৈরৈদি শুংভাইদনি" হায়রকই ॥
"ইমাক হায়বা নহাক্তি পারি নংবু ইচানি।
শুংভাইরেদা ইবুংভো।" হায়বে কৈরোইজাম্বু
সনাং মতৌ মনাওনা চেংলৌ চুপই কোনথরে ॥
সনাং মতৌ মনাওনা পোকপদগী পৈরকপা
মরম মথৈ পুথোকলে। নোংয়াই মপা মমানা
সনাং মপুংয়াইত্তুদা লাংলম্বদা থনম্বা
মরল লৈরি মাতুম্ম সনাং নিংথৌ থিরক্লে।
কবুই লোইশং মাপনদো পাও চেনথরে নিংথৌনা।
অরৈ মথৈ থুংভরে। মোইরাং তমগী লেপাকতা
ফংভোইদবা হৈ লে নে, অচা অথক্কী জাংনে,
ফজবা পোংকী জাংতা চিংদা সিনা মরোহরে,
হায়বা পোংতা পেরকহ। চিংথোং লাহুলো ফীদগী
মুপীগী থাংচেং ফাওবা লেরুম ভবোং ফীল-ফাও
চিংগী ফীগী জাং শুরে। লিকী কোনগী জাংতনা
অরাংপাহবা লেতানা পৈরকই সনাং মাংদা ॥
থাং মম্বা থাংনবা শুং ফাভবা য়াওরে—চিংথক্রে ॥
থাংগী তাগী জাং-তনা তুম-শং-ফাধবা য়াওথরে।
শল-তরোহ-হামেং ফজবদা পেরে লোইথরে।
তুইগী জাংতা থোরবা থুমন মমুম শংনবা
অত্তু ফাওবা রাংতবে ॥ হাওয়াম তিনবা হোরক্লে ॥
থম্বা মপা সনাংবু সমু নমদা পুতুনা,
লমজেন তান্নখিবা, হে হেকপা চৎপা— হজিংগী,

হাও নিপা কুম্বরানে, শায়োকপা ভরা মঙা
থম্বা মাপা থেম্বুংদা মুক্তা শাম্নখিবশিং—
মম্থং চন্‌বা মপাগী হাওগী মথৈ তিনখরে।
কবুই লোইশং মাপনদৈ অকনবদা খন্দুনা
পৈরে হাও-পাথং পুম্বা। মশক ফজরবদা
সিনা লোইরে হায়রবা লৈশাবীস্থ মৌগী জাংতা,
মীয়াই ওইবা দগীনা হাওমুপী নিপা পৈরে।
"অরৈ মথৈ পুগনি ইচাই মবল শোকহল্লোই"
হায়না—ময়ামতুগী মুক চাকনবা কাওবতু
সলাং মানা লাংতুনা তোংঙান অমুক শেমখরে
হাও চনি অমনা খ্বাইগী পুরকই চানবা
হাও চামরি অমনা নোংয়াই মাগী পোৎপুনৈ
কৈরোইজাখনা মাংদা ময়াম তুংদা ইন্দুনা—
সলাং মাইবা মাইবীনা দোলাই-থক্তা য়াইদাশিং,
কবুই মপুং য়াইদগী মোইরাং মায়কৈ পাক্লি॥
লুহোংবগী ফীজোন্দা শেৎলক চারক লিং।
থাংগ ভাগা ইলংলং থাপ্লপ্ল-দে য়েংবদা
মুতক ঙাংনা শংইবা চিংগী চিংমায় অং
হাওয়াম সিনা লাকপ-তু পুক্লিং হুরেবদা,
লুম্না স্নুক্লা ফজরে। ময়ামতুনা নিল্লং
হোই হায়বা খোম্ফম্নে সেম্বুং য়ৈরককই-মখোয়ে।
থাংজিং চিংমায় পাইদোরে, থাংতে থক নিক্তুনা॥
মোইরাংলোমদা মরোল 'মা, খুমমগী বার্তোম্নে

কোম্নুং লোমগী অমনে, পোংল্লী চৈগী থিনবা,
থৌরাং ময়াম অসিদা নিঙ্গরকপা অতুগা
লৈত-লাইর পুম্বনা কুমৈ অসি য়েংনবা
মাগী লৈতবা থিন-হুংনেরকপা অসিগী,
চরৈ ফীদা নংনবা পোংসিমা নংহৌররোই,
লোক্তাক হিবোং থোনবনা—খুমন মাগী মিতম-ঙা
মশিং রাংপা য়াদেকো সিগী ইয়ৈরকপনে।
খুলক হৈরাং লৈরাংবু হুংন-থিনরকপনে,
থাংয়েন ফীয়েন চরৈগী নংঙোই হায়না শারকপা,
শমজেৎ হৈজ্ৰাং কাভিবু মশিং স্নুরোই হায়বনে,
তেক-তাক য়েনরকপনে—। সগোন পাওনা চেল্লিবা।
লোইশং-লোইশং খুদিংদা অঙম অথৌ ভিল্লিবা,
চোংলেল-লীলেন থাছুগী তমফা মাগী হৌনবি
পুম্নমকসি লাংঙকপা॥ সিগী নিঙ্গরকপনে—
হাওয়াম অসি' ধনিনে লোকতাক উচেক পাইথংলে।
মোইরাং মায়কৈ য়ুহারারে মতা অমা ওইরে॥
বোন্দা লৈবা শাশিংনা "হি কৈনো—খম্বা থোইবী,
লুহোংগদোরে" হায়নৈ। শা উচেক ফাওবা লাংখ্রে॥
মোইরাং পুমনিন্ নিনথরে। খুমন খরাই থোংজিন্দা,
সলাং মপা মমাগা থুংখ্রে হাও-চাঙক্ক তো॥
সলাং মাইবা থুংঙবা সনা কোন্নুং তারক্লে॥
চাওবা থোংলেন খম্বা খম্নু থোংলেনবী নোংথোনবী—
মনাই মশন লোইননা তক্কক চেষ্থোকচরক্লে।

খম্বা খম্বু অনিদো মমা মপাই চোরোম্বা
ভক্তি কৎলে ফুক্নরে। থোংলেন চাওবা ওই-য়েংভা
খম্বা মপা পোথরে। মমা অনি নাকনদা
সলাং মাইবী মমাবু নূরা খম্বুনা পোরে।
অহন' শং অমদা মমা মপাবু থাজরে।
মাগী মাগী মফমদা পৈরে অতৈ হাও-য়ামদো।
হাওশিং ফুনা পুরকপা খম্বা মাগী লৈরম্বা
পোংয়াম ফুনা পৈরকপা য়েংবদা পুমথন-থল্লে ॥
হৈ লৈ খম্ফম লৈরকত্রে। খরই 'রাবা থোরা[…]
কোক্লনবা পৈরকপা চুহি সংগোম মক্তনা
মাঙোব ফাওবা থনথরে কবোক হৈবোক কাইনা,
শিং-ই-পৈবগুম পৈরে। ওল্লাংবদা চাইনবা
চন্দোন চক্ষু মক্তনা পরেং পরেং থুংখরে
মীনা খুমন মাগীদা চংথিবগা লাকপগা,
চিৎন চায়না ঙমদরে। নূরা মচেম অকু
খুমন মাগী, অনিগী প্রেম তিনবা মীথি[…]সি—
মশিং হায়বা নাইদরে। থোংলেন ৱা অনিগী
মথোয়' ভালোই অনিগী ময়াম সিঙ্গরোল-'মা ॥
নূরা খোইবী মহাক্কী মপল নিংথৌ, মপাগী
কোম্নুং মীনা কয়ামা। মপু মমায় য়েংহনা
চিরোন তোৱা কাংবুনা লাওরি থোংই-লাংইবা ॥
মপান ফরক্লবদা—"খম্বা মাগী কাহু[…]দা,
খরাই য়াওই হায়রগা নিংথৌ চিন মনাওনা

ঐবু চাল্লি, অহুদি চেনবা থোকই" হায়দুনা
থম্বইদগী হেক লাকই—তবি তবি হেক চেল্লি,
য়াম্না লুবা মানহল্লী - মপু সনা মাংহুদা।
অচুগুম্বা মতুনা কোন্নুংদগী থম্বই-ফাও,
কয়া অমা চেল্লিবা। চেন্‌মন্দুনা থৌরাংডে,
চুহি সংগোম হৈরাদো—হৌরে মহোয়না চবা॥
মহোয়দুগী মরক্তা হুরানবম্ন য়াওরক্লে।
অরাংকম তুক য়াওনবা, থম্বৈদবু ওইরম্ম
কোন্নুং মচুং লোমদরা দখিনা-দা তৌরম্ম
সিগী মুন্নরকই চিরোন তৌনরকইবা।
মহৈ মহৈ হুন্নরকই, ঐনা নৈবা পোৎনা
হোংই ফৈদি হায়সম্মু—লৌশিং তৌনরকই।
মঙা পিবা পোৎ-তুদা অমা মানা হাপ্লগা,
মরি পি হায় উৎলরে। মীনা নৈবা পোৎ-তুবু
অশেংবদি মমনদো অতাংবদি ওইহল্লে॥
অহোংবদা নৈনবা হৌনবনা মমৈদা
চিরোন হৈবা মহাক্না পোৎতু নৈবা তারকই।
মানা সুম্না তৌতুনা লৌশিংনা মরল তাল্লি।
সুম্বা কাংবু কয়া 'মা কোন্নুংতুদা তৌরিবা।
অরাৎপদি নৈতবা মপু মাগী ওইবনা,
থোইনা মহাম্ তাখিদে কোন্নুং সুম্না চৎনরে॥
হান্দক থোইবী হুহোংবা কোন্নুং থবক অসিদা
ঐদি য়ারবদি পুন্সি সিমগী চানবা,

লৌহৌরগে থোরাংনৈ। সোমদা 'য়াম্বা তোংদুনা
মপুই থোগন তৌবসি অয়াম্বগী ওইনৈ ॥
মপুই খোগন তৌরগা, নৈপাক মুংঙাইননবা,
হিরম্ থবক হোদোক্কে নৈপাক সিবু য়োকচগে।
নিংথৌ হায়রবা অসিদি বিষ্ণু মাগী অংশ-নি
মাগী থোগন তৌরগা ঐগী পুইনা ওইজগে,
মাসি থনবা, মপুগী মনাই হায়রবা অদুদি,
য়াওদে পংনা কনাস্ত্র। হান্দক থোইবী মহাক্কী
লুহোংবদা লাংনথিবা, সোম্দস্তু কয়া 'মা ॥
বার্জোন—মায়কৈ সুরক্লে, খুমন্ সনা কোম্নুংদা
থইগী বার্জোন য়োথরে। খুমন নিংথৌনা—" 'ডম্বা!
নহায়া হোংলবরা হায়বু হোংজ্রিবোইরেকো ?—
অজ্ঞা থোইবী হায়রবীদো মতম থর নাক্লরে,
অদুনা পন্‌বনি" হায়না খুমই করাং তাবা ॥
মুবা করাং তাবা হায়বা বার্জোন চৎপা সিনা,
খুমকইবা য়াকমসি চাওবনা মেনথিবনি,
থম্বা মীরাই হায়দুনা নিংথৌ শাওনি হায়বগি ॥
"ময়েক্কীদি ইনাওনি ঐনা নোম্মুগদৌনি।
অহিং লেয়া চৎপদি ফত্তে হয়েং চৎলগে"
হায়না নিংথৌ লাংথরে। হৈগুম য়াংবী লমদমদা
হি চনি থাবক লাকখ্রে, নিপা য়াংথৈ শংদুনা
অহিং লেকএ। খুমন্না—মনাও লুহোংবদদি
লাক্কদৌরিবসিদি লাকতে হায়নি হায়বগী,

লাকপা মরাক নৎত্তরে চৎনিংবনা মাংত্তোইনা
চৎকে নিংনা খোৱাংনা, স্নুম্না তৌবা খোংকমনি ।।
নুয়োংবী অনুক্তা নিংথৌ মহারাণীনে,
হৈয়াইনু কৌবী মানে—লৈপাক তেংগোন পুক্নু—
খুমন-সজেন-খোং লাক্লে, সতী খোংনাং লাক্নুনা
খুৎলাক-পাং শম্লকই। হৈগুম য়াংবী লাক্নুনা
পংথাদা থাংইবা হিদা—নিংথৌ কাথৎথরে।
নিপা চামরিনা হি হোল্লে তেংগোল্ পুক্নুনা,
ইমুং চিংথৈ মমাংদা মোইরাং পাংনা হোল্লক্লে।
পুংরৈ শেংগোং লকপনে মীয়াম নিল্লকপত্নুনা
লোকতাক ইথক হৌরকই ।। মোইরাং লোমদা নিংথৌনে,
যুবরাজ মনাওগা লৈপাক প্রজা থোক্তনা।
খোংজিন হিথাংফমদা মোইরাং মথৈ ভাইরকই।
নিংথৌ অনি' নিল্লকপা পুংখোন কাংসি বীনা-না
লোকতাক পুম-তাও তাওথংলে— লাইজ থক্তা খুমন্না,
কংফান থক্তা মোইরাংনা অনি মশক উনরে।
অঙম অথৌ কয়ানা য়াকৈয় তোংডে ওকউরে,
খুমন নিংথৌ মপুবু। স্নুমিৎ থোকপা অনুক্তা,
লিক্লাই গুম্না লুরবা লোক্তাক লাইজ থক্নুদা,
কোরৌসনা মচুনা, য়েক্সম চরাং-এল্লিদা
মপান-মনা থিবিক্তা য়ৈরকপনে, মীয়ামগী
কৌজোল্-নিংথিবা মচু, মথল-মথা কয়ানে
মভা অসি উবদা—য়েকখোংলবা সনাগী,

সেম্পাক থক্কী লৈরাংবু মাল্লে মীয়াম পুম্বদো ॥
মপু মোইরাং নিংথৌনা খুমন নিংথৌ মতাওবু,
কাওকাউডা মোইরাংবু লুনা তৌবিথিবদো,
হান্দক লাকপিবসিদা লমন শিংগে নিংজরি ॥
থম্মোই য়াওনা মুংশিনা ওকই মোইরাং নিংথৌনা।
মোইরাং কোপুং মমুংদা খুমন নিংথৌ থুংখরে।
মহারাণী থোক্নুনা মহারাণী ওকখরে।
খুমন মনাও হংভকই—"ননাও 'বুংভো থম্বদি
ভসি কৌবা মুমিৎতি মাগী পুংজা নৎতানা,
লাকপা য়াদে হায়দুনা—মমুম মোংবা য়াইদুদা—"
খুমই মোইরাং খুমন্দা ॥ খুমন থম্বই য়ুমদসু
চাইরেন নিংথৌ য়াওফুরাকপা প্রজা লোইনদনা
মতমদুদা থুংভরে। অরৈ মথৈ পুরকই,
ফীনা লোম্না পুরকপা মীপোৎ চামা চামনি।
খুমন য়ুমদা লৈথরে। সলাং মাইবই মরনুনে,
থোংলেন চাওবা অনিনে, চাইরেন নিংথৌ মাগীনে,
মোইরাং নিংথৌ, চিংখুবা—মচিন মনাও রোমগীনে,
মায়কৈ তরা অসিগী পুক্কে মথৈ হোন্দুনা,
থম্বা মাইদা পুনখরে—মপুং কারে থম্বগী ॥
মপু মোইরাং নিংথৌগী সনা সংগাই সুমাংদা
মথোং নিপান মপুং ওই, থনখিবা মাঙোব অত্তু
শেম্বে লোইবা লৈথিদে, হৌজিক ফাওবা মশেম্মি।
তপথথিবা মাঙোব-তু কোম্নুং থুংনা থনথরে।

যাত্রাদনি শুম্মাংদা মুংজরুবা শাবনি,
মাঙোব ওইনা তৌদরে 'তুম পুম্থন্ থনথরে।
অশুক চাওই হায়বদি হায়রুবদা কায়দে
লৈপাক মরিগী মীনা ফয়নবা মাঙোবনি ॥
খুমন লৈপাক অসিনা উনিংবদা ময়বা
মীশক অমত্তংদবু মশক ইউ উরক্তে—
খুমন্ চন্থ থম্ম্বু। খুমন নিংথৌ মতাওনা—
"ইত্তাও নিংথৌ ঐথোইবু, থম্বা ইনাও উনগে
চৎকে মাইদা ?—" হায়রকই। ফরে ইত্তাও হায়তুনা—
খুমন মহারাণীনে হৈয়াইস্বনে নিংথৌনে,
খুমন মোইরাং অনিগী থৌগল লাংগন থরনে
খুমন লাইর-শং-লোমদা লাকএ অয়ুক্কী পুংজাদা ॥
পাও অসি হেক তাবগা মচিন মৌপুরা অনিদো,
মপা, মকু, মনেম থোইগা ভাইরে, খুমন্ নিংথৌ
মহারাণী অনিবু ভাঙৌ পাৎকী অৱাংদা
লাইখুরেম্বী থোংজিন্দা, পুজা পোৎলম পায়তুনা ॥
খুমন চন্থ থম্ম্বু নিংথৌ মহারাণীনা,
হৈয়াইস্বদি কৌজবি নোংম্নাই চন্থ অতুগা,
পোকপদগী উদরি—উজনিংনা লাকপনি ॥
খুমন লোমগী কাংবুত্থ অরাম্বা চাকথিবগুম,
থোংনা মাংদা থারকই। থোংজিনতুদা উনরে ॥
ময়াম নিংথৌ থুরমমে। হায় থংনরবগী,
থম্বা মাগা কৌনরে—হংনরক্লে থম্ম্বু।

মবুং খুমন নিংথৌনা লমজা থম্নু কোন্দুনা
কপ্লে। সনা খুৎতগী মুল্লে মহারাণীনা,
মচন খুমন লাইরবী থম্নু কোম্না চুপথরে
হৈরাইমু-না মনেম্নু—চোরোন শোক্ল-খুরমই।
থম্নু মমৌ কোন্দুনা কপই লাইরবী লমজা ॥
মকোক্লা থম্বে মথোংদা শোক্লা খুরমজরে,
খুমন হৈরাইমু অমুক; লাইরশংদা ময়ামদো
চংখ্রে। অইংবা চন্দোন চাইরে পোংখানথরে ॥
পোন্দা হাপ্পা উচেকপু থাদোকপগা পাংথক্লি—
খুমন্ মহারাণীনে নুরা হৈয়াইমু কোবী
অনিসিনা হুরাওবা—খুমন লমজা মরান-য়াই,
য়েংই কোয়না চৎতুনা, খম্নু কোবী মহাক্লা
তাকই সিনা অহুনি, সুম্না মুংঙাইনজরে ॥
মোইরাং লৈপাকতা খুমন্ মোইরাং কোম্নুং অনিবু
পান্‌বগুম্মে ঙসিদি। খুমন লাইর-সং অদো,
হান্নই ফীবম মাংথরে। খুমন কোম্নুং ওইরক্লে ॥
মক্ল মক্ল ওইবদা থাদ য়াদে থাবনি,
ঙসি লুহোংবসিদা ভিল্লরিবা লাকইবা,
মীসি অমময়া রাংপা য়াদরবা ঙাক্তা,
কোম্নুং অহু পোথাইনা তিনগদোরিবা মীনি ॥
নিংথৌ অমা লাকপগী লোইনরকপা ছোনবা
লাম্মী থোংমী কয়া’মা—সেবা লাংবা কয়া ’মা।
হায়রুবনা কোম্নরোই মহোয়দনা ময়ামই।

অসিগী লাংনথিবা মত্তৌ লাংওন অমনি ।।
খুমন লোমদৈ চংথিবা কোন্নুং লোমদৈ থোরকপা,
তমপাক য়ুমদা খাইথিবা, তমপাক য়ুমদৈ থোরকপা,
খুমন লোমদা চংথিবা, লৈকাই খুদিং খুদিংদৈ
সনা কোন্নুং কারকপা, ইন্নুং য়াইরেকপা কয়া,
থবক তাঙ্গা য়েংছুনা য়ুমদা ভাহাক চেল্লকপা,
ময়ুমদা লেকপা কাংবু-ছুনা ওন্তা ইক্লরে ।
ইন্নুং মচিল ওইনমুক ছুগী চেংথংনরকপা,
পোংকী অপুং অয়াইগী মেন্নবা খিনবা ।
কৈথেন খুদিং চেল্লিবা—সিনা মোইরাং লৈপাক-তো
হাপ্তা অমা ওইরক্লে তুম্বা হিপ্পা লৈরক্তে ।
ওসি লুহোংবগী মাঙোবত্তা চিংথৈ মমাংদৈ
মী ফম্বা হোরে । ছুগী লৈ চন্দোন্দগী নিপা
চামরি-চামভানি, খুমিং য়ুংবা মতুংদা,
নিংথৌ অনি ফমথরে, পাত্র মন্ত্রি পৈথরে ।
মীনা পুমফুন ফুনথরে । খুমন লোম্‌গী হৈ-কবোক,
ওাসি অয়ুকত্তগীনি সনা কোন্নুং লোমদদি ,
হোনবৈ লেপ্পা লৈতরি—মীয়াম তিল্লকপসিদা
পুনয়কপা পোংশিংদি—মতম চানা পুদবা
য়াদবদা মপুরে । মীতম্‌ ভানে যাত্রানে,
থর সিদৈ মীতনা মোইরাং কোন্নুংদগীনা
মোইরাং চেংগৈ অনিছু অতুম পুমশম্‌ শন্নরে ।।
চিংদা হাওনা য়েংনরে মোইরাংনা লাংইবসি ।

ওসি মোইরাং লমদমসি মরক মরক থরদা
অচৌ 'চৌবা ইরাগী অশং অশংবা ছুদা
উরে. অতৈ লমদমদি পুমঙৌ ওৌনা উপরে।
লৈপাক মশক উদরে। লৈনা ফুন্না শাংলবা
লৈকোল অমৈ মতৌগুম—মরক্তা কনাগুম্বা
ফম্নাই ফাম্নাইবগী পে-দোলাই ফীরাম্নচিংবা
ছনা নিংথিজবনা পুক্নিং অমুক নৌহল্লি।
লৈরাংশিংগী মথক্তা থোইমু কুরাক কয়ানা
মচু মথল মথলগী পাইবগুম্না নিংথিরি॥
থুমন মানা কাবকপা সনা কোন্নুং য়োথরে।
মোইরাং থুন্নক্তগীনা সনা কোন্নুং লম্বী ফাও,
চাইথোক্লগুম্বা মীয়াম-দে', তিনখ্রে মাঙোব মন্নুংদা॥
থোয়ুম লাইবু য়াওরক্লে। লাই-কোটী কুহ্রা ছমদোই
মীগী মশক ওইছনা মাঙোবছদা ফমথরে।
'মগা 'মগা থংনদে- থুমন্দগী ওইরিনি,
মোইরাংদগী ওইরিনি, হৈবেম থুঞ্জাম্ লোমগীরা,
স্নুম্না মহৈ মহৈবু থন্দোকনখি থিনদে।
থাংজিং মাগী থুজিম্না মাঙোব মন্নুং অছদা
লোইনা পুম্চন্ চন্থরে। ভাবোক মথৈ রাংথংলি
ময়োন ছনা কুৎথরে। অমত্তম্ন থম্নদে,
লোইনা পুমউ উনরে। থুমন লমজা থোক্লনা
লুহোংফান্দা ফমথরে। মজাইবেম্মা লেংথোক্লে।
থুমন মোইরাং নিংথোনা ছুমিৎ থাদি ওইরক্লে।

মহারাণী অনিনা সজিক থবা ওইখরে।
পাত্র মন্ত্রি পুম্বনা থরানমিচাক ওইরক্লে॥
নিংথৌ তুরেনগুম্মদি মশিং লাকওমখিদরে।
হৈগী লৈগী মনম্মা মপুং ফারে মোইরাংদো॥
মাঙোব ময়োন অত্তুনা পুখ্রি লাইজ ওইখরে।
থোয়ুম লাংওন চংখোনবী নুরা থম্বাল ওইখরে।
চিংউ মাগী শাইওন্দা থোইনা মপুং ফারবা,
খুমন মচা খম্বনা চিংজাও খোইমু ওইখরে।
থাদোই সনা খুৎতুনা লৈরাং পরেং খুৎতা পাই।
সনাই সেম্পাক মথক্তা সনাই থম্বাল হাপ্লগুম
নিংথিজবা সম্ভা মাং—সনা' মনি থাম্বগুম,
খম্বা য়েৎ-লোই নাইতনা খুমন মাবু কোয়রক্লে।
থাদোই সনা খুৎতুনা লৈরাং পরেং অত্তুবু
খুমন ভকতা হুকখরে। য়েৎওইননা চংতুনা
লুহোংফানগী মথক্তা খম্বগীদি ওইরোমদা
লৈমরেল লাংওন চংখোনবী, নুরা ভাঙোই ইবেম্মা।
চোংলেল্-লিলেন থাদগী, তম্ফা য়াইরং-চান, ওইবী,
নোংয়াই .লপুন ওইতুনা ফমথ্রে মজা ইবেম্মা॥
খুমন মাগী ভক্তগী লৈরাং পরেং থোইবীনা
হুকখিবতু অমতং লোথোকখরে, মবাইনা
ফৈবোইজাম্বা সেলুংবা, নসেন খুৎতু শেম্বিরে,
লৈরাং পরেং অত্তুবু পায়শন্দুনা অমুকতি,
থাদোই লৈরাং ওইবীগী নুরা মঙকত্তা অমুক,

খম্বা মানা হুংকখরে। নৈপাক মীয়াম তিনবনা
থোয়ুম ময়াম কম্বনা—থাংজিং লাইনা চিংবনা
পুমপেন ওইনা পেনখরে। "থাংজিং ঐনা শিনবদি
লীলা সংদিং ওইজরে"— লাওথোকখরে লাইয়ামদা।
লাইয়াম সভা পুম্বনা থাংজিং মাবু থাগৎখ্রে।
খম্বা থোইবী অনিগী মপুং কাখ্রে লাংওনদো॥

## লোইরবা

